

# কম্বন

এস. মহারাজন





ভার
সাহিত্য
অইবশিং

*Kamban* : Manipuri translation by S. Nilabir Sashtri of the same title in English by S. Maharajan, Sahitya Akademi, 2001. Rs 25

ISBN : 81-260-1324-9

অহানবা ফোঙবা ২০০১




সাহিত্য অকাদেমি
রবীন্দ্র ভবন, ৩৫ ফিরোজ শাহ্ রোড, নতুন দিল্লি ১১০ ০০১
লাইরিক ফংফম : স্বাতী, মন্দির মার্গ, নতুন দিল্লি ১১০ ০০১
জীবনতারা, ২৩এ/৪৪ এক্স, ডায়মন্ড হারবার রোড, কলকাতা ৭০০ ০৫৩
সি আই টি ক্যাম্পাস, টিটিটিআই পোস্ট তারামণি, চেন্নাই ৬০০ ১১৩
১৭২ মুম্বাই মরাঠি গ্রন্থ সংগ্রহালয় মার্গ, দাদার, মুম্বাই ৪০০ ০১৪
সেন্ট্রাল কলেজ ক্যাম্পাস, ড. বি. আর আম্বেদকর ভীধি, বাঙ্গালোর ৫৬০ ০০১

মমল : লুপা ২৫

ময়েক কাজিনবা :
দি মনিটর, ১৮ রডন স্ট্রীট, কলকাতা ৭০০ ০১৭
ছাপা লম্ফম :
লেজার এড, ৯৫ এ, চিত্তরঞ্জন এভিনিউ, কলকাতা ৭০০ ০৭৩

## য়াওফম তাকপা

অমনা কম্বনগী মতমদগী হৌজিক্কী মীরোল ফাওবদা প্রবচন পীদুনা (রামায়ণগী মরীদা বা ঙাংদুনা) খ্বায় মীয়াম্বু নুংঙাই হন্দুনা লাক্লি। বা ঙাংলিবা মী শিংবু তমিলগী নিংথৌশিংনা লমতু পীদুনা য়োকথৎলক্লি কেরল, কর্ণাটক অমসুং আন্ধ্রদা লৈবা অমসুং মসিগী মনাক নকপদা লৈবা লমশিংদা ফংবা শিলা লেখ (নুংদা হক্তুনা ইরম্বা) শিংনা ফোংদোক্লিবদি তমিল ঙাংদবা মীশিংদসু কম্ব রামায়ণ নিংথিনা শন্দোক্লম্মি। মতৌ অসুম্না কম্বন অসি মীয়ামদা শিক্ষা অমসুং সংস্কৃতিগী য়াম্না শক্তি লৈরবা পাম্বৈ অমা ওইখি। মহাক্না খা ভারতকী মীয়ামগী মিৎয়েং, লমচৎ শাজৎ অমসুং ফজবা পাম্বা অমদি ধর্ম্মগী ৱাখলগী শক্তম অমা পীখি। মাগী রামায়ণসি জাতিগী মতম শাংনা নিংশিংনবা পোৎ অমা ওইরে। কবি অমসুং পণ্ডিত পুম্বনা মহাকপু মকোক ওইবা কবি অমা ওইনা থাগৎনৈ অমসুং মহাক ইতিহাসতা খ্বাইদগী হেন্না লাইরিক হৈবা কবি অমা ওইনা ফাওখি। কম্ব বামায়ণগী মীনা পারবা প্রবচন তৌবা (ৱাঙাংবা) শিংনা থা কয়া চূপ্পা ৱা ঙাংঙি অমসুং অঙকপদি হৌজিক কালদসু নূপী অঙাং য়াওনা মী লিশিং কুনদগী নিফূ ফাওবনা রামায়ণগী মরীদা ৱা ঙাংবদা তিল্লি অমসুং পুক্লিং চংনা নুংঙাইনা কম্ব রামায়ণগী ঈশৈশিং তানরি। অসিগুম্বা কবি অসিনা চহী লিশিং অমদগী হেন্না মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিন্দুনা মাগী খুদুম মখাদা থমদুনা লাক্লি। কম্বন করিগুম্বদসু চয়দবা ওইরোই মরমদি মানা তুংদা লাক্লিবা হয়েংগী খোঞ্জেলনা ঐখোয়দা অমদি সংসার পুম্বদা ৱা হায়রি।

# কম্বনগী যুগ

কম্বনগী যুগকী মরীদা অখণ্ড-অহৈশিংগী মরক্তা য়াম্না য়েৎনৈ। মিৎয়েং অমদা মহাক খৃষ্টগী মাপলশুবা চহী চাদনি হায়বসি য়াম্না মরম চাবা ওইনা লৌনৈ, অদুগা অতোপ্পা মিৎয়েং অমদনা তরাহুমদোইশুবা চহী চানি হায়বসিনি।

পণ্ডিতশিংগী মরক্তা মত অমতা ওইবা ৱাফমদি কম্বন তঞ্জৌর জিলাদা থিরুবঝুন্দুর কৌবা মফমদা লৈরম্মি হায়বসিনি। সদায়প্পা কৌবা জমীদার অমা মহাকপু য়াম্না থাগৎপা, ঙাকশেনবা ওইরম্মি অমসুং মাগী অথোইবা গুণশিংবু মপুং ফানা মকা লামহল্লম্বা, মাবু শেমগৎলম্বা মীসিগী ঐখোয় লম্মল তোল্লি।

মীয়াম্না কল্পনানা কম্বনগী মিংদা ৱারী মরিখক অমসুং অতৈ ৱারীশিংসু শেমগৎ-শাগৎলি অদুবু ৱারীশিংসি ইতিহাসকী মচাক ওইনদি মপুং ফানা মমল য়াওদবনি, মীশিংসিগী থৌরাংসি মখোয়গী চাউরবা কবিসিগী প্রতিভা, মতিক-মগুণবু শুগায়না মমল লেপ্পবা হোৎনবনি।

ৱারী অমগী মতুং ইন্না কম্বনসি চোল নিংথৌগী দরবারদা হল্বা কবি ওৎকুতরগী মতমগীনি। অলঙ্কার শাস্ত্র অমসুং ছন্দ শেম্বদা মাগী খঙ-হৈবসিনা ওৎকুতরনা মাগী মতমগী সাহিত্যকার-শিংগী মরক্তা পুমগুপ শুপ্পা শারম্মি, মতমদুগী খরা হল্বা কবিশিংবু খঙদবদগী ব্যাকরণ, ৱারেং অমসুং অলঙ্কারগী অপীক অপীকপা অশোয়বশিংগীদমক অকনবা চৈরাক পীরম্মি অমসুং নিংথৌসু মদু য়ারম্মি, অদুবু কম্বন ফাওগৎলকপগা লোইন লোইননা মাগী অচৌবা কাব্যগী প্রতিভানা ব্যাকরণনা য়াবা নিয়ম ফাওবা থুগায়রম্মি অমসুং মানা অসিগুম্বা শব্দগী সুর পুথোক্লুনা ওৎকুতরগী হান্না চৎনরকপা পাদমদগী ৱাংমা লান্না চৎখৎখরে, অসুম্না ওৎকুতরগী নিংথৌদা লৈরম্বা মতিক-ময়াইদু হল্লরক্নে অমসুং কম্বন চোল নিংথৌগী দরবারদা রাজকবি ওই খ্রে।

নোংমা নিংথৌনা মখোয় অনিদা রামগী পুরাণগী ওইবা ৱারীদা কাব্য ওইনা লাইরিক অমা ইনবা হায়রম্মি। ওৎকুতরনা য়াম্না চেকশিন্না মাগী থবক হৌগৎখ্রে অমসুং অনেম্বা থাক্কী পদ্য অমা য়াম্না ৱানা থৌরাং তৌরে। কম্বননা মাগী থবক হৌগৎনবা থোইনা তহা তহারমদে, মহাক নুংঙাইথোক্লুনা লৈরম্মি। মতম খরগী তুংদা নিংথৌনা কবি অনিমক কৌরে অমসুং মখোয়গী থবক কয়া য়াম্না চঙশিল্লবগে হায়না হংলে। মহাক তরুকশুবা সর্গ ফাওবা চঙশিল্লে। রাম অমসুং রাবণগী লাল তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা য়োং-লান্মীশিংনা শাখিবা থোং অদুগী মরীদা ইরি। ওৎকুতরনা কম্বননা ভাবনা শাজিন্দুনা হেক্তা হায়জিল্লির্বনি হায়বসি খঙলম্মি, হৌজিক ফাওবা কম্বননা অহানবা সর্গ ফাও ইদ্রি হায়বসিসু মহাক খঙলম্মি। মরম অসিনা মানা কম্বনদা থোং শাবগী মতাংদা ঈশৈ অমা তাহন্নবা হায়রম্মি। কম্বননা ঈৱা হেক ৱাদনা য়াম্না থৌনা ফনা মখাদা ইরিবা শৈরেংসি মচিন্না হায়দুনা তাহল্লে—

য়োংগী সেনাপতি কুমুদনা  
নুংজাও অমা থাদরে নুংঙাক্তা ঙাইরবা সমুদ্রদা ;  
জগোঈ শাবগী মতৌগুম তালগা লোয়নবা খোঙথাঙগুম,  
নুং মরক্তা ওন্দুনা নৈখায়দুনা

চোংখৎলক্লি সমুদ্রগী ঈশিং মরিক্কা অতিয়া তম,
মদুদা হরাউবনা চোংলি স্বর্গদা লৈবশিংনা,
সমুদ্রদগী অমুক অমৃত থোক্লক্লনি আশাদা।

মতৌ অসুম্না কম্বননা হান্না থৌরাং তৌদনা খুদক্তা শেম্বা শৈরেং অমা নিংথিনা হায়রকপসিদা ওৎকুতর শাউরে, অমসুং মানা 'থুমি' হায়বা ৱাহৈ অমা শিজিন্নবসিদা লাল্লি হায়না মরাল শীরে। কম্বননা হায় মসিগী অর্থদি ঈশিং মরিক হায়বনি। ওৎকুতরনা হায় মসিগী অচুম্বা শব্দদি 'থুলি' ওইগদবনি 'থুমি' নত্তে, অদবু কম্বননা শব্দসি মীয়ামদা চৎনৈ হায়রম্মি। ওৎকুতরনা মসিগী অচুম্বনি হায়বসি প্রমাণ পীয়ু হায়না শীংনরম্মি। খুদক্তা কম্বননা মাগী লাম্বা অমসুং নিংথৌবু পুরদুনা শহরদা চৎলে। মখোয়না থ্বালা নুপী অমনা মাখন শুংদুনা লৈবা উরে, মহাক্লা মাগী অকোয়বদা শান্নরিবা অঙাংশিংদা হায়রম্মি 'চেল্লো অঙাংশা নৎএবদি শঙ্গোম অফম্বা মরিক 'থুমি' নখোয়দা চোংলগনি'। মসি হায়রম্লগা থ্বালা নুপীদু মাঙথোকখ্রে। ওৎকুতরনা মাহৈগী লাইরেম্বী সরস্বতীনা থ্বালা নুপীগী শক্তম লৌদুনা কম্বননা পুথোক্লিবা শব্দসি চুম্মি তাকেক লাক্লম্বনি।

নিংবা কায়রবা ওৎকুতরনা ময়ুমদা হল্লক্লগা মানা ইবা রামায়ণ সর্গ তরেৎতু শেগায়দুনা লংথোক্লে, মদু মানা য়াম্না ৱানা চেকশিন্না শব্দকোশকী মতেংনা ইজখিনি। তান চারুদুনা মতমদুদা কম্বন, মাগী লাম্বা ওৎকুতরগী য়ুমদা লাক্লম্মি অমসুং অরোয়বা শরুক উত্তর কাণ্ডদি শেগায়দ্রি হায়বা উরম্মি। ফজবা ব্যবহারগা লোইননা মানা মাগী লাম্বা ওৎকুতরগী মখুৎ ফারে অমসুং শেগায়হন্দ্রে। লৈহৌরিবা শরুকসি মাগী ইগদৌরিবা রামায়ণগী অরোঈবা শরুক ওইনা হাপ্পগী অয়াবসু লৌরে।

ঐখোয়না লৈতানা খনবা ৱাখলসি মাঙখ্রগদরা হায়না খনবদা ৱারবা মতমসিদা সমাজগী য়াইফনবগীদমক কম্বনগী পাউজেলসি য়াম্নমক পান্নফম থোকই। কম্বনদি পুন্সীগী অর্থগী ৱাহংসি ঙমখৈ লৈতনা চীং-লেম্মি অমসুং মাগী মহাকাব্যদা পুন্সীগী লৈতাদবা ৱাখলশিংসি মতিং লৈনা খোঞ্জেল থোকহন্দে, মানা ঐখোয়দা ৱাংনা খনবা ৱাখলগী পাঙ্গল পীরি। সত্যম্ শিবম্ সুন্দরম্গী মাগী মাগী শক্তি লৈনা নুংদগী ফুদোরকপা উৎথোরকপদুনা ঐখোয় ঈশাগী আত্মাদা পাম্বৈ ওইহল্লি, ঐখোয়গী নাপলগী তমথীবদু মহী চেম্থোকহল্লি অমসুং ঐখোয়গী নুংদা নুংঙাইবগী পুক্লিংগী ওইবা মিৎয়েং অমা পোকহল্লি। ঐখোয়না আশা তৌই, অনুবাদ অসিনা নুংঙাইবগী শরুক খরমখৈদি ফংবা ঙমগনি হায়না।

# বাল কাণ্ড

**রামগী অহানবা লানফম**

কম্বননা শৈথারিবা রামগী অহানবা লানফমগী মতাংদা হায়ফেত্তং য়েংসি।

মহামুনি বিশ্বামিত্রনা নিংথৌ দশরথকী অপাম্বগী মাইয়োক্তা তনৌ তনৌরিবা মচা রাম অমসুং লক্ষ্মণবু অকিবা ফংলবা শূক্রবা বনদা পুদুনা চৎলি। বনগী পুক্নিং হুনিংঙাই ওইরবা অশংবা অমসুং চীং শিংদগী ঈথক হৌনা, লৈতেম মান্নরবা লমদমদা খরসু লকক তৌ অমসুং নূংজাও শিংদগী মখাদা চেম্বরক্লিবা তুরেলশিংদগী মীত্তুই অহুম্বু পুরগা কম্বননা অহাঙবা বনগী অকিবা মশক্তু উহল্লি। তুরেলশিংগী অমগী মথংদা অমা ওইনা থকচাননা অমুকসু চেল্লিবা ঈচেলনা মখোঙদা নুপুরগী তাম্বানা নিল্লিবী কনাগুম্বী জগোঙ্গশাবী অমগুম নিংশিংহল্লি। অদুগী তুংদা মখোয় চান্নবা লৈত্রবা, কংলবা চাকলবা, মরেক-মহাও য়াওদ্রবা মরুভূমিদা লাকই। মরৌ লৈনা ফাগীগা লোইননা কম্বননা মরুভূমিগী চগংনবা শক্তম্বু অমগা অমগা চাংদম্নবা য়াদবা ওন্ন-তৈনবা পোৎ অনি চাংদনৈ—হায়বদি মুক্তি পান্না অথোইবা তত্ত্ব থিরিবা অমসুং ওক্তবী মুক্তি পাল্লিবী নূপীনা অপাম্বগী মৈশা থাদোকখ্রে, ওক্তবীনসু শেলদা মাগী অপাম্বদু পীথোক্লি। থাঙ্গশেংবদি মখোয়দা অপাম্বা হায়বদু করিসু য়াওদে। ঐখোয়না উরে মদুদি কবিনা মাগী থৌরবা বুদ্ধিনা তিন্নবা য়াদবা রাফম অনিবু অঙকপা মওংদা য়াম্না হৈনা তাইশিন্নহল্লি।

মতৌ অসুম্না অকিবা ফংলবা চীক্রবা মফম অসিদা বিশ্বামিত্রনা তাড়কা কৌবী হিংচাবীগী মীওইবগী ওইদ্রবা ওৎ-নৈবগী মরীদা রামদা হায়বা হৌই।

অহানবদা বিশ্বামিত্রনা হায়—মহাকসি অরাপ্পা চীংসিদা লৈবীনি। মশম ঙাংশং ঙাংবী, রাং-চাউরবী নূপী অমা লাক্লে। মহাকসি অচাকপা মৈরীনা তিনবা মুরবা কাজলগী চীংগী মতৌগুম উরি, মাগী পীশুমসি অশাউবনা তনিক তনিক্লি। মসুপ মসুপ্পা চিনবাননা কোমজাও খুম্বগুম মচিন্দু খুল্লি। মঙকশমগী অকোয়বদা শামুগী পরেং শিরি, অনি অনিনা মনাতোন কোৎশিন্নরি। মহাক য়াম্না হৌনা ঙংলক্লি মদুনা স্বর্গ আকাশ অমসুং মরোল তরেৎমক নিকপা হৌরক্লে অমসুং খোঞ্জেনদুনা বজ্রবু ফাওবা নমহৎলি।

মখাদা ইরিবা শৈরেং অসিদা হিংচাবীসিগী অকনবা পাঙ্গল দুগী মরীদা ইঙ্গিৎ পীরি—

মহাক্লা পাইরিবা লৈচিলবু ফারি
অমসুং মখুৎনা শুমদুনা
য়োৎশিনখ্রে ;
চাউরবা চীংজাউশিংবু মানা উফুল তাহনখ্রে
খোঙপাক্লা কাত্তখায়দুনা
খুদিং মক থা-মচেৎ শারি
মানা চোংশিন্দুনা ত্রিশূলদু থাঙ্গৎলি
অমসুং ঙংলকই,
'মসিনা থিনগনি নখোয়গী নথবাক্তা।'

বিশ্বামিত্রনা খল্লি হৌজিক্তি রামনা থবক পায়খৎ কদবা মতমদু য়ৌরক্লে।

'হে মণিগী মশক ওইবা' ঋষিনা নোল্লুক্না হায়জরকই---'মহাক্না খঙবা য়াবা ফওবা পৃথ্বগী খল থুগায়রগনি, মানা ঐখোয়বু থাদোক্লিবসি ঐখোয়সি পীশক পীকই মানা চাবদা মতিক চারোই হায়না খনবননি। রাফম অসিমতনা মাবু থিংলিবনি। নহাক্না হিংচাবী সিবু নূপী অমা ওইনা অমসুং তনৌ তনৌরিবী ইনখৎলক্লিবী নহা অমগুম খনবীগদৌরিব্রা মাগী লেংপাক্তা চোইজাইনরবা শল্লাংনা ইপোম হৌরিবী।'

মৈগী মৈরী গুল্লবী হিংচাবীসিনা ঋষিনা রামগী নাকোংদা করিগুম্বা খরা হায়রি হায়বসি খঙলে। মানা মাগী মিৎকী মৈরি অমসুং ভাংঙ্গানরবা ত্রিশূলদু মখোয়গী মাইকৈদা মতম অমতদা লংশিল্লক্লে।

করম্বা মতমদা রামনা পায়খৎখিবা
মাগী নিংথিবা খোইখোইবা লীরুং
উহৌদে কনানসু,
অদুবু উরকই মখোয়না
অশিবা কৌবা উপালদগী লৌরকপা
মখোয় তন্না লংশিল্লকখিবা
মতেক মতেক তেক্লুবা ত্রিশূলদু।

অসিগী তুংদা অমম্বগী মতৌগুম মুশুক মুরবী হিংচাবীদুনা খোঞ্জেলগুম য়াঙনা মশীং থীঙমদ্রবা নুংদুমগী নোংজু চুথহল্লকই মদুনা সমুদ্র ফাওবা ফনবা ঙমগদৌগুম। থৌনা লৈরবা রামনা মাগী তেনগী নোংজু চুথহন্দুনা অরেম্বদা তাহনখ্রে। রামনা অয়াকপা রাহৈগুম থৌববা অমসুং মৈগুম মৈশা লাংলব তেল কাপলক্লে। মদুনা ফওবা মীদা অফবা মীগী পাউতাক্লুম মাগী মথবাক ফাওদোকখ্রে। তেন্না পাল্লবা থম্মোইদগী চেম্থরকপা ঈনা লৈমাই চোৎখ্রে। য়েংবদা নুমিদাং রাইগী অতিয়াগী ভাংঙ্গানবা মচুনা মালেম লৈমাইদা তারকপগুমখ্রে।

রামগী অহানবা লানফমদগী থোক্লকপা হিংচা-শাগৈগী ঈনা মতম কুইনা হিংচাবগী ঈ থৌরাংলক্লবা যমগী অহানবা মহাও তংনা চিনবান চোৎখ্রে।

**মহাবলীগী রাবী**

তাড়কা হাৎলবা তুংদা বিশ্বামিত্রনা রাম লক্ষ্মণবু নিংথিরবা ফজরবা মফম অমদা পুরক্লে। রামনা হংলকই, মফমসিদি কনাগীনো। মতাংসিদা বিশ্বামিত্রগী চিন্দগী অঙকপা কুম্মৈগী মতৌ গুল্লবা ভাবনা থল্লবা রাবী অমা লীহল্লবা তাঞ্জা অমা কম্বননা ফংজরে।

থাযনা মমাংঙৈদা মহাবলী কৌবা মতিক চাউরবা নিংথৌ অমা মফমসিদা পাল্লম্মি। মহাক্কী মতিক-মগুণনা স্বর্গ অমসুং পৃথ্বী অনিমক মাগী মখা পোলহল্লম্মি। মাগী মপাঙ্গল হেনগৎহল্লবগীদমক লাইশিংনমক তৌঙমদবা যজ্ঞ অমা মানা তৌগে খল্লে। মানা মাগী লৈবাক্তু ব্রাহ্মণশিংদা শিন্নরগা চাউরবা যজ্ঞ অমা তৌবা হৌগৎলে। মাগী যজ্ঞগী রাসি তাবদা লাইয়াম্না মাগী যজ্ঞসি মহৈ যালহন্দনবা শ্রীবিষ্ণুদা চৎতুনা হায়জরে, মরমদি যজ্ঞসিদগী মহাবলী মপাঙ্গল অমুক হেনগৎলকপা ঙমদনবা। বিষ্ণু ভগবাননা লাইয়ামগী হায়জবসি য়াবীরে।

ব্রহ্মাণ্ডবু শেম্বীরিবা বিষ্ণু ভগবাননা খোঙনেম্বামী অমগী শক্তম লৌরে। মশা-মরেং ফল্লবা চাউরবা খোংনাং বট পাম্বীনা মাগী পীক্রবা মরূদা থুপতুনা লৈবগুম খোঙনেম্বা বামনগী শক্তমদা

মাগী মপাল নাইদ্রবা শক্তি পূম্বা থুপতুনা লৈরি।

বামননা জ্ঞান অমসুং শাস্ত্র পূম্বা তম্লে। তপস্যানা মশেক-মঙান্না-তিনবা ওইরে। লুগুণ শিরদুনা, মচিন্দা মন্ত্র শোল্লদুনা, অমসুং মখুত্তা মৈ পায়রদুনা বামননা বলীগী সভাদা থুংলরে। মহাবলীনা সম্মানগা লোইননা মহাকপু তরাম্না ওক্লে অমসুং হায়রকই—অদোম্না খোঙদাবীরক পসিনা ঐগী মহৈ য়ানবা হায়বদু ওইরে।

নিংথৌনা হংলকই 'ঐবু অদোমগীদমক করি তৌজৌ হায়বগে?'

বামননা খুম্লকই 'নংগী লৈরবদি ঐঙোন্দা খোঙফম অহুমগী লম পীয়ু।' 'ঐয়াজরে হায় না নিংথৌনা খুম্মি।' অদুমকপু মহাক্কী গুরু অমসুং মন্ত্রী শুক্রাচার্য্যনা নিংথৌদা মসি তৌদনবা হায়রম্মি—'মহাক্কী শক্তমসি লৌনম্বগী মশক্নি, হে মহারাজ মহাকসি চুম্নগী খোঙনেম্বনি হায়না লৌবীগনু। থাইনা মমাংঙৈদা জগৎ ব্রম্মাণ্ড পূম্ববু য়োৎশিনখিবা বিষ্ণুদু মহাকসিনি।

মঙোন্দগী নিরবা কনাবুসু মখুৎ হাঙনা হলহল্লোই হায়বা মহারাজ বলীগী অচেৎপা ৱাশক লৈ। মহাক্না হায়রকই—'ভগবানগী তিংথোক্লক্লিবা খুত্তা দান হাপচবা ফংলবদি ঐ থোইদোক্লা লাইবক ফরবনি।

চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা অরুবা ভাব অমসুং ফজরবা শৈরেংদা মদু অতোপ্পা লোল অমদা হন্দোকপা ৱারগদবা মত্তংদা কম্বননা মহাবলীগী মচিন্দগী ফোংদোকহল্লি—

অশিবা নত্তে
শিরবদু
শিরিবদি
মখোয়দুনি
মখোয়না
শিব লৈতনা
হিংলিবা
মখুৎ তিংথোক্লিবা
নিজনবগীদমক।
অমসুং কনাবু অহিংবনি হায়গনি,
ঐগী মরুপ
দান পীরিবশিং নত্তনা
মহাক্লা শিরবদসু
লৈরোইদ্রা হিংনা মতম চুপ্পদা?

ৱাহৈশিং অর্সি হায়বগা লোইননা মহাবলীনা মাগী মন্ত্রীগী ৱা অদু লৌদ্রে অমসুং বামনদা খোঙফম অহমগী লম ওন্থোক্লবা অমসুং লৌননবা হায়রে। মতম অদুদা মরল-মথুম খুৎশিন্নবগী পঞ্জীকরণ-ওফিস (রেজিষ্ট্রেশন ওফিস) লৈতবনিনা দান পীরিবা মীনা লৌরিবা মীগী খুত্তা ঈশিং হৈরগা খুৎশিন্নরম্মি।

মপাল নাইদ্রবা ঈশ্বরনা মাগী তেল্লবা খুত্তু তিংথোক্লে অমসুং নিংথৌনা মদুদা ঈশিং হাপ্লে। মখুত্তা ঈশিং হেক হাপ্পগা বামন চাউথোকপা হৌরক্লে। ঋাই মীয়ামগুম চাউখৎলকপা মতমদদি মীযাম্না থাগৎপা মিৎয়েংনা য়েংলম্মি অদুবু অসুম অসুম হেন্না হেন্না চাউখৎলক্লবা মতমদদি

অউবশিংনা অকিবা পোক্লরক্রে, অতিয়া পক্লা ৱাংখৎলক্রে অমসুং মদুদগীসু হেন্না ৱাংখৎলক্রে।

থন্নিবা খোঙদু চাউখৎলক্রে
পৃথিবীসিবু পুমকুপ কুপশিন্দ্রি ফাওবা
অমসুং পৃথিবীসি পীক্লা উরক্রে।
থাঙ্গৎলিবা খোঙদু আকাশতগী হেন্না চাউরে
অমসুং মদুগী ঙমখৈনুংদা পূম্নমক লৈরে
অমসুং মদুগী মফম লৈত্রদুনা
অমুক হন্নক্রে।

ৱারীসিগী পাউতাক ফোংদোক্লদুনা বিশ্বামিত্রনা হায় ভগবানগী হঞ্জিল্লক্লিবা খোঙদু মহাবলীগী কোকথক্তা থমখ্রে মদুনা মহাক্কী নাপল পূম্বা মাঙখ্রে অমসুং ঈশ্বরগী অথোইবা তত্ত্বদা লুপশিনখ্রে।

কম্বনগী ফজবগী ৱাখল অসি ৱারীগী ফজবা অরোইবা তাক্কক য়ৌদ্রিবমখৈ পেনবা লৈতে। মরম অসিনা মানা মখা অমুক ইথরকই মহাবলী ভগবানগী অশেংবা অওইবা শক্তমদা লুপশিন খ্রব অমসুং মাগী লৈবাক অদু লাইয়ামদা পীরম্নগা ভগবান বিষ্ণুনা পোথানবগী দমক মাগী ক্ষীর সাগর সমুদ্র ঈরোন্নুংদা হনখ্রে।

অসুম্না শ্যামনা
পোথাগে থন্না য়াতাখিবা
সমুদ্র ঈরোন্নুংদা,
মতমদুদা চান্নবী লক্ষ্মীনা
মাগী খুয়া থম্বালবু নাল্লকই
অদুম্বা খুয়া থম্বাল অকনবা
মদুনা মরোল পূম্বা ঙমখৈ লাকখিবা,
ইকাইবনা তঙাং তঙাংলক্রে
মাগী থোৎ-নৌরবা খুৎনা শোকপদা।

অসুম্না পোৎ অমা খক্তদা ঙমখৈ লৈতবা শক্তি অমসুং মপাল নাইদবা থোৎলবা তিন্নবা য়াদবা অনিসি পোৎ অমতদা পূন্না লৈবা অসি য়াম্না হৈ-শিংলবা ৱাখলনা কম্বননা উৎপা ঙমখি।

**ৱামগী প্রেম**

অসুম্না ৱারী তানা তানা ৱাম-লক্ষ্মণ মিথিলাদা থুংখ্রে, মফমদুদা ৱাম অমসুং সীতা অনি লুহোংগদৌরিবা।

বাল্মীকি রামায়ণদা লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদা ৱাম-সীতা অনি অমনা অমবু উখিদে। অওইবমক বাল্মীকিগী সীতানা অনসুয়াগী মফমদগী মাগী লুহোংবগী ৱাফম লীরদুনা হায়খি মদুদি লুহোংবা মতমদা মাগী চহী তরুকতমক মঙাইরি। মরম অসিনা মতমদুদা নুংশি-নুংওনগী ৱাফমসি লাকফমসু থোক্তে।

মসিগী ওন্ন তৈনবদা লুহোংবগী মমাঙদা লীরুং থুদেকপগী মমাঙদসু অনিমক নুংশি-নুংওনগী ৱাখল লৈব য়ারবা মপুং ফারবা ওইনা উৎতুনা কম্বননা অঙকপা শৈরোলগী ফজবনা থল্লবা প্রেমগী শক্তম য়েক্লি।

সীতাগী অয়ৌবা ফজববু শিংথাবদা কম্বননা ফজবগী শাস্ত্র পূম্বা লোইনা শিজিন্নখি। কম্বনগী মত মতুং ইন্না সীতা পোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা ফজবগী লাইরেম্বীগী ফজবা পূম্বা পুল্লপ পুনশিনখিদুনা খোমজিন্দুনা থমখিবগুম ফজবগী করিগুম্বা শরুক মচেৎ অমা ফাওবা চিখ-নাম্বহৌবা লৈখিদ্রে। ফজবা কৌবী লাইরেম্বীগী খুৎশেম হৈবগী ফজবা হেনগৎপা হায়বদু লেপখ্রে। সীতা পোক্লকপগা লোইনা লোইননা ফজবগী পুক্লিং হূনিঙাই ওইবা মতৌদা অনৌবা ঈনোৎ অমসু লাকখ্রে মদু হান্নদগী অমুক হেন্না মশেক-মঙাল হেনগৎখ্রে।

বিশ্বামিত্র অমসুং লক্ষ্মণগা লোইননা রামনা মিথিলাগী লম্বী লমশাংদা চৎলকপদা কোনুংগী থাঙ্গপাৎতা তারিবা সীতাগী মিরেলদা মাগী ফজবা শক্তম উখি। ঈশিংদা তারিবা সীতাগী মিরেলদগী মথক্তা দলাল তম্না য়েংখৎখিবদা সীতানা লেপতুনা লৈরম্বা উরে। অনিমক্না হেক উন্নবা মক্তদা অনিগী নুংগী ওইবা ঋাখলগী উন্নবদুবু কম্বননা পুক্লিং হূনিঙাই ওইবা মওংদা শৈথারি—

অনিমক মিৎকা মিৎকা মিৎচানৈ
অমনা অমবু থকচিনখিবগুম্মি
পঙথনখি অনিগী ঋাখল-লৌশিং
নিংথৌগী মচাইবুঙো চপ লেপ্পি রাজকুমারী য়েং
রাজকুমারীসু লেপ্পি রাজকুমারবু য়েং।

রামগী তুংদা চৎলম্বা বিশ্বামিত্র অমসুং লক্ষ্মণ রামগী নাক য়ৌরক্লে। নুংশি ঋাখলদা পঙথরুরবা রামনা ঋাখল য়াকাইরক্তুনা তহা তহানা মখোয় অনিগী তুংইন্ননা জনক নিংথৌগী সনা কোনুংদা চঙখি। সীতাগী ঋাখল লৌশিং অমসুং ফজবা পূম্বনা মাইকৈ মরীদা কোইঙাওনরি অমসুং রামগী ফজবা শক্তমগী তুংইন্নরি।

রামগী ফজবা শক্তম উখিদ্রবদা, মদুনা সীতাগী নুংগী ওইবা মিৎয়েং পুনশিন্নখ্রবা, সীতাগী পুক্লিংনা মনিং তম্না পম্বুংফম খঙদনা কোইঙাওনরক্লে।

থা থোক্লকপগা লোইননা রামগীদমক মাগী অপাম্বনা মৈশা লাংহল্লে। মাগী ফমুং থক্তা চোইজাইননা তারিবা লৈরাং থম্বালশিংগা লোইননা মহাকসু খুইথবা অমসুং মকশিনবা হৌরক্লে। মাগী হকচাংদা তৈরিবা অঙ্গৈংবা চন্দন মকুপ্পা মঙোন্দা মহী চেপ্পেক্লবা মৈগুম চাকহনবা হৌরক্লে। কম্বননা অসিগুম্বা খোয়থুম্নরবা অৱা-মৈশাসি শৈথাবদা মহাক মশামক সীতাগী পুক্লিংদা চঙশিন খিবগুম অৱাবগী নুংশা মপি হোন্না হংলকই 'নুংশিবা কৌবা লাইনাগী করিগুম্বা হিদাক লৈব্রা মরকসিদা অহুম্মক জনক নিংথৌগী কোনুং য়ৌরে মদুদা বামগী হিপফমগীদমক দলালগী মথক থংবা শরুক্তা কা অমা থৌরাং তৌরে। বিশ্বামিত্র অমসুং লক্ষ্মণনা রামবু মথন্নত থনম্লগা মখাগী কাদা তুম্লে। রামগী ঋাখলদি নুংশি-নুংঙন হায়বসি পুঙ্গীদা ইহান হান্না খঙনবনি। মানা সীতাগী মরীদা ঋাখল তৌবদা ঋাখলনা মচিল তুমখৎলকপনা মহাক চমন্নরম্মি। নৌনা থোক্লক্লিবা থাজনা মাগী ফিবমবু অমুক হেন্না লুশিলহল্লে। অচিকপা, অমম্বা, থাজ, মাগী ঋারবা থম্মোই অমসুং মাগী সীতা, মাগা লোয়নবগুম্লি। রাম তেংথারকই—

মাগী চেংতকপা খ্বাং
য়েংবদা দোলাইগুম
মিৎফম্না শাংতকপা তৌঞ্জেগুম ,

অমসুং ইনখৎলক্লিবা থবাক অনি ;
অঙকপনি মাগী নুংগী মীনোক
অসিগুম্বা শেম-শারবা খুৎলাইশিংসি
তমথিরবা যমনা পামখিবরা ?

অসুন্না রামনা অৱাবা ৱাখলগা লোইননা লোইনাইদগুম খল্লবা অহিংগী মতম শাংনা লেপ্লগা অহিংগী মমৈদা তুমথখিরম্মি। কম্বননা বাল্মীকিগী ওন্ন তৈনবদা রামবু ঈশ্বরগী মশক ওইনা য়েকলিবা, রামবু ৱাহল্লবা মীওই-ৱাখলনা মাসু পুক্লিং লাঙলকই। নুংশি-মৈশা লাংলবা রামনা কম্বনদা ইঙ্গিৎ তৌনা ইনশিল্লি মদুদি মসিদি ভগবানগী অবতারগী মগুণনি মানা মীওইবদা থৌজানবীদুনা অসিগুম্বা তাইবংপালদা খোংদাবীরক্লিবা, মফম অমসুং মতমগী ঙমখৈদা মশাবুসু পুল্লিবা অমসুং মীওইববু কন্নবগীদমক মশামক অৱাবদা তারিবা। কবিনা অতৈ লোলদা হন্দোকপা ঙন্নরোইদবা রামগী য়াকাইদুনা লৈবা ফিবমবু শৈথারি—

লাইজ ঈশৌ লাংলক কোরৌহনবনা
তোংদুনা মাগী দোলাইথক
মণ্ডালগী কাংখ্রোং পাল্লবা
নোংচুপ সমুদ্রদা ঈরুপ্লি
অমুক কাখৎলক্লগা অঈংবা নুংঙাইবা
নোংপোক অতিয়া থক্তা
অমসুং মাগী নৌরবা মণ্ডালগী খুৎনা
শোক্লি রামগী খুয়া থম্বালবু
অমসুং তৃম্বদগী য়াকায় হল্লি।
অমসুং রামনা মপান্দা থুংলে
লোইনাইদবা অৱাবা অহিংদুগী
সচ্চিদানন্দ ওইবা, য়াতাবসু ঙম্বা
মপাল নাইদ্রবা সমুদ্র ঈরোন্নুংদা
মশাগী মণ্ডাল লিশিংনা ঙাল্লবা ফমুংদা
খঞ্জরে মদুগী মহুৎতা
অৱাবনা তোয়না য়াওনবা
মফম অমসুং মতমগী খুরবা ফমুংথকসিদা।

অসিগুম্বা মশাগী কবিতাদু পাবদা পারিবা মীনা সমুদ্রগী মশিঙ লাকঙমদ্রবা ঈথক্কী ঈরাওখোল তাবা ফংগনি। অসিগুম্বা শৈরেংগী শুম্নাৎনিঙাই ওইরবা সুরনা শুম্নাৎলবা অপাবশিংনা থবক অমসুং মরম অনিগী ওইবা অপুনবদগী নাম্থোকপা ঙমগনি।

**রামনা শিবগী লীরুং থুদেকপা**

মিথিলাগী জনক নিংথৌনা মখোয়গী মরলগুম থল্লিবা শিবগী লিরুংবু কোলহল্লগা লীরী হাপ্পা ঙম্বা মীগা লোয়ননা মচানূপী সীতাগা লুহোংগনি হায়না ৱাশকখি। কন-থৌরবা নিংথৌ কয়ানা য়াম্না হোৎনখি অদুবু কনাসু মহৈ য়ানবা ঙমখিদে।

মুনি বিশ্বামিত্রনা জনক নিংথৌদা রামবু মশক তাকলদুনা রামদি লীরুং তেনগী বিদ্যাদা য়াম্না হৈরবনি মঙোন্দসু লীরুং অসি কোলহন্দুনা লীরী হাপ্পবা তাঞ্জা পীনবা হায়রম্মি।

জনক নিংথৌনা রামগী মাইকৈদা য়েংলক্লম্মি অদুগা অমুক জয় তৌজমদ্রবা লীরুং লোমদসু। মহাক নিংবা কায়রম্মি অমসুং চিংসু চিংনরম্মি। মানা মাগী ৱাখল খন্দবা ৱাশক অদুগী মরাইবক থীবনি খল্লম্মি অমদি সীতাগী তুংগী পুন্সীগীদমক খনবদা ৱারম্মি।

অদুমকপু বিশ্বামিত্রনা রামগী মাইকৈদা অর্থ লৈবা মিৎয়েংদা য়েংলক্লম্মি।

হৌগৎলক্লে রাম
মৈরীনা হৌগৎলকপগুম
যজ্ঞগী মৈরক্তগী
হোমগী ঘী ফংবা মতমদা ;
'লীরুং তেক্লে' নুংঙাইনা লাউরক্লে লাইয়াম্না
অমসুং সাধুশিংনা আশীর্বাদ পীনরে।
শনজিং চীংজাওগুম তারি লীরুংনা,
মদুবু থাঙ্গৎলে তরাইনা মানা
মহাক্কা অসুম্বা খুৎথাঙ্গৎতা থাঙ্গৎখি
শাৎকায়রবা লৈরাংগী পরেংবু
সীতাগী ঙক্তা হুক্কে মতৌগুম।
কুপতবা মিৎয়েংনা য়েংলি মীয়াম্না,
কনাসু উবা ফংহৌদে
করম্বা কালদা রামনা খোঙনা লীরুং মুকখিবা
কমদৌনা লীরী চিংখিবা হৈ-শিংনা ;
লীরুং থাঙ্গৎপা উখি মখোয়না,
লীরুং তেকপগী খোঞ্জেল তাখি মখোয়না।

### চিংনবা কোকপা

সীতা কোনুং মনুংদা লৈরম্মি অমসুং রামনা লীরুং থুদেকপগী ৱা মহাক খঙলমদে। শক খঙদ্রিবা নহাগী নিংথিবা শক্তম্না পুক্লিংদি চিংশিনখ্রে অমসুং থস্মোইদা মমি তাখ্রে চেৎশিন্না। অপাম-নুংশি মৈশা লাংলবী সীতানা রামগী ঈখৌ লাংলম্মি। মতমদুদা মাগী মনাইনূপী মনীললয়ানা থুনা য়াঙনা মাগী নাক্ত চেল্লক্লম্মি, মাগী মণি থাম্বা নাইন্দা নুংশানা য়ৈবদা পুমলং লংলম্মি অমসুং চুমথাং খনবগুম নিংথিরম্মি, মাগী নাম্থরক্লিবা সাড়ী অমসুং চোইজাইনবা তুংয়ান তাবা শমলাংনা মাগী তুংইন্নরক্লি। হরাউমনখিবনা মশাবুফাও কাউথোকখ্রে অমসুং লাউরম্মি, শক্লম্মি, জগোঈ শারম্মি সীতাবু খুকম্বা অমদি নুংঙাইবা পাউদম তম্ব ফাউ কাউথোক্লা।

সীতানা নীলমলয়াদা হংঙি 'নংগী পুক্লিংদা করম্বা ৱাফমগী অদুক হরাউরিবা? ঐঙোন্দসু হায়য়ুদনা।' ঈপা পাখৎলবী মনাইনা থুনা জ্ঞান তারক্লম্মি, সীতাদা খুরুম্লগা হায়রকই মতৌ করম্না রাম কৌবা রাজকুমার অমনা শিবগী লীরুংবু শান্নপোৎকুম থাঙ্গৎপা অমসুং থুদেকপা হায়বদু। মানা মখা তানা হায়রকই 'মহাক অযোধ্যাগী নিংথৌ দশরথকী মিৎস্নানা থম্বাল মানব

মচা ইবুঙোনি অমসুং মাগা লোইননা মনাও অমসুং ঋষি বিশ্বামিত্রসু লোয়নরকই। মাগা লোয়নরকপা মী অনিদুগী মরীদগী মাগী চিংনবা কোকখ্রে অমসুং মাগী পুক্লিং লৈতারে। লীরুং থুদেকখিবা মীসি মাগী পুক্লিংদা লোন্না চঙখিবা মহাক্কুনি খন্না। মহাক্কী থাজবা পুক্লিং লৈতাবসিনা মাগী হকচাংদা থোইদোক্লা অওনবা অমা লাক্লম্মি। য়াম্না নুংঙাইখিবনা পুক্লিং মকা লাম্লম্মি, মসিনা মরম ওইদুনা খ্বাংগী মেখলা তৎখ্রে, সীতাগী অথুপ্লা হকচাংগী তনিক তনিকপনা কম্বননা মাগী শৈরেংগী তাম্থা ওইরি।

## লুহোংবগী পাউজেল

খোইথুম্নরবা পুক্লিংগী আশাগা লোইনরবী সীতাবু থাদোক্লম্লগা কম্বননা ঐখোয়বু রাজা জনককীনাক্ত পুদুনা চৎলি মদুগী নুংঙাইবদু লীরুং থুদেকপগী অহৌবা খোঞ্জেলদগীসু হেনবনি। মানা বিশ্বামিত্রদা হংঙি 'লুহোংবসি য়াম্না থুনা পাঙথোক্কদ্রা নৎএগা দশরথ লাকপা ফাও ঙাইখিগদ্রা?' ঋষিগী য়াথং মতুং ইন্না জনকনা দশরথদা লুহোংবগী পাউজেল থায়।

## মিথিলাগী মায়কৈদা

দশরথনা মাগী মীয়ামগা লোইননা মিথিলাগী ঙমখৈ নুংদা লাক্লে, মতমদুদা জনকনা মাগী মীয়ামগা লোইননা তরাম্না ওক্লে অমসুং মখোয়বু শহরদা পুরক্লে। শহরগী লম্বীশিংদা রামগী শোভা যাত্রাসু চৎলে, লৈরাং অমসুং মণি-মুক্তানা থাম্লবা শেম-শারবা দোলাইদা তোংহন্দুনা মিথিলা নগরগী মাইকে মরিদা কোয়রম্মি।

চৎলিবা শোভাযাত্রাসি লুহোংফম মাগুপকী মমাঙদা লোইশিল্লে মফমদুদা বশিষ্ঠ অমসুং বিশ্বামিত্রনা ঙাইদুনা লৈরম্মি। রামনা মাগুপতা চঙলক্লগা মুনি অনিবু দণ্ডবৎ তৌনা খুরুম্লে। মাগী ঙকশমদা হিরাগী পরেং শিরম্মি, খুরুম্বা মতমদা হিরাগী পরেংদু হাই হুম্লম্মি অমসুং মাগী শংবানবা হকচাংদা মশেক-মঙাল ফাওরম্মি। মচুগী খেন্নবসিনা কবিবু শুম্নৎলি, মানা হায়-রামনা ঋষিশিংগী খোঙ শোকপদা নোংজু পাম্থাগী অমঙবা নোংলক্তা নোংথাং কুপ্লাগুম্লম্মি।

মচু ফোংদোকপা ৱাহৈ, মতিক চাবা প্রমাণগী কল্পনা, মরুদি ওইবা কুপ্ল কুপ্লবা ৱাফমশিং কম্বননা উৎলি মদু মীতম্লনা য়েকপা নত্তে, লেঙ-ওৎপা লাই (সিনেমা) নত্তে, মচু মচুগী অয়েকপা লাইসু নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী মাঙদা শান্নরিবা লীলা অমগী মশক্নি।

## প্রেমীশিংগী উন্নবা—

লাক্লিবা মী পৃম্বা মাগী মাগী ফমফমদা য-মখ্রবদা বশিষ্ঠনা জনকতা সীতা পুথোক্লরুবা হায়রকই। সীতা তপ্পা তপ্পা চঙলকই। মতমদুদা মহাক্কী মণি-মুক্তা ময়াম মচু মচুগী মমি তারি মদু য়েংবদা পৃথ্বী মাতানা লৈমাইগী অমোৎ-অকায় ময়াম্না সীতাগী নৌরবা খুয়া থম্বাল পোকথোক্কনি খম্থনা লৈমাইদা মচু মচুগী লৈয়াম চাইথোকপগুম্লি।

সীতা থোক্লকপা উবদা তিল্লিবা মীয়ামগী ফোংদোক্লিবা ৱাখল অদু কম্বননা মাগী তুরীনা য়াম্না হৈ-শিংনা ফোঙদোকই। খোইথুম্নরবা ঈশৈগী শক্তম লৌরবী সীতানা ময়ামগী নাক য়ৌরকপদা পুম্নমক্লা খুৎ থাঙ্গৎতুনা খুরুম্নে, সুপ্নগী রাম অমসুং ঋষিশিং নওনা। মরমদি কবিগী ৱাখল মতুং ইন্না পুম্নমক্লা সীতাবু দেবীনি হায়না খল্লি অমসুং পুক্লিংনা খনবদু হকচাংনসু থুনা তৌরকই।

অদুমকপু নীলমলয়ানা রামগী মরীদা শিংথারিবা অদু য়াম্না চেকশিন্নিঙাইনি, অমুকসু অনিগী অমতা ওইবা মতৌগী মরীদা সীতাগী পুক্লিংদা খজিক্তি চিংনবা লৈরম্মি। মাগী মাইকৈদা য়েংবা হায়বসি সীতাদা মী উশিৎতবগুম থোক্কনি। মাগী খুজিশিংদু শেমজিন-শাজিনবা শাদুনা মাগী মিৎচিনা রামগী মাইকৈদা লোঙ্গাননা হাইফেৎ য়েংঙি ; হৌজিক্তি মানা নাকোইননা উদুনা থম্মোইদা হাপখ্রবা রামদু তশেংনা মাইয়োক্লনা উরে হায়না থাজবা পোক্লে। সীতানা রামগী মাইকৈদা য়েংবা মিৎকুপ অদুমক্তদা রামগী নিংথিনা শংবানবা ঈশিং ঈচেলগুম্না সীতাগী মিৎতা থলহনখ্রে। মতম অসিমক্তদা দশরথকী য়াথং মতুং ইন্না বিশ্বামিত্রনা মথংগী নুমিৎতা লুহোংগনি হায়না লাউথোকই।

**ভোগগা যোগগা তিন্নবা**

মথংগী নুমিৎতা অয়ুক্তা বশিষ্ঠনা লুহোংবদা চঙগদবা পোৎলম পুম্বা থৌরাং তৌই। লৈরাংনা নিংথিনা লৈতেংলবা বর অমসুং কন্যা অনিমক লুহোংফান্দা ফম্মি। অমনা অমবু শোক্লনা রাম-সীতা অনি ফম্লবদা কম্বননা ঐখোয়গী নাকোংদা লোন্না হায়রি মদুদি অনিসে ভোগ অমসুং যোগ অনি তিন্নবগুম উরে। মপালথোং তাইবংপালগী হকচাংগী নুংঙাইবগা তাইবংগী ওইদবা নুংগী ওইবা নুংঙাইবগা অনি অসি শুকতিন হেক তিন্নবা য়াদবা নত্তে, অনিসিগী অচাবা মরমদা মপূং ফানা তিন্নবা য়াই।

লুহোংবগা লোইননা বিশ্বামিত্রগী থবক মপুং ফারে। মসিগী অরাংবা অপেনবা ভাবসু ফোংদোকই—

নিংথৌগী মচাইবুঙো বর
অমসুং জনককী চাঞ্জবী কোকিল
পুন্না খোংলে লৈহাও চেল্লবা নুংঙাইবগী লমদমদা
বেদগী মন্ত্রগা লোয়ননা বিশ্বামিত্রনা
আশীর্বাদ পীরে অনিদা
অরাং থংবা মাইকৈদা লৈরিবা
মেরু পবর্বতকী সনা-চীংদোন্দা লৈরিবা
খোঙ শানখ্রে মাগী আশ্রমদা।

বিশ্বামিত্রনা খোঙশানখিবগী শৈরোল সিগা লোইননা কবিনা মহা কাব্যসিদা য়াম্না মক ওইখ্রবা লৈপুল অমা শেম্লম্বা নৃপাগা বিদায় তৌনরি।

# অযোধ্যা কাণ্ড

হৌজিক্তি ফিজং হাংদোক্লে অযোধ্যাগীদমক, মফমসিদা নম্বোনবী মন্থবা অমসুং কৈকেয়ীগী লৌতুনবগী মহৈ ওইনা রামবু রাজমুকুট ফংহন্দ্রবা। রামবু বনদা থাবদগী রাবণনা সীতা হূবা অমসুং অরোইবদা ফগুবা অমসুং লমহেনবা শাজৎ চৎপবু মরূ ফংনা মাঙহন্নবগী য়ুমফম শেম্লে।

কম্বননা য়াম্ন ফজরবা লোন্দাদা নিংথিরবা লাইশোল অমনা অযোধ্যা কাণ্ডসি হৌই—

অওইবা পোৎশক
মদু নোংদোল অতিয়াদগী লাকই
শিনবা থুংলি ঙমখৈ নাইদ্রবা
চাউরবা ব্রহ্মাণ্ড পূম্বা
ঈশ্বরনা ব্রহ্মাণ্ড সিদা
লূপসিন্না অমুকসু পকশিন্নদনা।
আত্মা অমসুং চেতনাগুম
লুপশিল্লি হকচাংদা অমুকসু পকশিন্নদনা
মহাক্তু ঈশ্বর মক্সি
নিংথৌমচাশিংগীসু নিংথৌমচা,
অথৌবা লান্মীগী খোঙউপ উপখিবা,
মহাক্না থম্মোই শোক্না অমসুং ইকাঙবা নংনা
মাগী পোক্তবী রানী অমসুং
নম্বোনবী হনুবীগী ফও-লৌশিংনা
নিংথৌগী ৱায়েল-শাজৈ থাদোক্না
লানখিবা উমং-ৱামং অমসুং সমুদ্র-ঈপাক
অমসুং কন্নবীথি লাইয়াম্বু
তমথিবা নিং-তম শাজৎতগী।

শৈরেংসিগী মশাগী ওইবা ছন্দ অমসুং ফজবা মত্তং অনুবাদ হায়বা নুংশি হৈত্রবা খুৎলাইদুনা মচেৎ তানা থুগায়খ্রে অদুবু ধর্ম্মগী ৱাখলদা তাইবংপান্না ফংঙমদ্রবা নুংঙাইবগা বিজ্ঞানগসু চূননা কম্বননা শৈরেংসিদা নিংথিনা ফোংদোক্লি।

**রাজসভা ফম্বা**

মিথিলাদগী হল্লক্লগা দশরথনা অযোধ্যাদা নুংঙাইনা মতম শাংনা পানখি। মাগী মতিক চারবা মচা নূপাশিংগী লুহোংবগা লোইননা মাগী সংসাবগী ওইবা পুন্সীসু নিংথিনা মপুং ফাখি। নোংমা শামু-শয়াংথক্তা তোংদুনা মাগী কোনুংগী লৈফমদগী মন্ত্রী মণ্ডলগী তিনফমদা চৎলি অমসুং লৈবাক্কী মন্ত্রী পূম্বা কৌনবা য়াথং পী। মহাক্কী প্রধান মন্ত্রী বশিষ্ঠনা খ্বাইদগী হান্না থুংলৈ। অতৈ মন্ত্রীশিংসু মথং মথং সভা ফমফম কাদা থুংলৈ। অহানবদা বশিষ্ঠদা মকোক নোল্লি অমসুং মথংদা নিংথৌ দশরথদা খুৎলোন্নদা খুকম্মি। বশিষ্ঠ অমসুং নিংথৌনা খুরুম্বা ওকুবা অমসুং

মখোয়গী ইঙ্গিৎ ফংলবদা মন্ত্রীশিংনা মাগী-মাগী ফমফমদা চঙদুনা ফমথৈ। দশরথনা ময়ামদা মঙ্গলগী মিৎয়েং য়েংলদুনা হায়রকই। মহাকসু মাংলমচৎকী মপা-মপুগী লমচৎ তুংইন্নৈনা অহল ওইরবদা মরৈবাক মচা নুপাশিংদা শিন্নরম্লগা লাইনিং-লম্বী লৌদুনা নুংগী ওইবা মঙাল থিননবা বনদা চৎনিংঙি। ৱাফমসিদা নিংথৌরেল দশরথনা মাগী তিল্লিবা মন্ত্রী সভাদগী নিংথিবা পাউতাক পীবিনবা হাযজৈ।

মহারাজগী ৱাহৈশিংসি নিংথিনা পুক্লিং চঙ্না তারবা তুংদা বশিষ্ঠনা জ্ঞান লৈরবা অমসুং খঙ-হৈরবা মন্ত্রীশিংগা ৱাখল মান্নবা অমসুং প্রজাশিংগী য়াইফনবা ফিবমদা ৱাখল তৌই। মানা হায়রকই—

ৱাফমসি থাঙ্গৈশেংনা অদোমগী শেংলবা নথৌনি,

হায়রিবা ৱাফমসি অদোমগী অৱাংবা শাগৈগী মতিক চাবনি। বশিষ্ঠনা মাগী ৱাফমসি য়াবীর-বদা নিংথৌ দশরথকী নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

অহল ওইরবা মন্ত্রীশিংগী মাইথোংদা ৱাফমসিবু য়াবা ফোংদোকপগী ৱাহৈ অরাবা ময়েক্লা ইবগুম্নে। দশরথকী য়াথং মতুং ইন্না সুমন্ত্রনা রামবু পুদুনা লাক্লে।

রাম বশিষ্ঠগী মাঙদা কোক নোঞ্জে মথংদা দশরথকী খুয়াদা খুরুম্মি। নিংথৌনা নুংশিবা ৱাখলনা মিৎতা পিগী ঈথক হৌনা রামবু থম্মোইদা চেজেৎ কোনবী অমসুং মিৎতগী পিসু শিন্থরকই।

দশরথনা মাঙলমচৎকী মপা-মপু ওইবা নিংথৌশিংনা মখোয়গী পুন্সী নুমিদাংৱাই য়ৌরকপদা মশা-মশাগী মচাশিংদা নিংথৌগী লুহুপ শিন্নরম্লগা আত্মা-মুক্তিগীদমক বনদা চৎখি হায়বসি তাক্লম্মি।

মপাবুঙ মহারাজগী সনা-য়াথংসি তাবদা মিৎম্না-থম্বাল ওইবা রামনা নিংথৌগী লুহুপকী অপাম্বসু উৎখিদে, ঙম্মোই হায়বসু হায়খিদে। লৈবাক ৱায়েল-থৌদা তৌবদি মাগী মথৌনি খল্লম্মি। নিংথৌগী য়াথং ইনবদি ঐগীদি তঙাইফদবা নিয়মনি খন্না রামনা মপাইবুঙোগী য়াথংসি য়ারে।

দশবথনা রামবু অমুকসু কোনবীরে। মতুংদা মন্ত্রীশিংনা ঈকোয় কোয়শিন্না মাগী কোনুং লোমদা চঙশিনখ্রে।

রামবু বাজ্যাভিষেক তৌননবা লৈবাক লৈবাকশিংগী নিংথৌশিংদা বার্তন তৌখ্রে। বার্তনশিং অদুদা গরুড় হুকপা সনামচুগী ছাপা নম্মি।

**কুম্মৈগী মশক ওইবা শহর**

রামগী রাজ্যাভিষেককীদমক থৌরাং তৌরি। অযোধ্যাগী প্রজাশিংনা কোরৌহনবা নুমিৎপু তকথোক-নাঙ্থোক্লনা হেন্না লংহনবগুম অমসুং বিষ্ণু ভগবানগী থবাক্তা ঙাল্লিবা কৌস্তুভ কৌবা মণিবু অমুক হন্না শেংদোকপগুম মখোয়গী ফজরবা শহর অমুক্কসু শেম-শারে।

দোলাই অমসুং শামুশিংনা লম্বী শোরোক থনখ্রে। মণি থাল্লবা ফিনা কুপথরবা শামুশিংগী পরেংনা চৎপদা মকোকথক্তা অরংবা নুমিৎ অমমম্ পুদুনা চৎলিবা চীংজাউশিংগী মতৌগুম্নে।

শহর পূম্বা হরাওবনা ককঙাওনরম্মি। মতমদুদা ফৎএবী নম্বোনবী মম্থরাদি বাবণনা থৌদারকপী ফওবা পৃম্বগী শক্লোল পুবী ওইরম্মি। মীয়ামনা হরাও-তয়াম্বসি উরগা মহাক মথৱাই প্রোক প্রোক চাক্লম্মি; মকোক ঙাওবে , অশাউবনা লুতোন কাখ্রে ; পুক্লিং বারে ,

অশাউবনা মমিৎ ঈ কারে ;মচিন্দগী মৈ হৌবগুম্বা খোম্থোক থোকলে।

মরোল অহুম মকপু অৱাবা ঈপাক্তা লুপশিলহনবা ঙম্বী নুপীসিনা ভরত পোকপী কৈকেয়ীগী শঙ্গাই তম্না চেল্লক্নে। মচিন পৈথোক্নে অমসুং নিংশিংলক্নে মহৌশাগী দৃশ্যদো, রামনা অঙাং ওইরিঙৈদো শান্ন শান্ননা মাগী মনঙ্গন অপোনবদা তেন্না তমখিবা। মানা অদুগুম্বা অঙাংদুনা রাজসিংহাসনদা ফম্বা য়েংবা ঙম্লোই, মানা নোংমা মাগী অথিবা শক্তম্ব করেন্নখিবা। রামগী তৌগদৌরিবা অভিষেকপু ওইহন্দনবা কৈকেয়ীবুসু য়াহন্নবা মাগী তুমফম কাদা চঙশিনখ্রে।

**কম্বনগী তশেং তশেংবা মতৌ**

কম্বননা কৈকেয়ীবু, তশেংনমক মাগী মহাকাব্যগী পাত্রখুদিংমকপু মরু ওইনা বাল্মীকিনা পুমচাই চাইথোক্লবা সাচাদা হৈরম্মি। মহাক মশক ফজবী, লমচৎ লৈবী, ৱাখল ৱাংবী অমসুং পুকচেল চাউবীনি অমসুং মাগী ৱাখল য়াম্না শেংলম্মি। মাগী মচা নূপা ভরত অমসুং লোন্নবী মচা রামগা অনিগী মরক্তা করিগুম্বা খেন্নবা অমতা থন্নমদে। মহাক্না তশেং তশেংনা উৎতুনা মন্থরাগী লৌনম্না থল্লবা চৈফুশিংগী মাইয়োক্তা কৈকেয়ীনা নিংথিনা শেম-শাদুনা লৈ অমদি মাগী মমাঙদা সমস্যা কয়ামরুমগা মাইয়োক্নে। অদুমকপু মহাক মপুক্লিংদা য়াম্না কৃপ্না নৈনরবা তুংদা মাঙদা লাক্লিবা সমস্যা পূম্বা নিংথিনা মাইয়োক্নে। কৈকেয়ীগী ইচম চম্বা অমসুং মক্তুবা ৱাখলবু মন্থরানা হূ চেলহনবা অমসুং ফওবা মাইকৈরোমদা চিংশিনবদা মহৈ য়ানব ঙমখি মসিমক মহাকাব্য অমগী মশক্লি হায়বা য়াই। য়াম্না লূনা অমসুং হৈ-শিংনা কৈকেয়ীবু ফওবা মাইকৈদা চিংশিনখিবা অসিগী মরীদা কম্বননা য়াম্না পাক-শন্না লীলাগী মওংদা তৌখিবা থৌরাংশিংদু পীক্লবা মফমসিদা শিংথাবা ওইথোক্তে। মতাংসিদা মসিমদি পনবা তাই, মন্থরাগুম্বী ফওলৌশিংদা হৈ-শিংলবী নূপীসিনা মীওইবগী থম্মোইগী মিহৌ চাউবা ৱাখলগী ফিবমদা নত্তে তৌইগুম্বসুং অৱাংবা ফজবা ৱাখলদা য়ুমফম ওইরগা ফজবা অকবা প্রমাণ পীদুনা কৈকেয়ীবু মপুক ওলহনখিবসিনি। মানা হংঙি-'লৈত-লাইব, অৱা-অনংশিংনা পাম্বৈ লৈত্রদুনা নঙোন্দগী দান নিবা লাক্লবদা নহাক্না লৈত-লাইরশিংদা দান পীনবগীদমক কৌশল্যাদগী সনা নিগদ্রা নৎএগা নিরবশিংদা লৈতে হায়না হায়গদ্রা?' করিগুম্বা মাগী মচা নূপানা নিংথৌ ওইরবদি সংসার পূম্বা কৌশল্যাগী ওইখ্রগনি, মতমদুদা নংনা কৌশল্যানা পীবা দাননা হিংদুনা লৈগদরা?'

মপুক ফৎএবী মন্থরানা ৱাশিং অসি হায়দোকপদা কবিনা হায়—'অসুম্না রানীগী অৱাংবা অশেংবা থম্মোইদা হূ চেলহনখ্রে, মানা মন্থরাদা হংলকই মতৌ করম্না ভরতনা নিংথৌগী লুহুপ ফংবা য়াগনি। মতমদুদা মশা খোযবগুম মপুকসু খোয়রবী মন্থরানা মমাংঙৈগী বর অনিখক নিংশিংহনখি, মদুদি দশরথনা সাম্পরণ হিংচাবা জয় তৌবা মতমদা কৈকেয়ীদা পীখিবা। মানা হায়—'বর অমনা নচা নূপাগীদমক লৈবাক নিরো, অদুগা অনিশুবা বরনা রামবু চহী তরামরী বনদা থাহল্লো।' মতম অমুক মাঙহন্দনা কৈকেয়ীনা হায়রিবা থৌরাংসি থবক্তা ওম্থোক্লবা হোৎনরে।

কৈকেয়ীনা বর অনিসি নিরবদা দশরথদা অচৌবা চৈফূ অমা ওইরে। মহাক্না রামবু বনদা থাবগী ৱাফমসি থমদনবা কন্না হায়জরম্মি, অদুবু কৈকেয়ীনা য়াননবগীদমক শেম শারমদে।

তেংথারদুনা নিংথৌনা লৈমাইদা ওল্লক্লবদা নিংহন্নদ্রবী রানীনা হায়রকই—'ইনিংথৌনা বর অসি পীনবীরবদতা য়াগনি, নৎএবদি ঐ থরাই থাদোক্কনি।' কৈকেয়ীনা মাগী অপাম্বসি মপূং

ফাহন্নবা চপ য়ুংনা লেপখ্রে হায়বসি দশরথকী মাঙদা তশেং তশেংলে। য়াম্না খোয়শাউননা মানা বরদান পীরে।

'লৈখা তারবীনি ফওবীসে' মানা লাউরকই
য়ারে য়ারে নংগী হায়জবদু।
ঐগী ঈচানা পাল্লুসনু বনদা
অদুগা ঐনা থৱাই থাদোক্তুনা স্বর্গদা পাল্লুগনি।
করিগুম্বদসু কৈদৌঙৈদসু নং অমসুং নচানা
মিংচৎ থীবগী ঈপাক্তি লাম্থোকপা ফংলরোই।'

### কৈকেয়ীনা মিকপ তানবা

দশরথনা ৱাহৈশিংসি হায়দোকখিবগা মথৌ লৈরবা ছুরী না থম্মোইদা থিনবগুম খাঙঙমদ্রবা অৱা চৈনানা জ্ঞান মাঙনা লৈমাইদা ৱাম্থখরে। ফিবম অদু ফাওবদা খোঙফম হন্দোক্তুবী রানীদি অপাম্বা থুংবগী অপেনবনা থম্মোই থুমহৎখ্রে অমসুং নিংথিনা তুমখুল তানখ্রে। মীওইবগী কোক্তা অকনবা ৱাখলগী চয়েৎনবা লানফমদা চয়েৎনবদু হেক কোকপগা নিংথিনা তুমখুল তাল্লি হায়বা মনোবিজ্ঞানগী ৱাসি অচুম্বমক্লি। কৈকেয়ীবু তুমথহন্দুনা অঈংবা পীরগা অমসুং দশরথপুনা অৱাবগী চৈথেংনা ৱাম্থহল্লগা কবিনা অওইবা মশকসি লীলাগুম উৎলি।

### প্রকৃতিগী অথিঙবা

কৈকেয়ীনা তুমখুল তান্দুনা পোথারি অদুবু কবি কম্বনগী মতুং ইন্না অসিগুম্বা বিশ্বাসঘাতনা থল্লবা থবক অসিগী মাইয়োক্তা মহৌশা খুৎশেন্না হৌরক্লি।

অহিং লাইরেম্বীনা অয়ুক্কী শক্তম লৌরক্কে। কবিনা শৈথারি অহিং লাইরেম্বীনা নূপী অসিনা তৌরিবা থবক অসিদা ইকাইবনা মমাঈ উৎপা ঙমদদুনা তাইবং মীওইবাশিংদা থুনা য়াঙনা চৎখিগুন্নে। নূপীসিনা লুহোংবা নুমিৎতগী হৌনা মপুরোইবগী থৱাইগী শক্তম লৌদুনা লাকপনি অদুবু অৱাবতনা থুমহৎলবা মপুরোইববু উরগা করিগুম্বা মীনুংশি অমতা উৎখিদ্রে।

ঈনুং ঙানবগা লোইনা লোইননা অতিয়াগী থৱানমিচাক পূম্বা মাঙখ্রে। থৱানমিচাক্না থল্লবা অতিয়ানা পাক-চাউরবা থাক্কলগুম মদুদা মণি-মুক্তা পরেং পরেং য়াম্থদুনা মদুগী মশেক-মঙালনা মালেম পূম্বা খিক্লস্বনি অদুবু হৌজিক্তি মোমোন্নবা মিৎস্না থম্বাল ওইবা রামগী অভিষেক কায়খ্রবদা থাক্কলগী করি কান্নরিবগে? থৱানমিচাকশিংনা থুনা য়াঙনা লোৎখিবগা লোইননা অভিষেক্কীদমক খল্লম্বা থাক্কলসু থুনা লৌথোকখ্রে।

নুমিৎ থোক্লক্লে। অমম্বগী ফিজংসু চিংথোকখ্রে। নুমিৎকী শাগৈদা পোকপা দশরথকী পুন্সীসু মুথরক্লিবা কোনুংগী থাউমৈগুম মুথরক্লে। লৌনম চাউবী কৈকেয়ীগী পাপনা থল্লবা তমথি-শাজৎনা অশাউবনা মমাই ঙাঙলবা শারবা নুমিৎনা উদয়াচল চীংদগী থোক্লকপগুন্নে।

### অভিষেকক্কীদমক মীয়াম তিল্লবা

কৈকেয়ীগী তুমফম কাদা করি থোকখিবগে হায়বসি খঙদ্রিবা অযোধ্যাগী মীয়াম্না রামগী অভিষেক নুংঙাইবনা মাঙওইননা ঙাইদুনা লৈরি। মখোয় খুদিংনা মশা মশাগী ৱাখল-পুক্লিংগী মতুং ইন্না অভিষেককী ৱাখলদা নুংঙাইনরি। অহল ওইবী নূপীশিংনা কৌশল্যাগী মমা ওইবীগী মিৎয়েংদা রামগী চাউখৎপবু উরি। সাধু-সন্ন্যাসী শিংনা বশিষ্ঠগী পূক্লিং হেন্না লুপশিন্দবা

নুংঙাইবগী মওংদা য়েংলি। নহা ওইবী নূপীশিংনা অসিগুম্বা হরাউ তয়াম্নিঙাই ওইবসিদা সীতাগুম পুক্রিং লুপশিল্লি। মশাগী হরাউজবদা সীতাদি লক্ষ্মীগুম্লি। পরলোক লোমদা মাঈ ওনশিল্লক্রবা অহনশিংনা, মখোয়গী চীং লেমজবদা দশরথকী মতৌগুম্লি।

পৃথিবী পুম্বগী নিংথৌ অমসুং নিংথৌ মচাশিংনা সীতাগী মবুঙো রামগী রাজ্যাভিষেক য়েংননবা অযোধ্যাদা তিল্লরে।

**ফগায়না শাৎলবা থম্বাল**

অযোধ্যাগী লম্বী শোরোক পূম্বদা অভিষেক য়েংবা লাকপা মীয়াম্না ঈথক হৌরক্লবদা, কোনুং মনুংদা অশেংবা সংস্কারগী থবক্তা লুপতুনা লৈরিবা বশিষ্ঠনা মহারাজবু কৌরুনবা সুমন্ত্রদা হায়রক্লে। সুমন্ত্রনা নিংথৌগী দলান্দা চৎলে মফমদুদা মহাকপু ফংদ্রবদা কৈকেয়ীগী দলাল তন্না লাক্লে। কৈকেয়ীনা রামবু মফমদুদা খুদক্তা পুরক্লবা য়াথং পীরে। রামনা য়ৌরকপগা কোঙয়াঙ চৈশু তাবগুম খুরুম্লে। কৈকেয়ীনা হায়রকই—'নপাবুঙ মহারাজগী য়াথংনি মদুদি ননাও ভরতনা লৈবাক ৰায়েল্লনি ;নংনা বনদা চৎকনি ;মুনিশিংগা লোইননা কোক্তা জটা পুনা লৈগদবনি ; লাইনিং পৈরে চেৎকনি ;শেংলবা তুরেলশিংদা ইরুজগনি অমসুং চহী তরামরীগী তুংদা অমুক হল্লক্কদবনি।

অসিগুম্লবা থম্মোই য়াওদ্রবা য়াথংসি তারগা রাম হরাউরে। কবিনা হায়রি, য়াথংসি তাদ্রিঙৈদা রামগী মাইথোংদু তনৌ তনৌরম্মি শুম্বৎনিংঙাইনি অমসুং থম্বাল গুম্লম্মি, মমা ইবেম্মগী য়াথং তারবা তুংদা শাৎকায়রবা থম্বালদগীসু হেন্না মকা লামখ্রে। রামনা হায়—

য়াথংসি নিংথৌগী নওদুনা নংগী ওইরবা
মদু ওইর ফাও হিক্তোক্কদ্রনে?
মতম সিমক্তদা লৌজরে বিদায়
অমসুং চৎচরে বনগী লমদম পাং।

মহাক্কী মপাবুঙ মহারাজ কা মনুংদা লৈ হায়বসি রাম খঙঙি অদুবু মহাক বিদায় লৌবা চঙখিদ্রে। মহাক্না মপাবুঙ মহারাজগী মাইকৈ বোমদা মাই ওনশিন্দুনা খুরুমজরে অমসুং কৈকেয়ীগী খোঙদা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমজরগা মমা ইবেম্মা কৌশল্যাগী কা তান্না চৎখ্রে। মতাংসিদা ঐখোয়না মসিমসু খঙবা তায় বাল্মীকি রামায়ণদদি রামনা বন চৎত্রিঙৈদা দশরথকা উন্নে, বামবু মনুংদা কৌশিল্লগা হায়—'বর অনিসি লৌননবা কৈকেয়ীনা ঐঙোন্দা নমথাক তৌখিবনি। মরম অসিনা নং যাথং অসি ইনগনু অমসুং অযোধ্যাদা নিংথৌ ওইনা লৈয়ু। ৰাফম অসি দশবথনা পাউতাক পীননবা রামদা ইথিন পীবনি অমসুং মানা দশরথদা ৰাশক কায়দনবা তকশিল্লি। অসিগুম্বা অঙকপা বিদাযগী দৃশ্যসি কম্বননা লৌথোকখি, থাঙ্গৈশেংনা য়াম্না কলাগী মশক ওইরবা মওংদা লৌথোকই। অহানবদা রামনা ৰারবা মপাবুঙদগী বিদায় লৌদনা বনদা চৎখ্রবদি অৰাবগী চৈথেংসি য়াম্না হেনগৎকনি। অনিশুবদা রামগী মফমদা দশরথকী প্রেম অমসুং অচুম্বগীদমক দশরথকী প্রেম অনিসিগী মরক্তা অঙকপা ফংনো য়ৈখায়নৈ অমনা হেনখিবদা অমগী মপূং ফাবদা অপনবা পী।

**অফবা গুণগী অৰা নুংশা মপী**

কন্নানসু চামর কাংহাই হুমদ্রে,

কনানসু নিংথৌ-পেঙৌ খান্দ্রে
মহাক্কী কোক থক্তা,
থম্মোই য়াওদ্রবা নোংদম্বনা চৎলি লমজিংনা
অমসুং নিংথিবা ফজবা গুণনা তুংইন্ননা
নুংহিক্লনা অমসুং অৱা-নুংশামপি ফূইহোন্ননা
মথন্নত লাক্লি রামনা
অদুগুম্বা নূপীদুগী মমাঙদা
মাগী মমা ওইবীগী থম্মোইদা
আশা অমসুং নুংঙাইজবনা থল্লবী।
অমসুং পামজরিবী নীলগিরি চীংজাওগুম্বা রামগী
কোকথক্তা অরংবা লুহুপ উপ্পা লাকপা উজবা।

রামনা তপ্পা মহাক্কী বনদা চৎপগী ৱাফম হায়রকপা মক্তদা মমা ইবেম্মা কৌশল্যা ৱাষ্থখরে। মাগী ৱারবী মমা ইবেম্মবু মখুৎনা কোনখৎলদুনা থেমজিন্নবা হোৎনরকই। মমানা হায়রকই 'সংসারপূম্বদা ভরতনা পানসনু। মহাক্তি অফবা গুণ পূম্বনা তিল্লিবনি অমসুং নঙোন্দগীসু হেল্লিবনি। অদুবু কনানা ফৎএবা পাউতাকসি পীবীরিবা, নপাবুঙ মহারাজদা ঐনা য়াম্না নোল্লক্লা হায়জগনি অমসুং নহাকপুদি বনদা খক চৎহল্লোই। ৱাহৈ শিংসি হায়বগা মহাক কৈকেয়ীগী লৈফম তান্না চেল্লক্কে, মফমদুদা দশরথসু লৈমাই থক্তা জ্ঞান মাঙনা তাদুনা লৈরিবদু উরে।

মরকসিদা অভিষেককীদমক ঙাইদুনা লৈরিবা প্রজা মীয়ামদা বশিষ্ঠনা তমথীনা ৱানিঙাই ওইরবা পাউ অসি তাহল্লে। মহৈ মহৈ তপথদ্রবা পুক্লিংনা দশরথকী মফমদা পেন্দবা ৱাহৈ ফোংদোক্লরকই অমসুং মখোয়না হায় রাম অভিষেক তৌরগা নিংথৌখুবম থাদোকপা হায়বা ৱাফমসি লৌনম্বা শাজৎ অমনি। মখোয়না লাউথোকই—

ঐখোয়না রামবু কোয়শিনগনি মাইকৈ মরিদা
অমসুং মাগী তুংইন্ননা চৎকনি
ঐখোয়না লৈগনি লিলতনা থল্লবা বননুংদা
অমসুং বনসু মতম খরগী মনুংদা
ওইরক্কনি ফজরবা নগর অমা।

অসুম্না নগরগী প্রজাশিংনা মখোয়গী থীরবা মরাইবক্কীদমক কপলিঙৌদা পোক্তবী মিৎতা ফজবী মমানা রামবু বনদা থানবা অমসুং মচানূপা ভরতপুনা রাজমুকুট শোয়দনা ফংননবা নিংথৌবু শুম্মৎপনি হায়না লক্ষ্মণ শাউবনা ফি ফি কামখ্রে।

'ঐ লেপ্লিবসিনি' মানা ঙংলদুনা হায়রকই
মখোয়বু মাঙহনগে হায়না
লাল পাল্লিবা মীশিং
পৃথিবীবু মখোয়গী পোৎলুম কোকহনগে,
মখোয়গী শিরবা হকচাং খোমজিনগে
মরোল মরোল পৈখৎকে
মখোয়গী মপৈনা নোংদোল অতিয়া পক্লিফাও

রাজমুকুট হাপকে মকোকথক্তা
ঐতনা নিংথৌনি য়াবা মীদুদা।
লাক্লিংবা মীদু লাকসনু
ঐগী অপাম্বদু লাম্থোককে খনবা।'

অমেঙবা ৱাহৈগী অঙৗংবা নোংলিক চুহন্না রাম লাক্লে লক্ষ্মণগী নাক্তা। কবিনা শীংথারি—তমথীরবা মৈরীবু মুৎহন্নবা লাকপগুম্মি অমুবা নোংনা।

লক্ষ্মণগী অশাওবা নেমথহল্লগা রাম বনদা চৎনবা থৌরাং তৌরে।

**তেংথাবগী সুর**

অযোধ্যাগী য়ুমথোং খুদিং অৱাবদা লুপখ্রে। য়ুমগী মৌশিংনা ৱাখিবনা মথৌ থাখ্রে।

চাকশংদগী মৈখু কাখিদ্রে
য়ুম খুদিংদা ফাওখিদ্রে
চাক্লবা চন্দনগী নুংশিবা মনম
তেনৱাশিংনা শঙ্গোমগী তেঙ্গোৎ ফংদ্রে
মমাশিংনা নাউশুম হাইখিদ্রে
অঙাংশিংনা কপ্পরি।

মসিনি অচৌবা কুম্মৈ, সাহিত্যনি চাকশং, য়ুম, শঙ্গোম তেঙ্গোৎ, য়াম্ফরিবা নাউসুম্বু কোয়চৎ চৎহল্লিবা অমসুং ঙাঙহল্লিবা।

অযোধ্যাগী লম্বী শোরোক পূম্বা নুংঙাইবনা থল্লম্বনি অদুবু ঙসিদি

পূংগী খোঞ্জেল লেপখ্রে,
ইনিল নাইগনবী বীণা মরোল থোকখিদ্রে,
ঈংথখ্রে হরাউ তয়াম্বা মীয়ামগী খোঞ্জেল,
অমসুং সুপ্পগী কপ লাওবগী খোঞ্জেলতনা
পুমথন থনখ্রে সনা শোরোক।

রাম সীতাগী লৈফম পাংখ্রে। মাগী তুংইন্ননা চৎলি অৱাবদা লুপ্লবা প্রজাশিংগী মপৈ। রামনা অসি হায়দুনা সীতাবু বনদা চৎপদগী থিংনবা হোৎনৈ মদুদি মহাক বনগী মৈশা খাঙবা ঙম্লোই। সীতানা পাউখুম পীরকই—

অচৌবা বনগী মৈশানা হেনগদ্রা
নংগা কাযনবগী মৈশাদগী?

রাম ৱাখলদা ফুমবংনরি, সীতানা ইমুংদা চঙখ্রে অমসুং উকুগী সাড়ী শেৎলগা থোরক্লুনা রামগী চাউ-শাংলবা পাম্বোম পায়দুনা লেপ্লরে।

বাল্মীকি রামায়ণদা সীতা মশানা উকুগী সাড়ী শেওে তৌইগুম্বসুং কৈকেয়ীনা নমদুনা শেৎহল্লি। ফি সিগী অথাবদু উরগা সীতা থম্মোই শোকই শজীনা লাং উরগা নিকপগুম সীতা তনিক তনিকই। অসিগুম্বা তমথীরবা থম্মোই পীবগীদমক বশিষ্ঠ অমসুং দশরথনা কৈকেয়ীবু পেন্দবা ফোঙদোকই। অদুবু মদু কৈকেয়ীনা মনাদা হাপ্তে। মাইকৈ অমরোমদা কম্বননা সীতা মশামক্লা হবাও হরাওনা অথাবা ফি শেৎলি অমসুং মতৌ অসুম্না বনদা চৎপদা রামগী তুংইন্ননবা

সীতাগী অরেপ্পা ৱাখলদু কুম্মৈগী মওংদা লোইশিলহল্লি।

**বনদা চৎপা**

রামনা লক্ষ্মণ অমসুং সীতাগা লোইননা বনদা চৎপা থোরকপসি নুমিদাংৱাই ওইরে। সুমন্ত্রনা মাইল কুন লাপ্পা লৈবা হৈনম লৈনম্না মনম নুংশিরবা কুঞ্জ অমা ফাও দোলাইদা তোংদুনা থিন্দোক্লে। মফম অদুদা রামনা অহিং য়াইরেক্লবা কুমথরে। কুঞ্জ অদুদা রামনা ঋষিশিংগা লোইননা ৱারী শারিঙৈদা মাইল তরানা কোনবা লমদা শিন-থুংনা প্রজা মীয়াম্না পুমকোয় কোয়শিনখ্রে। মখোয়না তুরেল মপালগী লৈঙোইদা, অশংবা নাপী মথক্তা অমসুং অফং অফংবা লৈমাইদা শিনবা থুংনা লৈখ্রে।

মীয়াম্না ভুমথখ্রবদা মখোয় ময়াম খণ্ডহন্দনা রামনা বনদা অমুক হেন্না চঙশিন্নিংবা ৱাখল ফোঙদোক্লে। মসি তৌখ্রিঙৈগী মমাঙদা মানা সুমন্ত্রদা অযোধ্যাদা হন্নবা অমসুং মমা অহুমবু মানা খুরুমজরকই হায়নবা অমসুং ভরতকা লোইননা মতম চুপ্পা লৈমিন্নদুনা মখোয়গী অৱাবা কোক্লবা হায়রম্মি।

ভরতকীদমক রামগী অঙকপা মিনুংশিবু কবিনা অসুন্না শৈথারি—

অসুন্না হায়খি মানা
শাস্ত্রশিংদগী লোৎলগা,
বনদা লৈবা হৌরক্লি।

কম্বননা হায়নিংলিবদি মসিনি সুপ্নগী শাস্ত্রগী জ্ঞান হায়বসি অচুম্ববু থিবদা অপনবা অমনি। অসিগুম্বা মখলগী জ্ঞান অসিনা মীওইবগী ঐ হায়বা ৱাখলসিবু চেৎশিলহল্লি অমসুং অচুম্ববু মঙোন্দগী লাপথোকহল্লি। ঐখোয়না শাস্ত্রদা অদুক্কী মতিক চঙশিল্লিবা মখৈ অচুম্বগী মবীদা ঐখোয়বু কোক ঙাওহল্লি। মরম অসিনা ভগবাননা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক শাস্ত্রবু থাদোক্লগা বনদা চৎতুনা মশাগী মরীদা হেন্না থাজবনা থল্লবা প্রমাণ পীননবা লেপ্পি। অমসুং বনদা চৎপনা ভগবানগী অচুম্বা মতৌদু মীওইবগীদমক মতৌ অসুন্না উৎলি।

খুৎশেন্না থল্লবা শহরদা ঈশ্বরদগী হেন্না মীওইগী কলা হেন্না উবা ফংঙি। শহরদা মশাগী পোথোকশিংগী অথক-অরংবদু উরগা মীওইবনা মশাগী শক্তিশিংদুগী নাপলদা লুপশিল্লকই তৌইগুম্বসুং মীওইবনা শহর থাদোক্লগা উমংদা অমসুং চীং-মান্দা চৎলবা অমদি মচু মচুগী উনা পাল্লবা অৱাংবা উপালশিং অমদি-চীংথক্তগী চেন্থরক্লিবা লোককী ঈশিং ঈচেলশিংবু উবদা মশাগী পীকশিনবা মতৌদু পুক্লিংদা ফাওরকই, মশাগী নাপলনা ফংবশিংদু কাউথোকলকই অমসুং ঈশ্বরগী উঙমদবা লৈবগী মতৌদুনা নমহৎলকই। হায়বদি বনদা চৎলগা মীওইবনা পুক্লিংগী নাপলদগী হন্দোক্লগা ঈশ্বরগী মাইকৈদা মাই লৈশিল্লি, মরমসিনা কম্বননা চপচানা হায়রি মদুদি ভগবাননা শাস্ত্রশিংদগী মশাবু লোৎলি অমসুং বনদা লৈবা পাম্মি।

অসিগুম্লবা চীং-লেম্লবা ৱাখলসি কবিগী পুক্লিংদা মতমদুদা লাকই ভগবানগী অবতার রামনা অযোধ্যা নগরবু থাদোকপদা অমসুং অশুকপা বনদা চৎনবা থৌরাং তৌরকপদা ভরতকা লোইননা লৈনবা অমসুং মাগী অৱাবা কোক্লবা সুমন্ত্রদা হায়খিবা রামগী ৱাসি মীওইবগী স্বভাবকা মরি লৈনবা অখূবা অমসুং কল্লক মিহৌবদগী অসুক য়াম্না লাপথোকখ্রে মদুদি কম্বননা অসিগুম্বা নিংশিংননিঙাই ওইবা ৱাঙাঙসি তৌরি মদুনা রামগী মক্তুবা মতৌগী মরীদা

অপাবশিংনা চপ চাবা প্রমাণ ফংনরি। মানা অসুন্না হায় 'শাস্ত্রশিংদগী লোৎলগা বনদা লৈরক্লে।' পদ্যসিগী নুংদা থুপ্লিবা ভাবকী মশক ওইবা অকুপ্পা মিৎয়েংগী অরুবা মদুনা মাগী অৱাংবা ৱাখল পূন্নমক পোকহল্লি মসি হৈ-শিংলবা কলা নত্তে, তৌইগুম্বসুং মাগী মতিক-মঙালনি।

**মোয়না অমসুং তেনৱা**

হৌজিক্তি বনদা নুংঙাইনা লেনগনি আশা তৌরিবী সীতারোমদা মাই ওনশিন্না সুমন্ত্র লেপ্লি। সীতানা সুমন্ত্রদা হায়—'অহানবদা মহারাজদা অমসুং ঐগী ঈনেম্বোকশিংদা ঐনা খুরুমজরকই তম্বীয়ু।' মতুংদা ঐগী নুংশিজরবী ঈনাওশিংদা ঐগী ফজরবা মোয়না অমসুং তেনৱা নিংথিনা ঙাক শেনবীয়ু হায়বীয়ু।' অৱাবা মশক খঙজদ্রিবী, বনগী পুন্সীগী অৱাবা খুদোং থিবশিংগী মরীদা করিমতা খঙদ্রিবী অদুগুম্বী চমজরবী অমসুং খুৎশেম য়াওদ্রবী সীতাকী অঙাংগুম্না হায়বা ৱাহৈ তারগা সুমন্ত্র পুক্লিং ৱারম্মি। মহাক্না সীতাগী অৱাবা পোকনিঙাই ওইবা খঙদবা মতৌগী মরীদা খনবদা মাগী মমিওগী মপী শিঙ্খরকই। সীতানা সুমন্ত্রদা ফওবা ৱা হায়খ্রবরা হায়না ঙকই। মানা খল্লি—'ঐদি সুপ্নগী ঐগী উচেকশিংদু য়েংশিনবীয়ু হায়বনি মসিদা করিগী কপফম থোকপগে।' সুমন্ত্রনা কপ্পগী মরম খঙদ্রদুনা সীতা মশামক কপ্পকই।

পুক্লিং ৱানা সুমন্ত্রনা রামদগী বিদায় লৌই অমসুং অযোধ্যাদা হল্লকই।

**মক্ত্রবা থাজ**

তুল্লিবা প্রজা মীয়াম্বু থাদোক্লন্নগা, রামনা বনদা চঙশিন্নবা খুদোংচাবা লৌহৌই। হৌজিক য়াম্না শাথিনা মল্লি অমসুং অমম্বসিদা রামগী ঙাকশেনবগী থবক কনানা তৌরি? কবিনা হায়

সীতাগী মপুরোইবা নিঙবা,
মশাগী গুণগী নূপা মচা থোকপা
মনাও নূপা অমসুং লীরুং
মখোয়সিনা ঙাক্লিবা খুৎলাই-কবচ
ওইরি অঙাকপা পৃথিবীদা
অবতার তৌরিবা অচৌবসিগী
মহাক্না অহিংগী অমম্বদা চৎলিবা।

মখোয় অহুম্না মার-মারদুনা মাঙলোমদা চঙশিল্লি, য়েংবদা অমম্বনা অচৌবা অপনবা অমা পীবগুল্লি। মহাক্না ফওবশিংগী মরুপ হিংচাবশিংগা তিন্নখ্রে, অমসুং অসিগুম্বা মরুপ শান্নবসিনা মখোয অহুমগী লম্বীবু থিংবগুল্লি। মতৌ অসুন্না শোনথাংননা কম্বননা তুংদা লাক্কদৌরিবা অফবা অমসুং ফওবা অনিগী থেংনগদৌরিবা লানফমগী ইঙ্গিৎ পীরি।

লাপ্পা ইম্থোক্লুনা
অমুবগী মশক ওইবা অমম্ববু
লাক্লে ঈশ্বরগী ওইবা থাজনা
আকাশনা থাউমৈ চুখৎতুনা
মাগী খুৎনা ৱাংনা থাঙ্গৎপগুম।

অমম্বদা চৎলিবা তীর্থ যাত্রাগী খোঙচৎতা অমসুং ফওবগী মাইয়োক্তা ওইরক্কদৌরিবা ধর্ম্মযুদ্ধ দা কবিনা অপাবশিংদা কুপখ্রবা মওং অমনা য়েৎশিনবগুল্লি। মতম্মদুদা থোক্লক্লিবা থাজবু

ঈশ্বরগী ওইবা হায়দুনা কম্বননা ঐখোয়না লৌরিবা শ্রীরামগী নুংশা-মপী মফম পূম্বদা ঐখোয়না লেঙদ্রবা নিয়ম অমসুং মথং-মনাও অমদি অফবগী ৱাখল তওনা ফংঙি।

অহিংদা থানা থোক্লকপদা কবিনা থাবলদা চৎলিবা মীওই অহুমগী চিলহায় ওইনা শক্তম য়েক্লি। রামনা অঞ্জনধৌলগিরি চীংগুম চৎলি। লক্ষ্মণনা চীংদা সনা থাম্বগুল্লি লৈমাইদা থাবলনা অসুক থোৎ-নৌনা শন্দোক্লি মদুদি অঙৌবা লশিং মফোলনা শন্দোকপগুম মদুদা নেৎতুনা চৎপদা সীতাগী থোৎলবা খুয়াদা করিগুম্বা থিনগায়-খোৎকায়বা থোক্তনবা। অসিগুম্বা পুক্লিং হূরবা ফিবমসিদা মখোয় অহুম্মকপু থাদোক্লম্লগা কম্বননা ঐখোয়বু সুমন্ত্রগা লোয়ননা অযোধ্যাগী অৱা মৈশা লাংলবা দৃশ্যরোমদা পুশিল্লি।

## পিগী কোম

সুমন্ত্রনা অযোধ্যাদা হেক হল্লকপগা দশরথনা হংলকই—'রাজকুমার অরাপ্পদা লৈব্রা নৎএগা অনকপদা?' 'অৱাং অৱাংবা ৱাপালনা থল্লবা বননুংদা রাজকুমার চৎখ্রে।' অসুন্না সুমন্ত্রনা খুম্মি। 'রাজকুমার চৎখ্রে' হায়বা ৱাসি তাবা মিৎকুপতুদা দশরথকী আত্মাসু চৎখ্রে। দশরথকী অৱাবগী পোলোইসিনা কম্বনগী থম্মোইবু ঙমখৈ লৈতনা ৱাহল্লি অমসুং মানা পিগী কোম অমা তৌরে।

দশরথকী হকচাংদা কোল্লিবী রানীশিংগী দৃশ্যদুনা কবিদা দশরথকী মতিক-মগুণবু য়াম্না লুপথনা তঙাইফদনা খলহল্লি। মশাগী থৱাইনা মমল পীরগা মশাগী ৱাশক ঙাকখ্রে অমসুং ফজবা ফিদম অমগীদমক থৱাই থাদোক্তুনা শিনাইদ্রবা পুন্সী ফংখ্রে। দশরথনা তোংলিবা হকচাংগী মশক ওইবা হিদুনা সংসারগী পুন্সী সমুদ্র লান্দুনা পরমানন্দগী (ঈশ্বরগী) মপাল ফাওবা থুংহনখ্রে, অকাউবগী মশক ওইবা ঙাশিংদগী তশেংনা নাম্থোক্তুনা মাগী শাদোংদু ঙমখৈ লৈতবদা কুমথহল্লগা হল্লকখ্রে মদুনা মাগী অনৌবা মতৌ মহৈ য়ানখ্রে। শিরবা হকচাংদা থাজনা তোংলি মসিনা মখোয়বুসু মফমদুদা পুবীগনি হায়বা মতৌগুম।

## বনগী খোঙচৎ

অযোধ্যাগী অৱাবনা পোলোইনববা থৌদোকশিংসিবু করিমত খঙদ্রবা রাম অমসুং সতানা বনদা য়াম্না নুংঙাইনা চৎলি। পোথাবা ফংলবা মীনা মহৌশা খুৎশেমগী কুম্মেদা নুংঙাইবগুল্লি। অসিগুম্বা বন-ভ্রমণগা মরী লৈনবা খোৎচৎসিবু কম্বননা য়াম্না নিংথিরবা পুক্লিং হূনিংঙাই ওইবা শৈরোলদা শৈথারি। রামনা সীতাগা লোইননা চৎপসি যেংবদা নোংথাংগা লোইনবা ফূঈনা হৌবা নোংগুল্লি। গঙ্গাগী অৱাং থংবা মপাল য়ৌরগা-মুনিশিংগা লোয়ননা ৱারী শারিঙৈদা নিষাদরাজ গুহনা রামবু খুরুম্বা লাকই। মহাক হি লিশিং কযাগী মপূনি অমসুং শাথিরবা লীরুং-তেন পায়। মাগী লেংজুমদু থৌদু নূংনা শাগুম্মি, ফৈবোম উনিংথৌনা ইৎতুনা শেমগুম্মি। মহাক গঙ্গাগী অরুবা লেপ তম্বা ঙম্বগুম বাংলম্মি। অঙাংবা শউল মচেৎ অমা মখ্বাংদা য়েৎলম্মি। মদুগী মথক্তা নোংশাগী মমৈ পুল্লম্মি, মহাক পোহালগী পরেং শিরম্মি, য়েংবদা য়াগী পরেংগুম্মি, মখোঙদা নুপুর শি মদুসু নূংদুম মচানা লেংলবা। শিখা থাকই, অমম্বগী চবুলগুম পুল্লবা নোংশাগী মিৎকী পাগুম কূংলবা মাগী মিৎকী পা, ফৌ পাম্বীগী পরেংগুম। মাগী মখ্বাংদগী ঈ তৈববা থাং অমা য়াম্থরি। মহাক মহূপানবা লিলগুম উরম্মি অদুবু ৱাদি অঙাংগুম মতৎ মতৎ ঙাঙই। মাগী মখ্বাংসি ইন্দ্রগী হিরানা শাবা তাগুম কল্লম্মি। নমথাক-লৌনম খঙদবা, পুক্লিং তরু তকবা অমসুং মমা ওইবীদগী হেন্না নুংশি চাউবা গুহনা মাগী খুদোলপোৎ ওইনা ঙা অমসুং খোইহী

রামগী মাঙদা থম্মি।

বাল্মীকিগা খেন্ননা কম্বনগী রাম অমসুং মুনি-ঋষিশিং শা-ঙা চাদবনি। মনামশিং চাবশিংবু অফবা গুণ অমসুং সংস্কৃতিগী খুদমনি হায়না লৌরম্মি। ঙা চাননবা নিষাদ রাজনা হায়বদু ঋষি-মুনিশিংদা য়াম্না নুংঙাইতনা থোক্লম্মি অমসুং থৌশাদবগুম উরম্মি। রামনা মোমোন নোক্লুনা মখোয়দা হায়রম্মি গুহনা পুরকপা পোৎশিং সিদা প্রেম রসনা খিক্লবনি মরমসিদগী মসি অশেংবা ওইরে মরম সিদগী মসি য়াম্না হাউনা চাখ্রবনি হায়না লৌবা য়ারে। গুহনা রামদা হংঙি নখোয়না করিগী অযোধ্যা থাদোক্লিবনো অমসুং লক্ষ্মণনা অৱাবনা থল্লবা ৱারীদু লীরে, মদু তাবদা গুহগী মিৎতা পি শিঙ্খরক্লে। গুহগী অচেৎপা ভক্তিনা রামগী পুক্লিং পেনখ্রে অমসুং মাবু মাগী মনাওনি হায়না লৌরে। রামনা মঙোন্দা হায়—

ঐখোয় ইচিন-ইনাও মরীনি
অদুবু হৌজিক্তি ঐখোয় মঙা শুরেদো
মচিন-মনাওগী ৱাখলবু ঙমখৈ লৈৱ্রা?
প্রেমনা মশীংবু অসুম হেলহল্লি।

কবিগী কয়াদা থুমখ্রবা ভাবনো, মচিন-মনাওগী মতৌ হায়বসিদি পোকমিন্নবদা ঙাক নত্তে তৌইগুম্বসুং নুংশিনবদনি। নুংশিনবগী পাকথোক-চাউথোকপগা লোইন লোইননা মচিন-মনাও ওইবগী পাকথোক-চাউথোকপসু হেনগৎলকই, অনীসিগী লোইনাইদবা মরম্নি।

গুহদগী বিদায় লৌরগা মখোয় অহুম চিত্রকূট য়ৌরে। মখোয়না নুমিৎ চূপ্পা তুরেল মপান্দা মোংশোংগী মরুমদা লেল্লে। মতমদুদা নুমিদাংৱাই ওইরে।

**নুংশিনবগী অশেংবা থৌরম**

মখোয় অহুম চীংয়াগী পাৎ অমদা ৱাখলদা লুপতুনা লৈরম্মি। মতমদুদা নুমিৎ তাথোকখ্রে অমসুং লক্ষ্মণনা রাম-সীতাবু উনাগী খাংপোকশং অমদা পুরে, মদু মানা চীংচেপ অমদা মখোয়-অনিগীদমক শাবনি। নিংথৌ কোন্দা পোকপা লক্ষ্মণনা মখুৎ মক্তা শাবনি য়ুমসি। মহাক্না চীংখোঙদগী বা পুরক্লে, মদু মান্ননা কক্লে, অমুক পরেং ওইনা য়ুংলে, মথক্তা য়ুমথক্কী শরুক হাপ্লে, মদু য়ুংলিবা উখোঙশিংদা পুনশিল্লে, মথক্তা মপাল শাৎপা লীশিং অমুক থল্লে। মাইকৈ মরীদা ফক্লাং খারে, ফক্লাংসু লৈবাক্লা ৱাই নিংথিনা তৈথোক্লে। মানা উনাগী খাঙপোকশং সিদা সীতাগীদমক কা অমা পোৎলমশিংসিনা শারে, মদুগী ফক্লাংদু লৈঙাংনা অমুক ফজহল্লে, মদুদা ৱাগী ঈশিং খোংদা ফংবা অরংবা নুংনো থাল্লে।

লক্ষ্মণনা প্রেমগা লোইননা শাবা য়ুম মচাসি উরগা রামগী নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈত্রে। সীতা অমসুং লক্ষ্মণনা মাগী মথক্তা চুথহল্লিবা প্রেমগী নোংলিক অসিনা মহাক পূমপেন পেনখ্রে অমসুং খল্লি মদুদি প্রেমগী নুংদগী ফুদোরকপা নুংশি খুদোলসিদি ফংলি মাগী অতৈ লৈজবা পূম্বা মাঙখ্রবদসু।

জনক নিংথৌ মমোমগী নিংথৌকোলগী ওইবা
খোঙ্না চৎলি বনসিদা,
ইনাউ নূপাগী চাংদম্নিনিঙাই লৈত্রবা খুৎনা
শাবনি উনাগী খাংপোকশংসি,

পৃথিবীদা মহাক্না করিবু ফংলোইদবগে
মহাক মশানা পূন্নমক থাদোক্লবদা।
কদৌঙে তমলুবা নংনা ইবুঙো
অসিগুম্বা ফজরবা খুৎশাসে?

অসুম হায়না হায়না মাগী নিংথিরবা মিৎস্না থম্বালদা পিগী ঈথক হৌরক্লে। রামনা খল্লি ধর্ম্ম রক্ষাগীদমক মানা মিংচৎ ফংবসি অওইবমক্তি মানা ফংফম থোকপা নত্তে তৌইগুম্বসুং লক্ষ্মণগী ত্যাগকী মহৈনি।

অসিগুম্নবা প্রেমগী মরক সিদগী কম্বননা ঐখোয়বু পুদুনা চৎলি মাগী মামগী য়ুমদা লৈরিবা ভরতকী নাক্তা।

**তমথিরবা অৱাবা**

রাজা দশরথদগী বর অনি ফংলবদা কৈকেয়ীনা অহিং চুপ্পা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরে অমসুং অয়ুক হৌগৎলে অমদি থুনমক ভরত কৌরুনবা কৈকয় দেশতা দূত থারে। পাউ হেক ফংবগা রাম বনদা চৎখ্রে অমসুং দশরথ নোঙ্গাখ্রে হায়বসি খঙদনা ভরত য়াম্না থুনা অযোধ্যাদা য়ৌরক্লে।

মহাক্না অযোধ্যা নগরসি ইহাং হাংনা উরে। করিগুম্বা ফওবা অমা থোক্লবরা হায়না নিংজিং-মাঙজিংননা মপা নিংথৌদি কদায়দসু উবা ফংদ্রে। মহাক কৈকেয়ীগী নাক্তা চৎখ্রে অমসুং মমাদা হংঙি—পাবুঙ মহারাজদি কদায়? কৈকেয়ীনা মহাকপু কোল্লে অমসুং হায়রকই—'ৱাকগনু নংগী নপাবুঙ মহারাজ নোঙ্গাখ্রে।' মাগী মীনুংশি য়াওদবা পাউখুম তাবদা ভরত খংপ্রেক খংই, দশরথ লৈতবগী পাউনা মহাকপু পঙথহল্লে অমসুং মহাক জ্ঞান মাঙখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মহাক জ্ঞান লাক্লে অমসুং হৌনা হৌনা কপ্লক্লে। রামগী নাক্ত চৎলগা খরদং অৱা পোত্থাগনি খল্লক্লে। মানা হায়—'মপাল নাইদ্রবা গুণশিংনা তিল্লবা রামতনা ঐগী ঈপা, ঈমা, ঈয়াম্বা অমসুং মপুনি। ঐনা মাগী শেংলবা মখোঙদা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমদ্রিবমখৈ ঐগী তমথিরবা অৱাবসিদগী কোকপা ঙম্লোই।' রামগী মফমদা ভরতকী থাজবা অমসুং ভক্তি লৈবসি উরগা কৈকেয়ী শাউরে অমসুং ঙংলদুনা হায়রকই—

লোইননা মখোয় অনিগা
নৃপী অমসুং মনাও
হৌজিক্তি মহাক বনদা লৈখ্রে।

তরায় তরায়না কৈকেয়ীনা ৱাসি হায়রকপদা শাউগৎলদুনা ভরতনা হংলকই 'হৌজিক লৌতুনবা ৱাফম কয়া ফোংদোক্লকখিগদৌরি? অমসুং ঐগী নাকোংদা অৱাবসি কয়রা য়াম্না চঙখিগদৌরি? মহারাজনা করম তৌনা শিখিবা? রামনা করম্না বনদা চৎখিবা? কৈকেয়ীনা ইচঙ থৌনা খুম্লকই 'বরদান অমনা ঐনা রামবু বনদা থাহনবনি অমসুং অনিশুব বরনা নংগীদমক লৈবাক ফংবনি। পূন্নমকসি খাঙঙমদদুনা নপাবুঙ থৱাই থাখিবনি।

ৱাহৈশিংসি তাদ্রিঙৈগী মমাং ফাওবা ভরত খুৎ লোন্নন খুরুম্বগী মওংদা লৈরম্বনি, অদুবু ৱাহৈশিংসি তারবা তুংদা—

মাগী লোন্নরম্বা খুৎ
থাদোক্লক্লে নাকোং মেল

পীশুম অনি থক-খা চিং
অমসুং জগোঈ শারক্লে অকিবা ফং,
নুংশা শোর মপীদা য়াওরক্লে মৈরিক
নুংশা শোর মপী ফূইহোন্নরক্লে
মিৎতা ঈ কারক্লে।

শৈরেং মতেকসিদা কম্বননা অশাউবগী মীওই শক্তম য়েক্লি। শাউরক্লবা মীওইবগী হকচাংগী থৌওংশিং অসুক নিংথিনা অমসুং মানশিন্না শৈথাবসি অতৈদা য়াম্না ৱাৎনা থোক্কনি। অপাম মিহৌবনা রামগী লুহুপ মুনবা হায়বসি ভরতকী মিৎয়েংদা পাপকী মশক্লি, মফম অসিদা ফৎএবী কৈকেয়ীবু হাৎতনা থাদোকপা হায়বসিসু পাপকী মশক্লি। মহাক ময়া কাথোক্কদৌবদা মশানা মশাবু ফাজিঞ্জে, মবমদি থবক সিদগী রামনা শাউখিগদ্রা হায়না।

নিংবা কায়রবা ভরতনা খল্লি মদুদি অসিগুম্বা তোল্লবা লৌতুনবনা থল্লবা সংসারসিদা মমল পূম্বা মাঙখ্রে, অদুবু মমৈথংদা রাম অমসুং দশরথগী ত্যাগপু নিংশিংলুরগা অফবা গুণদা মাগী থাজবা ৱাখল অমুক য়াকাইরকই। মানা হায়—

অসিগুম্বা নিংথৌ অমা মশাগী পুন্সী কৎথোকপা ঙম্বা
মাগী হায়দোকখিবা ৱাহৈ ঙাক্লনব,
অসিগুম্বা অথৌবা অমা ৱনদা লৈবা ঙম্বা
সুপ্নগী থম্মোই য়াওদ্রবা ৱাহৈ অমনা তঙাইফদনা,
করিগুম্বা ভরত অমনা লৈবাক ঙাকপা তারবা
ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা ফংলবা
অদু ওইরবদি মরালসি নোংদম্বগীনি অফবা গুণগী নভে
মদু হৌজিক হৌজিকমক চাক্লি ঙাল্লি।

পুন্সী পূম্বসি অফবা গুণশিংগী অৱাংবা নিয়মশিংনা য়োকপনি হায়বসি ভরতকী থাজবনি, কম্বননা চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা শাফু অমসুং ফজরবা ৱাহৈনা ফোংদোক্লি। ৱাহৈ অমসুং খোম্লোক্কী ফজবা খনবদা কবিগী হৈ-শিংবনা মাগী শৈরেংগী অর্থ অমসুং খোম্লোক্তো সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবগুম্মি। মরম অসিনা কম্বনগী কবিতাগী অনুবাদ তৌবা হায়বসি য়াম্নমক লুনা থোকই। মথক্কী শৈরেংসিদা ভবতনা মশাগী মফমদা হঙ্গোইনা মশামকপু প্রথম পুরুষতা (থার্দ পার্সনদা) থম্লগা মশাবু নিন্দা তৌজরি। কম্বননা মতৌ অসুম্না নাটককী মওংদা ৱাফমশিংসি পুথরক্তুনা মানা শেমগৎলিবা চরিত্রশিংসি মথৱাই হাপ্পি, মাগী ৱাহৈ-ৱাতাগী হৈ-শিংবনা অপাবশিংবু তশেংনমক ৱাফমশিং অসিগা লোইননা অমতা ওইবা ভাব পোকহনবা ঙম্মি।

ভরতনা অমুক হন্না কৈকেয়ীগা লোইননা লৈমিন্ননিংদ্রে মরমদি মানা হায়রি মদুদি মহাক্তি তমথিনা মপুক ফৎএবী পাপ চেনবীনি। মহাক্না কৌশল্যাগী মনাক্তা চৎলগা হায়—'সূর্য্য বংশসি ভরত কৌবা মাইহিংনা মহিহিং কাবা হায়বদু ওইরে ;মরমদি মানা মরম ওইরগা কৈকেয়ীনা রামবু তাম্লোক্লে। খম থেংনা অৱাবগী অসিগুম্বা ৱাহৈশিংসিনা কৌশল্যাগী পুক্লিংদা ভরতপু অমত ওইনা নুংশিনা খল্লি। কপ্পা কপ্পা মশাবু ফাথজৈ অমসুং ভরতপু থম্মোইদা চেজেৎ কোনবী রাজমুকুট থাদোক্তুনা চৎখ্রবা রামনা অমুক হল্লকপগুম অমসুং মমাংদা লেপ্লবগুম্লি। মতম অসিদা বশিষ্ঠনা ভরতকী নাক্তা লাক্লগা হায়রৈ 'মতিক মগুন-লৈবা নিংথৌ য়াওদ্রবা লৈবাক্তু

লংলবা নুমিৎ থোক্ত্রবা নুংথিলগী মতম অমসুং ঙাল্লবা থা অমসুং থৱান্মিচাক থোক্ত্রবা অহিংগুম্বনি। নংগী নপাবুং মহারাজ স্বর্গ পাংখ্রে, নয়াম্বুংসু রাজমুকুট থাদোকখ্রে। হৌজিক্তি নমা ইবেম্মানা নিজবা বরনা লৈবাক নংগী ওইনা ফংলে। ইবুংঙো লৈবাকসিগী শাসন নংনা তৌরো।' ৱাহৈশিংসি তাবদা ভরত থক থক নিক্লক্লে। চাক্লবা অশাউবগা লোইননা মানা হংলকই—অফবা গুণ চেল্লবা মীশিংনা অসিগুম্বা পাউতাকপু পীবা হৌনব্রা?

মানা মখা তানা অমুক হায়রকই রামবু অমুক পুরক্কদবনি অমসুং কুইনা চৎনরক্লবা চৎনবীগী মতুং ইন্না মঙোন্দা নিংথৌগী লুহুপ উপকদৌবনি। ৱাফম মখা তানা অমুক হায়থবীরক্লবদি ঐ ইশানা ইশাবু হাৎতোকচগনি।' বশিষ্ঠ অমসুং অতৈ মীয়াম পুম্বা ভরতকী অৱাংবা অমসুং অচুম্বা ভাব অমদি-রামগী মফমদা তৌথিবা অরানববু চুমথোক্লবা তফিং তফিংনা হায়দোক্লকপা ৱাহৈশিংসি তারগা পুক্লিং পেনখ্রে। ভরতনা মনাও শত্রুঘ্নবু কৌরগা পুংজাও থীন্দুনা লৈবাক মীয়ামদা মসি লাউথোক্লবা হায়রে মদুদি মীয়ান্না নিয়ম চুন্না ওইফম থোকপা নিংথৌবু শোয়দনা ফংবীগনি। অসুন্না লাউথোকপসি তারগা শিরুববা অযোধ্যা নগর অমুক হিংগৎপগুম্লে। কম্বনগী ৱাখলদি—

প্রেম য়াওদ্রবদা অৱাবা পোকপনি অমসুং প্রেম য়াওরবদা অৱাবসি লাপথোকখি।

কম্বনগী ভরততি বনদা খোঙ্না চৎলি দোলাই, শগোল-শামুনা তুংদা ইল্লি। অদুবু বাল্মীকিগী ভরততি রামবু য়াম্না থুনা উনিংবা অমসুং থুনা পুরক্লিংবনা দোলাই তোংদুনা বনদা চৎলি।

মাগী লান্মীগা লোইননা ভরতনা গঙ্গা মপান্দা থুংলরবদা অতোপ্পা মপাল ৱাংমদা লৈরিবা গুহনা লাক্লিবা ময়ামসি রামগী মাইয়োক্তা লাল তৌবা লাক্লিবনি হায়না লান্না খল্লি।

কম্বনগী গুহদি মশাগী ওইজবা মরম থিদনা নুংশিবা অমসুং ভক্তিগী তশেংবা মশক্লি। মহাকসি ঐখোয়গী পুক্লিংদা দোষ লৈএবা পুক্লিংদা মথন্নতা লাকচবা থবক্তু শৎ হেক্তা পায়খৎপা অঙাং অমগুন্না খল্লি। রামবু য়াম্না নুংশিজবা অমসুং ভক্তি লৈজবনা ৱাখলনা নমহৎতুনা তৌনিংঙকপা থবক্তা থিংঙমদবগুম তৌই।

মাগী খ্বাংলাক্তা থাঙ য়াম্থরি
মখা চিক্লি মমিৎতা অশাউবগী মৈ হৌরি
অযাকপা ৱাঙাঙ ঙাঙলদুনা
লালগী পেরে শিঙ্গা খোংলদুনা
মহাক লেপলি চীং-লেম্না
মরেংজুম ফন্না—
নক্না মরী মতাগুম মতেং পীগে মওংদা

গুহনা মাগী লান্মীশিং খোমজিল্লি অমসুং হায়—

চাউরবা ঈথক্কী তুরেলসি
লান্নবা হিংনবা থৌনা লৈগদ্রা মখোয়গী
ঐখোয়গুম্বা লীকং পায়বনা চেনবীগদ্রা
চাউরবা শামু-লান্মী উরগা।
রামনা ঐবু মরুপ কৌথিবা
মদুবু সুপ্নগী ৱাগী ৱা হায়বদুরনে?

ভরতকী থৌশাদবা মতৌনা গুহবু য়াম্না খোঙ্গশাউনহল্লম্মি। মানা মাগী লান্মীশিংদা পীবা থৌনা পোকপা ৱাঙাঙ্গা অসুম্না হায়—

ঐগী ইবুঙো মঙোন্দা লৈবাক পীবীরম্বা,
মহাক্না বন ফাও পীনিংদ্রবা ঐখোয়নসু পাঞ্জরিবা।

গুহনা গঙ্গাগী খা থংবা তোর্বান্দা লেপ্লি মতমদুদা গঙ্গাগী অৱাং থংবা তোর্বান্দা সুমন্ত্রনা ভরতকী মনাক্তা চংখ্রে অমসুং মঙোন্দা গুহগী রামগী মফমদা লৈবা ভক্তিবু শুগায়না তাক্লে। গুহগা উন্ননিংবনা ভরতনা তফিংনা শত্রুঘ্নগা লোইননা ঈশিং মপাল য়ৌখ্রে। নিষাদগী লুচিংবনা ভরতপু নক্না উরে।

উকুশেৎলবা, উফুল তৈরবা মহকচাং,
মোমোন নোক্ত্রবা মাইথোং মঙাল য়াওদ্রবা থাজগুম,
মাগী অৱাবসিনা নুং ফাও মহি চেনগদবা মানবা
অসিগুম্বা অৱা-শক্তম্নি গুহনা উরিবা,
অমসুং মাবু উরগা ঙক্না লেপখ্রে গুহ ৱা ঙাঙদনা
মখুৎতা পায়বা লীরুংনা নাম্থদুনা লৈমাইদা তা।

ৱাখলসিনা অমুক জ্ঞান লাক্কুনা ভরতকী পুক্লিং লাল পাম্বা নওে হায়বসি খঙলে। মানা শৎ হায়দোক্লকই—

থাজনিংঙাই ওইবা রাজকুমারসি ঐগী ইবুঙোগুম উই
অদুগা মনাক্তা লেপ্লিবসিসু-ঐগী ইবুঙোগী মনাউ নুপাগুম্মি
মহাক উকু শেৎলি অৱাবগী ঙমখৈ লৈতে,
মানা রামগী মাইকৈ ওন্না খুরুম্মি।
ঐগী ইবুঙোগী মনাও কনানা
ফও শাজৎকী মরাল লৈবা ওইফম থোকপ্রা?

গুহ মথন্নত হিনা তুবেল লান্দুনা চৎলি। মহাক্না ভরতপু খুরুম্মি। ভরতনসু গুহবু খুরুম্মি, অদুগা মানা হায়—

দশরথনা তৌখিবা অরানবদু চুমথোক্লবা অমসুং রামবু অমুক পুরগা নিংথৌ ওইহন্নবা লাক্লিবনি। ভরতকী ৱাহৈশিংসি তারগা গুহনা ভরতকী মখোঙদা চেজেৎ কোল্লি অমসুং হায়রকই—

হে মিং চৎ লৈবা!
তশেংনমক নহাক নপুকচেল অসুক চাউই
মদুদি ৱাখল খনবশিংগী মিৎতা
রাম লিশিং অমনসু নহাক্না মান্নবা ঙম্লোই।

ভরতনা হায়রকই—'চানবীদুনা ঐগী ইয়াম্বনা লৈরিবা মফমদু তাকপীয়ু।' নুং পাক থক্তা কুশ থারগা রামনা তুমিখিবা মফমদুদা গুহনা ভরতপু পুরে। ভরত খুদক্তা তনিক তনিক্লে অমসুং লৈমাইদা জ্ঞান মাঙনা তাখ্রে। ভরতনা হংঙি মফমসি মহাপুরুষতুগী তুমফম ওইরবদি মখোয়না মখোয়গী মতম কদায়দা লেনবগে, অমনা রামগী ঙমখৈ লৈএবা প্রেমগী মশক্লি অতোপ্পা অমনা মাগী তুংইনবনি? গুহনা খুম্লকই—

শংবানবা কুচু ওইবা রাজকুমার অমসুং সীতানা

তুম্মি লোইননা মফমসিদা।
লক্ষ্মণনা ঙাক-শেল্লি মখুত্তা লীরুং পায়,
নুংশো মপী ফুঙ্ঈহোন্ননা
মমিৎতা পিরাং ঈরা চেল ;
মিৎ কুপ্তনা ঙাক-শেল্লি
ইনুং তৈনা ঙান্দ্রি ফাও।

কিং লিয়ারগী অৱাবগী পাউ তাবদা কোর্ডিলিয়াগী থম্মোই শোকপা ফিবমগী বর্ণন কনাগুম্বা মী অমনা কেন্ট তা তম্মি মতৌ অদুম হায়না গুহগী পাউদমসিসু য়াম্নমক থম্মোই শোক্লিঙাইনি।

ভরতনা হায়জবা মতুং ইন্না গুহনা ভরতকী লান্মী লিশিং হুম্ফু অমদি অৱা মৈশা লাংলবা অযোধ্যাগী প্রজাশিং তুরেল লাম্থোকপীরে। মতুংদা শত্রুঘ্ন রাজমাতা অহুম অমসুং মন্ত্রী সুমন্ত্র পুদুনা ভরত হি অমদা কাখৎলে। হি হোল্লে। হিদু নৌগী মশক ওইরবা ফজরবা মখোঙ অনিনা হোৎলদুনা তপ্না তপ্না চৎপা হৌরক্লে।

**রাজমাতাশিংগী পরিচয়**

মখোয়না হি লাল্লিঙৈদা গুহনা রানী কৌশল্যারোমদা ইঙ্গিৎ তৌরগা ভরততা মহাকসি কনানো হংঙি। ভরতনা খুম্মি 'মহাকসিনি পুকচেল চাউবদুবু পোকপী, ঐ পোকপনা মরম ওইদুনা লৈবাক্কী মপু ওইবগী অধিকার মাঙখ্রবা।' গুহনা কৌশল্যাগী খোঙ কোন্দুনা কপ্লি, মসিদা রানীনা মহাকসি কনানো? হায়না হংঙি। পাউখুমদা ভরতনা হায় মহাকসি গুহনি, রামগী অথোইবা মরুপ অমদি লক্ষ্মণ, শত্রুঘ্ন অমসুং ঐগী ঈয়াম্বা। গুহনা কপ্লসিদা ভরত অমসুং শত্রুঘ্নগী মমিৎতা ঈরা চেল্লে। কৌশল্যানা শৈরেং অমা হায়দুনা মখোয়বু থেমজিল্লম্মি। শৈরেং অসিদা নুংশিরবা আশীর্বাদকী ভাবনা থল্লি। ঐখোয়না শৈরেংদু পাবদা লাইগী দূত লিশিংনা মশা হুম্লকপদা মীওইবগী শোক্লবা থম্মোইবু ঈংথহনবগুম নুংশিৎকী ইপোম্না।

ফজবা ছন্দগী নিংথিবা শৈরোল শেম্বদা কম্বনগী অঙকপা মগুণ লৈ। অওইবমক কনাগুম্বা ইংরেজী কবি অমদগী হেন্না ঈশৈগী মওংদা ফজনা ইরি। হায়রিবা শৈরেং সিদা পাদ মরী লৈ, পাদ খুদিংদা ময়েক ১৯, ২০ লৈ। অসুক য়াম্বা ময়েকশিংবু অমসুং শব্দশিংবু চেকশিন্না নিংথিবা শৈরোলদা শিজিন্নবগী মাগী তোপতোপ্পা শক্তি অমা লৈ। অসুম্না শৈরেংগী মশক্তা শেমজিন-শাজিনবা মদুগা মরী লৈনবা ভাবকা লোইননা চূনবা সুর তাল হাপ্পা হায়বসিমক কবি মশামক কাব্যদা মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈবগী অরেপ্পা প্রমাণনি।

ৱিঠোবেননা অমুকখক হায়খি গেটেদি অচৌবা ঈশৈ ইবনি। মতৌ অসুম্না পোৎ খুদিংমক মী খুদিংমক কম্বনগী দমক্তদি থোইদোকপা সুরদা লৈ অমসুং কম্বননা ভাব ফবা অমদি কুপ্না উবা ঙম্বা অপাবশিংদা শাফূ পীবা ঙম্বা শৈবোলগী মশক ওইবা ৱাহৈশিং অমসুং তাল, লয় য়াওবা খুৎইশিংগী মতেং লৌদুনা খুদিংমক্কী চানবা সুরদা মাগী ৱা হায়—কম্বনগী শব্দগী জাদু অমসুং সুরগী তৌবা ঙম্বসি অনুবাদতা পুরকপা ঙম্মোই, অদুমকপু শৈথারিবা পরিং কাযদনবা কৌশল্যাগী শৈরেংগী অনুবাদ মখাদা পীরি

ৱাগনু ইচাশা ৱাগনু অমুক
মসিদি ফরবনি অচুম্বা লান্মীনা

লৈবাক থাদোক্লুনা বনদা লাক্লিবা,
মরুপ শাল্লৌ থৌরবা লান্মীসিগা
লেপ্লিবসে কল্প-চাউর শামুগুম
চীংগুম কল্লবা মাগী নাতোল,
অমুক মরুপ শান্নৌ মহাক্কা,
নখোয় মগ্গনা অমত ওই,
ৱায়েল থৌদাও পৃথিবীসিদা
চহী কুমজা কয়া কয়া চুপ্পা।

অৱা মৈশা লাংলবী কৌশল্যানা মমা ওইবীগী থম্মোইনা তোল্লবা নিষাদবুসু নিংথৌ কোন্দা পোকপা মচাশিংগা অমত ওইনা কোনশিল্লি। শৈরেংসিদা মহা কাব্যগী ওইবা মশাগী অৱাংবা ৱাখল য়াওরি, মদুনা অপাবা মীশিংগী মীওইবগী অখুবা ৱাখলদগী অৱাংবদা পুখৎলি।

অফবা গুণগী শক্তম পুরবী সুমিত্রারোমদা ওনশিল্লগা গুহনা হংলকই প্রেমগী শক্লোল পুরবী নৃপীসিনা কনানো হায়বদু তাকপীয়ু। ভরতনা খুল্লকই-মক্তুবা অচুম্ববু মতম চুপ্পা থল্লনবা মশাগী পুন্সী কৎথ্রবা মী মহাক্কুগী ৱানী অতোম্বীনি। পুকচেল চাউবীসিনি ৱামগা তৎনা থানদ্রবা ইনাওদু পোক্লিবী, মহাক্লা ৱামগী মনাও অমা লৈ হায়বা তাক্লিবা।

অসুম্না শক তাক্লবা তুংদা গুহনা কৈকেয়ীগী মাইকৈদা পুক্লিং চঙলক্কনি খনবদা চমম্নে। ৱসিক ওইরবা টী, কে, চিদম্বরনাথনা মতাংসিদা অসুম্না হায়—কবিগী চমম্লবা ৱাখলগী ভাব অসি মতুংগী শৈরেংদা য়াম্না ফজনা য়েক্লি—

মপুরোইবনা মোংফমদা চৎথ্রবা
মাগী মচানা অৱা ঈপাক্তা লুপখ্রিবা,
গুণ পূম্বগী তুংফম ওইবা ৱামনা
তমথিরবা বনদা চৎথ্রবা,
নৃপীদুনা চাং ওনখি
মপুক্লিংগী মিহৌ চাউবা তমথিবা,
মরোল পূন্নমকপু থাইন মমাংঙৈ
অথুপ্পনা থল্লবা বিষুন্না
মশাগী অৱাংবনা নাপ ওনখিবা—
নৃপীদুগী মাইকৈদা য়েং গুহনা
হংখি হায়বীয়ু মহাকসিনা কনানো?

হৌজিক্তি কম্বননা ভরতকী মচিন্দগী মাগী পুক্লিংদা ফাজিন্দুনা থনম্বা ৱা পুম্বা হায়দোকহল্লি। মানা পাউখুম পী—

মহাকসিনি ফওবা পূম্বা খনঙম্বী,
লম্মল শিংবগী ৱাখলবু য়োকচবী,
মহাক্লা ঐবু নুংশি হৈতনা লৈমাইদা লংথখিবী
মাগী শাপ ফংলবা শিয়োমনুংদা কুইনা লৈৱক্লবসু,
মসিনি মহাক্কো অৱা মমি তাদবা মাই থোংদা

মানা লৈবা মফমদা পূন্নমক অশিবগা পাংখক্লবা
মহাক কনানো খঙদ্রিবরা?
মাঙদা লেপ্লিবী মহাকসে
মসিনি ঐবু পোক্লিবী।

অখাবা ৱাহৈশিং অসিনা পূন্নমকপু অঙকপা ফিবম অমদা তাহল্লি। মসিদগী অপাবশিংবু নাম্থোকহন্নবা কবিনা য়াম্না থুনা হিগী দৃশ্যসিদা পর্দা থাদহল্লি। মানা থুনমক অশাংবা ৱাখলনা থল্লবা ছন্দ ওন্থোক্লগা অপিকপা সুপচিনবা ছন্দ রোমদা লাকই—

নুংশিহৈত্রবী নুপীসিবুসু
গুহনা মমানি খল
মাগী শেংলবা খুৎনা খুরুমজৈ।
মশা য়াওদবা কাংঙগুম্বা হিনা
থুনা থুংখ্রে মপান্দা।

হৈ-শিংদবা কবি অমগী খুৎতা তারুরবদি মতাংসি মওং চাদবা থোকপা য়াবনি অদুবু কবিনা মদুদগী কন্নবা নিংথিবা নাটককী ওইবা মওংদা হৈ-শিংনা শিজিন্নরি। নৌ থুপচিনখ্রবা হিদুনা মশা য়াওদবা কাংঙগা চাংদম্নবসি থোইদোক্লা অঙকপা ফজরবা উপমা অমদা অপাবশিংবু অৱাবা ফিবমদগী পুরক্লগা ফজরবা গঙ্গা মপান্দা কুমথবগী নুংঙাইবরোমদা পুশিল্লি।

**পৃথিবীদা স্বর্গ**

হিদগী কুমথরগা ভরত অমসুং মাগী লোইনবশিংনা ভরদ্বাজ ঋষিগী আশ্রমদা চৎলি। মদুদা তরাম্না ওকই অমসুং আশীর্বাদ পী, পীজ পীথক তৌই। মাগী তপস্যাগী পাঙ্গলনা ঋষিনা পুক্লিংতনা পাউ থাই মদুনা স্বর্গ কুমথরক্কুনা পৃথিবীদা শন্দোকই।

পৃথিবীদা কুমথরক্লবা স্বর্গসিদা ভরত অমসুং মাগী মপাংশিংবু থনম্লগা কবিনা ঐখোয়বু রাম, সীতা অমসুং লক্ষ্মণনা লৈরিবা চিত্রকূটতা পুদুনা চৎলি। নোংমা লক্ষ্মণনা মাগী খাংপোকশংগী সুমাংদা ফম্লম্মি মতমদুদা মানা য়াম্না মশেল-মরাংনা চরাংনবা অমা উরে। মনাক মক্তদা অৱাংবা নুং অমা লৈ, মদু-লৈমাইদগী হৌগৎলক্লিবা মৈরাগুম্লম্মি। নুংদুদা কাখৎলগা মতোন্দা লেপতুনা অৱাং থংবা মাইকৈরোমদা য়েংবদা উরে। মানা লীরুং-তেনগী সমুদ্র উরে। ভরতকী লান্মীশিংনি লাকইবসি হায়বদা করিমত চিংননিঙাই লৈত্রে। গুহগুম্না তফিং তফিংবা মবুংঙোবু নীংবা অমসুং থুনা শাউগনবা ওইবনা লক্ষ্মণনা ভরতকী পান্দমদু ওন্ননা খঙলে অমসুং য়েক্লববু থিংননবা থবক লৌখৎনবা মতম খজিক্ত ফাও মাঙহন্দ্রে। লৈমাইদা চোংথরক্লে অমসুং নুংপাক্তা মখোঙ থীন্দুনা নুংপাক্কী উফুলনা লৈচিল থাহল্লে। মহাক রামগী মনাক তান্না চেনখ্রে অমসুং ঙংলদুনা হায়রকই—'নোম্লুকপা লৈত্রবা ভরতনা লান্মী ময়াম পুদুনা নংগী মাইকৈ পাংলক্লে।' মশাগী লালগী ফুরিৎ লিৎশিন লিৎশিন্না অমসুং কিশি কিশিন্না মাগী লিরুং থাঙ্গৎলে। ভক্তিগা লোয়ননা রামগী খোঙ শোক্লা হায়রকই মানা থুনমক ভরতকী লান্মীবু চাইখায়গনি। মাগী ৱাখলদা লক্ষ্মণনা খুৎলাইগী অকনবা লানফম অমা উরি মদুগী ঈ তৈরবা দৃশ্যদু লালগী ওইবা চপ চারবা শক্তমদু বর্ণন তৌরি—

নহাক্লা উবীগনি ঈগী তুরেল

চেল্লিবা অমসুং সমুদ্রদা তিনখিবা
ফওবা পুম্ববু চামথোক্লুনা,
লুপফেৎ লুপফেৎ তাউরদুনা শামুশিংনা
চেম্বহন্দুনা ঈচেলদা দোলাইশিংবু।

অপীকপা ৱাফম অমবুসু কমদৌনা চাউনা কুম্মেগী মওংদা হায়বা য়াবগে হায়বসি কম্বননা খঙজি, ঈগী তুরেল হায়বসি অরেম্বা ওইহন্দে। মানা লক্ষ্মণদা অসুম্না অমুকসু হায়হল্লি—

অমুকসু নহাক্লা উবীগনি,
অঙাঙবা হিংচাবা মমিৎ পৈবা মীনেম,
অমসুং মকোক য়াওদ্রবা হকচাং
ঈথক হৌরিবা ঈগী তুরেলদা তাউরিবা
অমসুং লাউ খোংলদুনা,
'লৈবাকসি নংগী ওইরে।'

'নিংথৌগী য়াথংনা ভরত পৃথিবীদা শাসন তৌরি।' লক্ষ্মণনা হায় 'অমসুং ঐগী য়াথংনা মহাক নরকতা লৈবাক ঙাক লুরগনি।' অকিবা ফংলবা ধমকা তৌবা ৱাফমশিংসি তারগা রাম চিন্তা তৌরে। মানা হায়—

শাস্ত্র, কয়ামরুমসু ওইসনু,
সুপ্নগী অফবা গুণগী মরীদা হায়বা য়াই।
তৌইগুম্বসুং ভরততি অফবা গুণ চেল্লি,
মানা তৌরিবা পুম্বদু অফবা গুণ ঙাক্লি,
মানা তৌদ্রবা মদু অফবা নৎএবনি,
নংনা ৱাফমসিদি খন্দ্রে
ঐবু হেন্না নুংশিখিবনা।
নংনা ফৎতনা খল্লিবরা
ৱাংলবা অফবা গুণগী লাইদুগী মরীদা?
মখোয় লাক্লি ইনাউ ইবুঙো
ঐঙোন্দা ইকায় খুম্নবা উৎপা,
অমসুং মদু নংনা থুনমক খঙলগনি।

বামনা অসুম্না হায়বিঙৈদা শত্রুঘ্নগা লোইননা রামবু নকশিন্না উনিংবনা লাংতক্লনা চেনশিল্লক্রে। মখোয়গী খুৎ অনিমক খুরুম্বগী মওংদা মথক লোমদা থাঙ্গৎলি, ৱারবা হকচাং, পিরোইনবা মিৎ, য়েকথোক্লবা অৱাবগী শক্তমগুম ভরত লাক্লে। রামনা ভরতপু খোঙদগী তোন ফাওবা য়েংলগা হায়রকই—

য়েংঙু ঐগী লীরুং লীরী খিংবা ইনাও,
নমিৎ থিৎনা য়েংঙু
লালগী ঈথৌ লাংবা ভরতপু
লান্মীগী মাঙ থানা লাক্লিবা,

লক্ষ্মণ ঙক্লা লেপতুনা লৈখ্রে, মাগী ফওবা ৱাহৈশিং পঙথখ্রে, মাগী অশাওবা অমসুং লীকং

লোইননা মিৎকী পিনা লৈমাইদা তাখ্রে। ভরতকী অৱাবনা ময়েং তারবা হকচাং। রামগী মাইকৈ তম্না চেনশিল্লক্লগা ৱাকৎচবগী মওংদা হায়রকই—

নহাক্লা অফবা গুণগী মরীদা খন্দ্রে,
নহাক্লা মিনুংশিবু খোঙগাউনরে,
নহাক্লা অচূম্বা নিয়মবু থাদোক্লে।

মহাক্লা রামগী খোঙদা তুরে। লৈখিদ্রবা মপানা অমুক হিংগৎতুনা মমাঙদা লেপ্লদা য়েংবগুম। রামগী মিৎকী পিনা ভরতকী খোয়খোয়বা শম্লাং চোৎহনখ্রে অমসুং নুংশিনা কোনখৎপীরগা থম্মোইদা চেজেৎ কোনবীখ্রে। দৃশ্যসিবু কম্বননা অসুম্না শৈথারি—

মতৌ অসুম্না প্রেমগী তূংফম ওইবা
অফবা গুণনা কোনশিনবীখ্রে
অচুম্বা পূম্বগী লনগৈবু।

মতুংদা রামনা ভরততা হংঙি 'পাবুঙ মহারাজ করম তৌরি?'

ভরতনা খুম্মি 'প্রভু মহাক্তি লৈখিদ্রে, নহাক কায়নবগী লায়নানা মাবু হাৎখিবনি। ঐগী ইমা কৈকেয়ীনা লৌখিবা বরদান মক্লা যমনি, মানা পাবুঙ মহারাজগী থৌরী মেৎখ্রে।' ৱাহৈশিং অসি তাবদা রামগী মিৎ তন্দন পাইখ্রে অমসুং মকোক ঙাউরে। অনিমক চক্রীগী মতৌগুম লৈবা হৌরক্লে।

চাউবদগীসু চাউরবা রাম লৈমাই থক্তা হাইথখ্রে।

বশিষ্ঠ ঋষিনা মখোয়বু অসি হায়না থেমজিল্লি 'শিবা হায়বসিসু পোকপগুম্না প্রকৃতিগী থবক অমনি। অচুম্বসিবু নখোয়না কাউরব্রা, লৈরিবা বিদ্যা পূম্বা হৈরবা নখোয় নৎএ্রা?

মাগী ৱাহৈদগী ঈংথদুনা রামনা অনকপদা লৈবা বনগী ঈশিং খোং অমদা চৎলে, ইরুজরগা ঈশিং খুজোক অহুম তর্পণ কৎলে।

মফম ৱাৎপদগী মখা তাবা থম্মোই মহী চেলহনবা দৃশ্যশিংবু শৈথাবা অইবনা ঙমদ্রে। ভরতনা রামদা রাজ দণ্ড লৌবীনবা প্রার্থনা তৌজে। রামনা হায়—মহাক্লা মপাবুঙগী য়াথং চহী তরামরী বনদা লৈদুনা মপূং ফাহনখিনি অমসুং মরকসিদা মাগী য়াথংনা ভরতনা লৈবাক ৱায়েনগনি।

**ভরতকী লুহুপ—**

অসুম্না ভরতনা তূংদা লাক্কদৌরিবা চহী তরামরীগী শাংলবা মতম সিগী মরীদা খনবদা অৱাবনা লাকশিল্লক্লে; মাগী ৱাখল প্রভু রামচন্দ্রগী খুয়ারোমদা চঙখ্রে মদু মক্তুবা মতিক মগুণগী মশক্তি, অসিগুম্বা মতিক-মগুণ মদুনা ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক অমসুং মদুগী থবক থৌরম পূম্বদা ইনশিল্লি। মানা হায—'চানবীদুনা নহাক্লা শেংলবা নখোঙ খুয়াগী শেংলবা খুরুম অনিদু ঐঙোন্দা পীনবীয়ু।'

রামনা মাগী খুরুম অনিদু পীরে, মদুনা ভরতপু লোক অসিগী অমসুং পরলোককী নুংঙাইবনা নুংঙাইহনবা ঙম্লি। কপ্পা কপ্পদুনা মানা নিংথিনা শেংলবা শ্রদ্ধাগা লোইননা খুরুম অনিদু কোকথক্তা হাপকৎলে মপুক্লিংদা মসি খন্দুনা 'মসি ঐগী লুহুপ্নি।'

ভরতনা রামগী খুয়া খাদা খুরুমজরে অমসুং হন্না চৎখ্রে। রামগী খুয়া খাগী উফুলনা লংহল্লবা হকচাংগা লোয়ননা।

লাক্লম্বা ময়াম চৎখিবগা লোইনা লোইননা অযোধ্যা কাণ্ডগী ফিজঙ হাইগৎলে।

# অরণ্য কাণ্ড

### মুক্তি পীনহৈবা খোঙ

হৌজিক্তি মখোয় অহুম্মক চিত্রকূট চীং থাদোক্লে অমসুং দণ্ডকারণ্যদা চৎখ্রে মফমদুদা মখোয়না বিরাধ কৌবা হিংচাবা থেংনরে। মহাক্না রাজকুমার অনিবু চাথোক্কে হায়না কিহল্লে। রামনা মাবু খোঙপাকনা কাওরে অমসুং খোঙগা শোক্লবা মক্তদা হিংচাবা অদু মাগী হান্নগী শক্তম লৌরক্লে অমসুং মানা হায়রকই মদুদি মহাক ইন্দ্রগী দরবারগী তুম্বরু কৌবা ঈশৈ শকপা নূপাদুনি। ইন্দ্রনা মাগী মিহৌ চাউবগীদমক হিংচাবা ওল্লো হায়না শাপ তৌখি। মতম অমদা শ্রীরামগী খোঙ্না শোকপীবা ফংলবদা মাগী হান্নগী শক্তমদু অমুক হন্না ফংগনি হায়না হায়খি। অসিগুম্বা শাপসিবু অমসুং মহাক্কী মুক্তিবু নিংশিংদুনা রামবু থাগৎচবা ওইনা শৈরেং অমা শকখি—

অসিগুম্বা নংগী খুয়া থম্বালসিনা
মসিগী মরীদা শাস্ত্রনা শৈশক্লি
অমসুং ব্রহ্মাণ্ড পুম্বদা শন্দোক্লবদি
কয়াদা পাক-চাউবা পুক্লিং হুবা ওইগনি
নংগী বিশ্বরূপ।

ঈশ্বর হায়বসি সুপ্পগী জ্ঞান য়াওদবদা ঙাক লৈবা নওে তৌইগুম্বসুং জ্ঞান লৈবা থৱাই পানবশিংগী জ্ঞান অমসুং প্রাণদসু লৈ। তৌইগুম্বসুং অথুপ্পসি থৱাই পানবশিংনা মাবু খঙদে। অশেম্বা অমসুং মাগী খুৎশেমগগী মরক্তা মহৈ মহৈ ওইনা লৈনবগুম তৌই।

অসিগুম্বা ষন্নাউ অমত লৈতে মমাবু মশক খঙদবা,
করিগুম্বা ষনবীসু লৈতে মানা মচাবু খঙদবা;
হে প্রভূ নংদি তাইবংপালগী মমানি
অমসুং নংগী নচাশিংবু খঙঙি, খুদিংমকপু।
অদুবু অৱাবদি ৱাফমসিনি
নংগী নচাশিংনা নংবু খঙদে।
করম্বা খঙদবগী জাদুনা মখোয়গী মিৎপু উদবা ওইহল্লিবা?
তাকপীয়ু ঐঙোন্দা লাক্কনা লাকপা ঙম্বা।

জ্ঞান অমসুং জ্ঞানী পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈবা ঈশ্বরগী জ্ঞানসি মতমদুদা ওই, অজ্ঞানদা 'দিব্যজ্ঞান' ফংলবদা। মরম অসিনা জ্ঞান ফংলবা মতমদতা ঈশ্বর লাকই হায়বসু য়াদে। মাগী মরী জ্ঞান ওইদ্রিহৈঙেগী মমাঙদা মাদি থম্মোইদা লৈবীরবনি। মসি অচুম্বনি মদুবু কবি কম্বননা বিরাধগী মচিন্দগী হায়হল্লিবা, 'নংনা লাক্ত্রবসু লাকপা ঙম্মি।' কবিগী মত মতুং ইন্না ঈশ্বরগী আধ্যাত্মিক জ্ঞানগী মমাঙদা ভৌতিক জ্ঞান লৈরবনি।

বিরাধ চৎখ্রবা তুংদা মখোয় অহুম শরভঙ্গ মুনিগী আশ্রমদা চৎলি। আশ্রমগী থোঙজিন্দা রামনা ইন্দ্রগী খুদম লৈবা উরে, ইন্দ্র মনুংদা লৈ লৈতে হায়বসি খঙ্গনবা মনুংদা চঙঙি। বাল্মীকিগী রামায়ণদদি রাম লাকপা উবদা অনি সুপউন উন্নদনা ইন্দ্রনা আশ্রম থাদোকখি

মরমাদ—পৃথিবীদা রামগী থবক্তা থিম্বদনবা। অদুবু কম্বননদি ইন্দ্রগা রামগা উন্নহল্লি ফওবশিংবু মাঙহন্নবা। লাইশিংনা হায়জবদগী মী ওইনা অবতার তৌবীবগীদমক ভগবান রামদা ইন্দ্রনা তৌবীমল খঙবা উৎচবা ঙম্লনবা। মতৌ অসুম্না থৌরাং তৌনা উন্নবসিনা কবিদা অসিগুম্বা তাঞ্জা ফংঙি অদুনা বিশ্ব তাইবংপান্দা পৃথিবীগী থৌদোকশিং খঙহনবা ফংবা অমসুং মীওইবগী তাইবংগী ওইবা মিৎয়েংবু শন্দোক্না হায়বা ঙম্লনবা।

ইন্দ্রনা রামবু লৈশী লৈথোন্দুনা হায়—

নংদি মঙালদুনি
মদুনা নুংদা চঙলগা পূম্নমক চুপথোক্লিবা
অমুকসু চুপ্তনা লৈরিবা।
য়েক্লবদগী ৱারদুনা ঐখোয়না
নখোঙ খুয়াদা চঙজবনি
অমসুং নঙোন্দা হায়জবনি
পীবীখিবা বরদান মপুঙ ফানবা
খোঙ লেঙবীরকপনি হে প্রভূ!
নখোঙ থম্বাল অনিনা
হৌজিক্তি লৈবীরি মালেম থক।

**অৱাবা খাঙবা**

মাগী ভক্তশিংদা উৎপীরিবা ভগবানগী মিনুংশিসিনা ইন্দ্র পুক্লিং পেঞ্জখ্রে। মানা মাগী বিশ্বরূপ (জগৎকী ওইবা ভগবানগী শক্তম) থাদোক্লে অমদি মফম অমসুং মতমদা তাশিন্দুনা মীওইবগী ওইবা অৱা-অনা খাঙবা য়াবীরি। সুপ্নগী মীওইবগী মুক্তিগী দমক। ইন্দ্রনা লৈশি-লৈথোন্না হায়জরি—

অসিগুম্বা কনাসু লৈতে
নংগী ঈশ্বরগী ওইবা গুণগা পকশিন্নদবা,
অসিগুম্বা কনা য়াওদে
মহাক্না নহাক্কী গুণগা পুম্পক পকশিন্নবসু,
মহাক অঙানবসু নওে অমম্বসু নওে,
মথকসু নওে মখাসু নওে,
মহাক অহল ওইদনসু লৈতে,
অদুবু মহাক অহলসু নওে;
মাগী অহৌবা লৈতে ময়াঈসু লৈতে অরোঈবসু লৈতে,
মমাঙসু নওে মতুংসু নওে;
প্রভূ! মসিনি নংগী অওইবা শক্তম;
অদুদি কনানা নঙোন্দা শাউগদবা,
নহাক্না ঐখোয়দা মুক্তি পীনবীয়ু য়াদ্রবদা
অসিগুম্বা পৃথিবীদা লাক্লগা

লীরুংগী অরাম্বা থাঙ্গৎলগা
অমসুং নখোঙনা পৃথিবী কোয়দুনা
নংগী নিংথিজবা খুয়া থম্বালনা
অরাবনা তঙাং তঙাংলিব্রা?
হে য়াতারিবা
মপাল নাইদবা অমুবা সমুদ্রদা,

ওন্নবদা নংনা করি ফংলিবা—

ঐখোয়বু অরাবা কোকপীবগী?

### ঙমখৈ লৈতবগী পাদম

ইন্দ্রনা মাগী ভক্তি য়াম্না লৈবনা ভগবানগী ঙমখৈ লৈতবা মতৌবু চাং ওন্নবা মাগী কল্পনানা চাউরবা পাত্র অমা শেম্মি, অদুবু খঙবা ঙম্লে মদুদি পাত্রসি থবক অসিগীদমক য়াম্নমক মতিক চাদে। মানা হায়—

জগৎপু শেম্বা ব্রহ্মানা
গ্রহ পুম্বা পূনশিন্দুনা
চাউরবা চাং ওন্নবা পাত্র অমা শেম্লে,
যুগ কয়া চংনা চাং ওন্নবা হোৎনৈ নংবু
অদুবু ওনঙমদবা নংগী নতিক-নঙন
ময়েং তাদবা চাং লৈতবা।
পৃথিবীনা চফূ ওই,
সমুদ্রনা শঙ্গোম ওই,
শনজিংনা ওন্নবা চৈ ওই,
নখুবাক খক্তা হাপ ওৎখায়রি (তৌরি সমুদ্র মন্থন)
অদুগা ঐখোয়দা পীরি শিদ-হিদাক অমৃত।
হিংচাবশিংনা করি তৌনি
য়াবা তাবনি ননাই ওইবা।

রাম লক্ষ্মণ অমসুং সীতানা হৌজিক্তি অগস্ত্য মুনিগী চীংগী আশ্রমদা চৎলে মফমসিদা হৌজিক্তা লোকপা খোইহীগুম থুম্লবা ঈশিংগী ঈচেলনা তিনবা খোং কয়া লৈ।

### যোগগী শামু

অগস্ত্য মুনিগী জ্ঞানসি লুবগী মতিক পাকসু পাক্রম্মি। মহাক্না কলাদা, কবিতাদা অমসুং আধ্যাত্মিক জ্ঞানতদা নওনা বিজ্ঞান, লাইয়েংবা, খুৎসু-খুৎলাই, থোং শাবা, ঈশিং চাইবনচিংবা তাইবংপানগী বিদ্যা পূম্নমক্তসু থোইদোক হেন্দোক্না হৈরম্মি। মাগী বিশ্ববিদ্যালযদা শিক্ষা ফংননবা অরাপ অরাপ্পা মফমদগী ছাত্রশিং লাক্তুনা লৈরম্মি তিরুনেলবেলি জিলাগী পৌডীকৈ চীংদা। মহাক্তি জ্ঞান অমসুং সংস্কৃতিগী তুংফম-লৈফম ওইরম্মি। মহাক্না রাম মাগী আশ্রমগী ময়া য়ৌরক্লে হেক তাবগা তবাম্না ওক্লবা চেম্থোক্লক্লে। (বাল্মীকি রামায়ণদদি রামবু পুরক্লবা

অগস্ত্যনা মাগী দূত থায়)

তমিলগী চৎনরকপা পরম্পরা মতুং ইন্না অগস্ত্যনা মানা খণ্ডবা মীওইবগী জ্ঞান পূম্বা শম্লপ্পা তমিল লোলদা লাইরিক করামরুম ইরম্মি, অদুমকপু তুংদা লাইরিকশিংসি মাঙখ্রে, মরমদি তমিলনাড়ুগী খা থংবা মাইকৈগী অয়াম্বা শরুক সমুদ্রদা লুপখ্রে। মরম অসিনা কম্বননা হায়— অগস্ত্যনা তমিলগী পাদম-চৈনা বিষ্ণুগী মতৌগুম্না সংসারগী অৱাংবা ওল্লি।

মথংগী শৈরেংদা কম্বননা ময়াম্না হায়নবা ৱারী অমগী মশক ওইনা য়াম্না নিংথিনা ইদুনা উৎলি। য়াম্না লিখ্রবা কালদা হিংচাবা অমনা সংসারগী আধ্যাত্মিককী ওইবা লাইরিক পূম্বা খোমজিল্লগা সমুদ্রদা লুপখ্রে। মসিদা লাইশিংনা অগস্ত্যগী মনাক্তা চৎলগা লুপখ্রবা আধ্যাত্মিককী ওইবা ললশিং অদু অমুক পুরক্লবা হায়জরম্মি। অগস্ত্যনা হায়জবসি য়ারে, মানা সমুদ্রগী ঈশিংসি মখুবাক্তা হাপ্লে অমসুং মদু থক্লগা সমুদ্র কংহল্লে. লাইয়াম্না হায়জবা মতুং ইন্না থকচিনখিবা ঈশিংশিংদু মচিন্না ওথোক্লে, অসুম্না ঈরোম্নুংদা লুপখ্রবা জ্ঞানগী ননগৈদু মীওইবদা অমুক হন্না ফংহল্লে।

য়াম্না রসিক ওইরবা টী. কে. চিদম্বরনাথনা হায়রিবা চিলহায় ওইনা চৎনবা ৱারীসিগী ময়েক শেংনা চহী চামঙারোমগী মমাঙদা মিরন ডোলানা তৌখিবা অদুগুম্না উৎলি। গ্রীককী কলা অমসুং সাহিত্যসি য়াম্না কুপ্পি অমসুং লুই, মদু ইটলীগী মীশিংনা খঙদবদগী পূন্নমক লান্না লৌই। ফজবগী জ্ঞান য়াওদবা ইটলী মচা ব্যাকরণ অমসুং ভাষ্য ইবশিংনা গ্রীক কলাগী ফজবা পোথোকশিংদুবু মখোয়গী চুগন্নরবা বুদ্ধি শিজিন্নদুনা গ্রীককী কলা অমসুং সংস্কৃতিগী ফজবা নিংথিজবাশিংদুদা হামুক তৈশিল্লে। তশেংনমক (লম্মাংনরবা ভাষ্যকার লাইরিককী মরমদা ব্যাখ্যানচিংবা ইবা মী) শিং অসি কলাগী য়েক্লবা হিংচাবা জাতিগী কাঙলুপ অমনি, মখোয়না খঙ-হৈবা য়ৌদবনা গ্রীককী জ্ঞানগী ওইবা লংলবা পোথোক অদুবু মাঙহল্লি। অসিগুম্বা অসুম্বা যুগ অসিদা মিরনডোলা পোকখি। মহাক্লা গ্রীক কলাবু য়াম্না নিংথিনা তমখি অমসুং মানা ইটলীগী ব্যাকরণ অমসুং ভাষ্য ইবশিংদুগী অশোয়বশিংদু হায়খি। অসুম্না গ্রীক সংস্কৃতিগী নুংগী ওইবা ফজবশিংদু পুথোকখি। অয়াম্বদা সংস্কৃতিগী ইতিহাসতা অসিগুম্বা মওংগী থৌদোকসি তোয়না থোকই। কলা অমসুং সংস্কৃতিগী থবক ময়ামসি তুংদা লাকপা ভাষ্য ইবশিংনা অমম্বা যুগ হেক হেক ওইহল্লি। টী. কে. চিদম্বরনাথকী ৱাফম অসি য়াম্না মরম চাবা অচুম্বনি, অগস্ত্যনা অসভ্য ওইবশিংগী মখুওগী কলা অমসুং জ্ঞানবু কল্লমগনি। মরম অসিনা মানা সমুদ্র থকচিনবা অমসুং লাইয়াম্না হায়জবদগী ওথোরকপগী তোঙা ওইবা ৱারীসি মাগী সেবা অদুগী হাযবদি শেংদোক্লবা অমসুং অনৌবা শক্রোল অমা ওইনা পীখিবা অদুবুনি।

মথংগী শৈরেংদা কম্বননা অমুক হন্না খুদম ওইবা লোন্দাদা অগস্ত্যগী তৌরম্বা শিংদু উৎলি। 'অমতা ওইবা লম্বী' থিরিবা মীওইবনা অগস্ত্যগী নাক্ত চৎলি অমসুং হংঙি, 'ঈশ্বরগী নাক্ত চৎপা য়াবা অৱাবা য়াওদবা লম্বী করম্বনো?' চীন্না পাউখুম পীবগী মহৎতা থাজবা পোকহনবা মওং উৎলি।

জাদুগী চীংথক অমদা
আকাশপু শোক্লিবা অমসুং মাগী মাইকৈ মরীদা
থারকইবা নৌচিলগী তথকপা পরেং,
অগস্ত্যনা মখোঙ থারে অমসুং কাখৎখ্রে,

থুনমক চীংদু অসুম অসুম নেমথরক্লে
অমসুং পাতাল ফাওবা য়ৌখ্রে,
মহাক্না মদুগী চীংদোন্দা লেপতুনা লৈরে
যোগী মাইকৈ পূবা শামুগুম্বা।

উৎলির্বাসিনা অগস্ত্যনা আধ্যাত্মিক চাউখৎনবা লম্বীদা লৈরিবা সমস্যাশিং কোক্লনবা লম্বী উৎলে। মীওইবা অমসুং ঈশ্বর অনিগী মরক্তা পল ওইরিবসি মীওইবগী নাপলনি হায়বসি কম্বননা অতিয়া পকপা চাউরবা জাদুগী চীং ওইনা উৎলি। চীংসিদি মায়ানি অদুমকপু মীওইবগী বুদ্ধিগী চৎঙমদবা শন্দোক্লিবা মিহৌবা, অশাউবা, অকাউবা গুম্বা খোঙনেৎনরবা অমসুং নমথরবা মিৎকুপতুদা মানা ঈশ্বরবু খঙবা ঙম্মি। মসি অথুপ্পা থবক-থৌরম অমনি, মসি হৃথযোগগী থৌরমদগী তোঙাল্লি, হকচাংগী অৱাবা লৈতবা মসিবু অগস্ত্যনা 'ঈশ্বরগী অৱাবা লৈত্রবা লম্বী' কৌই।

কম্বননা অগস্ত্যগা মরী লৈনবা অতোপ্পা মীনা হায়নবা ৱারী অমসু হায় অমসুং মসি খা ভারততা থোকখিবা লৈনুংগী ওইবা অওনবা অমগী ৱানি। হিমালয়দা শিব-পার্বতী লুহোংঙি। লুহোংবসি য়েংনবা সংসারগী মী পূম্বা তিনখ্রে। মদুগী অৱাম্বদু পুবা ঙমদদুনা হিমালয় নম থরক্লে। শিবনা য়াম্না থুনা মী অনেম্বা অগস্ত্যবু কৌরে অমসুং মঙোন্দা খা মাইকৈদা চৎননবা হায়রে। অৱাম্বা মান্নবা অগস্ত্যনা পৌডাকৈ চীংদা চৎলে অৱাম্বা মান্নরকপদগী নমথরুরবা হিমালয় অমুক ৱাংখৎলক্লে। অসিগুম্বা ৱারীগী মশক ওইবা ফালাসি ওল্লিবা অৱাম্বা মতম নওে তৌইগুম্বসুং পুন্সীগী মমলনি, অমসুং সংস্কৃতিগী পাঙ্গলগী মশক্তা অগস্ত্যগী মমলবু থৌনা লৈনা শিব অমসুং অতৈ লেমহৌরিবা মীওইবা জাতিগা মান্নে হায়বা তাকপনি।

অঙকপা মহৈ অমসুং আধ্যাত্মিক জ্ঞান লৈবা সাধুসিমক্না আশ্রমদা লাক্লিবা রামবু য়াম্না শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ওকপা চেল্লি। চেন্না চেন্না অগস্ত্যনা ৱাখল তৌই রাম লেঙঙকপা হায়বসি মাগী অকন্নবা তপস্যা পূম্বগী অরোঈবা মহৈগী মশক্লি। মহাক হরাউ তুজুংঙি মরমদি রামগী শক্তমদা ঈশ্বর উগদৌরে অসুম্না মহাক ৱাখলদা উংলদুনা হায়—

ব্রহ্মানা খোঙ্গোক লোয়নবা বেদ
অমসুং বেদাঙ্গশিংবু
জ্ঞানগী পাক-চাউরবা চক্কীদা হাপ্লি
অমসুং তকলি মতম শাংনা,
অদুবু অচুম্ববুদি ফাবা ঙমদে।
অদুবু শক্লাইদবা লেঙলক্লে শক্লাইনা
ঐগা বারী শাবা মাইয়োক্লনা।

অনিগী উন্নবসি কম্বননা য়াম্না ফজরবা শৈরেং অমনা শৈথারি—

লাক্লিবা অৱাংবা শক্তমদুনা
লুকথরে খুয়া খাদা
তুমিন্না লেপ্লিবা শক্তমদুগী,
নুংশিনা মহাকপু কোন্দুনা
মিৎতা নুংঙাইবগী পি শিস্থনা

মুনিনা ফজবা ৱাহৈনা তরাম্না ওক্লি
অমর ওইরবা মুনিনা
ঈশৈ শক্লদুনা
খাগী মাঙ্গনাইদ্রবা তমিলদা।

রাম লেঙ্গলকপদা আশ্রমগী তপস্বীশিংনা হরাউ-তয়াম্মে। রামবু ইকাইখুম্নবা ওইবা চাক চামিন্নবগী থৌরম পাঙথোক্লে অমসুং মতম খরা আশ্রমদা লৈবীনবসু হায়জরে। রামনা পাপকী পাঙ্গলশিংবু মাঙহন্নবা ৱাশকখি, আশ্রমদগী অমুক চঙশিন্নবা মরু ওইবা মফম অমদা লৈরুনবা য়াথং নি, মফমদুদা লৈরগা হিংচাবাশিংগা মাইয়োক্নবা ঙম্নবা। অগস্ত্যনা ৱাফমসি য়ারে অমসুং শিবগী লীরুং তেন্দোং পীরে, মদু মতম কুইনা সন্মানগা লোইননা থম্লকপনি। লোইননা চাউরবা তেনসু পীরে, তেনসিনা শিবনা ত্রিপুর হাৎখিবনি। খুদোলশিংসি পীরগা অগস্ত্যনা পঞ্চবটীদা লৈনবা মফমদুদগী গোদাবরী তুরেল চেম্লক্লিবা। কম্বনগী অগস্ত্যনা পঞ্চবটীগী ফজবা দৃশ্য য়াম্না নিংথিনা শিংথায়—

মথক্তা ৱাংখৎলক্লিবা মোংশোং অমসুং মদুগী মথক্তা,
মথক্তা ৱাংখৎলিবা ৱাগী অশোঙবা অমসুং মদুগী মথক্তা,
মথক্তা ৱাংখৎলি চীংদোল,
নাকন্দা চেম্থরি ঈংলবা লোক্কী ঈচেলশিং,
হাই-শুন্নিবা লৈগী চরোং
অমগা অমগা থেংনরিবা মালং ঈপোমদা
মনাক্ত তপ্না চেনবা খোংগী ঈচেল
ফজবা ঈথক-ইপোম লোইননা
অসিগুম্বা শেংলবা মফমদা ইবুঙো!
লৈরিবনি পঞ্চবটী।

ফজবা শৈরেংগী শৈশকসিগা লোইননা মুনিনা অহম্মকপু বিদায় তৌঈ, মুনিগী আশীর্বাদ লৌরদুনা অৱাং লোমদা পঞ্চবটী পাংনা চৎলে।

মাইলগী তুংদা মাইল লান্না চৎলে
ফজবা ঈচেল খরনা নেম্না খরনা ৱাংনা
অমসুং চীং খবনা পরেং নাইনা
খরনা অমগা অমগা নক্লনা
মমৈ থংদা মখোয়না উরে উচেক নিংথৌ।

## মীনুংশি চাউবা উচেক

চীংশাং পরেংদগী অমুবা চীং মচা অমা ইম্থোক্লি, হায়বিবা অমুবা চীং অসিদা লৈরিবা লৈবাক্কী শকক অমা মমাঙলোমদা অমুক ইম্থোকলক্লি মদুদা লংজাশিংগী নিংথৌ জটায়ু লৈ। ৱা কোইনা ইদবা বাল্মীকিনা জটায়ু খোংনাং বট পাম্বীগী মশাদা তোংলি হায়বা অদুগা মহাক চাউ-শাংঙি অমসুং মপাঙ্গল কল্লি হায়বসি নওনা হেন্দোক্লা থোইনা শীংথাদে। অদুবু কম্বননা উচেকসিগী মরীদা পাক-শন্না অমসুং য়াম্না হৈ-শিংনা বর্ণন তৌরি। মহাকতু মতম খবগী তুংদা সীতাবু

কন্নবা হোৎনবদা মাগী মথৱাই কৎথোক্লগদৌরিবনি। মহাক্না কলাশিংদা হৈ-শিংবা, বিদ্যাদা চাং কক্না পুক্লিং লৈতাবা, অচুম্বা চৎপা অমসুং অশোয়বা য়াওদবা, লৌশিং কুপ্পা, য়াম্না মপূংফানা রাজনীতি খঙবগা মান্ননা য়াম্না লাপ্পা উবা ঙম্মি মাগী খূরবা মিৎ অনিদুনা। বাল্মীকি রামায়ণদা জটায়ুনা মশাগী মশক দশরথগী মরুপ্নি হায়না তাকই অদুবু দশরথগী মরীদা হংবদি কাউথোকহৌই। মাইকৈ অমদা জটায়ুনা দশরথকী হকচাংগী ফিবম্নচিংবগী মরীদা হংহন্দুনা কম্বননা উচেক অমসুং মীগগী মরক্তা মরুপ শান্নববু য়াম্না পুক্লিং হূবা অমদি য়াম্না থম্মোই শোক্লবা অৱাবগী শৈরোল উৎনবা তাঞ্জা লৌই। মসিগী মহৈ ওইনা কল্পনা অমদি নাটককী মওং ওইবা ফজবা বর্ণনশিং অসিনা জটায়ুবু অপাবগী মাইকৈদা নক্না পুশিল্লকই।

জটায়ুনা পাক-চাউরবা মশানা অহুম্মক্কী কোকথক্তা খান্দুনা অহুম্মকপু পঞ্চবটীগী লম্বী তাক্না অগস্ত্যনা হায়বা মফমদু য়ৌনা পাইদুনা চৎলি। থবাক্তা সনা মচুনা লৈতেংবী মমৌ অমসুং মচা নূপা অনিদা পুক্লিং চংনা জটায়ুনা পাই পাইদুনা য়েংলম্মি। মীওইববু কুয়োমনুংদগী মপাম্বোংদা পুথোকপদা মপা লৈতনা শক্তি লৈবা কম্বননা অহুম্মকপু উচেক্কী ওইবা থোৎ-নৌরবা থম্মোইনুংদগী লাঙতক্নবা মিৎয়েংনা য়েংনা হায়রকই—

জটায়ু অহুম্মকপু য়েংলম্মি
নুংশী চাউবী উচেক মপীনা য়েংবগুম
মকোন্দা লৈরিবা মচাশিংবু।

কম্বনগী অসিগুম্বা শক্তিসিনি মদুনা কল্পনাগী ওইবা পুরাণগী পাত্র অমদা পুন্সী ৱাখল অমসুং পাঙ্গল হাপ্পদা অমসুং মীগা উচেক্কগী মরক্তা থোং শাদুনা শম্নহনবদা মহৈ য়ানবা ঙমখিবা।

**শূর্পণখাগী অঙকপা প্রেম**

রাম অমসুং সীতানা অসিগুম্বা পুক্লিং হূনিঙাই ওইরবা হৱা-নুংশিৎতা নুংঙাইনা মতম লেল্লম্মি মতম অসিদা পুন্সীদা কা হেঞ্জিনবা থবক অমা চঙশিল্লক্তুনা থৌদোক্কী খোঙজেল য়াঙশিলহল্লকই। রাবণগী মচন নুপী শূর্পণখানা পঞ্চবটীগী পাক-চাউরবা বন অসিদা মনিং তম্না লৈরম্মি। লাকঙমদ্রবা লৌতুনরবা লাইবক্লা মহাকপু রামনা লৈবিবা মফমসিদা পুরক্লে। রামদি হিংচা-শাগৈ মাঙহন্নবা পোক্লকপনি। মখোয় অনি উন্নবা হায়বসি মহাকাব্য অসিদা য়াম্নমক মরু ওইবনি। অসুম্না শূর্পণখানা রামবু উবা মক্তদা অসুক য়াম্না ফজবা শক্তমদি করিগুম্বদসু উখিদ্রি খল্লম্মি। মহাক্না অঙকপা ফংনা রামবু নুংশিরম্মি। বিষয়দা ঈরাংদা লুপতুনা লৈগদবা শক্তমসিনা তপস্যা তৌদুনা কংশিল্লিবা মকশিল্লিবা অসিদা শূর্পণখা য়াম্না ঙকলম্মি। মহাক মশা মথন্নতা হংজে—

করম্বা লাইনিং নিংশিবা
মাবু মিহৌহন্নবা লাইনিংনা।

বাল্মীকিগী শূর্পণখাদি, মশম ঙাংই, মবুক কংই, য়াম্নসু থী, অপাম্বনা লাকহৎখিদুনা রামগী মাঙদা চঙদ্রিঙৈদা মহাক্কী শক্তম ওম্বোকপা কাউথোকই। অদুবু কম্বনগী শূর্পণখাদি অসুক য়াম্না লৌশিং লৈ, মাগী জাদুগী পাঙ্গল শীজিন্নদুনা রামগী মাঙদা চঙদ্রিঙৈদা মমাঙদা শক ফজবীগী শুম্লৎনিংঙাই ওইরবা শক্তম লৌই। মানা মন্ত্র অমা থীবদা থুনমক মাগী মাইথোং

অমসুং হকচাং থাজবু ঙমজবা মওং ওইরকই। অথুম্বা তাল-মেল লোইনরবা ঈশৈ অমদা কম্বননা তথক্লবা অমসুং ইথক হৌরবা সাড়ী শেৎহন্দুনা শূর্পণখাবু রামগী মাঙদা পুরকই। মহাক কাইদ কাইদ চৎলি, ৱাহোংগী খোঙথাং থাংডি, পুক্লিং হুনিঙাই ওইবা হকচাংগী শাথেক্তা। মাগী সনরুপ্পা মচুনা স্বর্গগী মতম চুপ্পদা ফজরবা কল্পবৃক্ষগী রেশমগুম নৌরবা ময়োলগুম্লম্মি। মাগী ঙাংড্রানবা চিনবানদা পুক্লিং লাঙহনবা খোইহীনা লৈতেংলম্মি। চিনবাননুংদা লংলবা মুক্তাগী পরেং। শজি মিৎতা তাবী ইকাইথিবী মিৎয়েং। অৱাবদি মাগী পুক্লিং হুনিঙাই ওইবা খুৎইগী নিংথিনা হন্দোকপা ঙমদবা। শকহেনবীসিগী তথকপসি কম্বননা মাগী কাব্যদা য়াম্না হৈ-শিংনা ফাজিন্দুনা থমদ্রে অমসুং ঈশৈ অসিদা ফজবদুবু উৎলিবা মদু মথংগী ঈশৈদা তাহল্লি। শূর্পণখাগী নুপুরগী খোঞ্জেল মাগী খ্বাংলাক্কী শরিকশিংগী রুনু ঝুনু, মাগী ঙক্কী লিক্লাংশিংগী মিরবা খোঞ্জেল, মাগী শমজীরৈগী মথক্তা পাইরিবা খোইমুগী খোঞ্জেল অমনা অমবু তেমশিংনরিবা খোঞ্জেলগী খোম্থোক্লি, 'শকহেনবী অমা লাক্লি।'

অদুমকপু কম্বননা প্রেমগী মরীদা য়াম্না কুপথনা অমসুং অওইবগা লোইননা ইবা ঙম্মি, মানা শূর্পণখাগী অঙকপা প্রেমসিগী ঈশৈ কয়া মরুমদা হাস্য (নোক্লিংবা) রসনা থল্লবা মওংদা বর্ণন তৌরি। রামনা মাবু য়াবীদ্রবদা উনগী মতুম্না মহাক্কী ৱাংলবা থবাক থক্তা থম্মি অদুবু অশাবা নুংপাকথক্তা লংথোকপা মাখনগুম মহী চেম্থোকখি। ইরোই লোইবদা মহাক্কী নাতোন, না অমদি য়েক্লবা থবাক্কী চীংদোল ককথৎতুনা লক্ষ্মণনা মাগী লমহেনবা অপাম-নুংশিগী দণ্ডী পী। শূর্পণখা অহৌবা খোঞ্জেলদা তেংথারকই যমরাজগী য়াথং মতুং ইন্না হিংচাবা শাগে মাঙহন্নবা পুংজাও থীন্না লাউবগুম।

শূর্পণখা রাবণগী রাজপরিবারদা পোকপীনি। মাগী মতুংদা হিংচাবশিংগী সাম্রাজ্য অমসুং-লাকঙম-ফাঙমদ্রবা শক্তিগা লোইননা লৈরি। মখোয়দা অতোপ্পবু ৱাহন্নবগী হৈনবী লৈ, অদুবু মশাদি খক ৱানিংদে। মীচম অমনা ইকাইবা পীরকপদা ঙমখৈ লৈতনা ইকাইরম্মি। মরাল লৈববু ৱারকতবদা নওে, মশাগী মরালগী নুংঙাইবসু লৌরি, মতিক চাউরবা নিংথৌরেলগী মচন নূপীনা লৈমাইদা লৈওন্নরি। রাবণগী য়াথং মতুং ইন্না বন ঙাকপা হিংচাবা খর অমসুং দূষণবু অসিগুম্বা ইকাইবা পীরকপগী মরম নিংথিনা খঙহল্লবদা মখোয়না রামগা লাম্থেংনৈ অমসুং মথৱাই থাখি।

## লঙ্কা নগরী

খব অমসুং দূষণ শিরবদা শূর্পণখা লঙ্কা নগরদা চৎলি। তাঞ্জাসিদা কম্বননা রাবণগী মতিক-মগুণ পূম্বা তাকই। মহাকপু মনিং তম্লবা ফওবগী শক্তিগী মশক্তা অচৌবা হিংচাবা অমা ওইনা য়েক্তে তৌইগুম্বসুং কম্বননা মহাকপু ৱাখল ৱাংবা থৌনা লৈবা আধ্যাত্মিককী ওইনা ৱাংবা, মীগী ফনবা তৌবা অমসুং তশেং তশেংবা মী-অমগী মশক্তা, মাগী শাজৎতা মকশিল হনবা অমসুং লৈখা তাহনবা হায়বা মক্তবু সুপ্নগী মাগী কায়থরবা মমিৎ তাঙলবা হেন্না ঈরাং পামগনবা অসিতনি। মাগী দরবারদা মাগী অকোয়বদা নিংথৌশিংনা মখুৎ লোন্নন করম্বা মতমদা-কনাদা থৌজালগী মিৎয়েং য়েংবীরক্কদগে হাযনা লৈরি। স্বর্গগী ঈশৈ হৈরবা তুম্বরুনা মাগী মথৌনা নুংশিবা সুরদা শক্লি, নারদনা মাগী বীণাগী থুল্লবা সুরনা মাগী মনাকোংদা নিলহল্লি, লিরবা শাস্ত্রগী চৎনবীগী অশেংবা অমসুং অৱাংবা কায়হন্দনা। রাবণগী দরবারদা শূর্পণখানা

সমুদ্রবু নৈখায়রবা অশাউবা লোয়নরবা নোংলৈ নুংশিৎকুম চঙশিল্লকপদা ঈশৈ পূম্বা লেপখ্রে। মাগী মচন নূপী রাজকুমারী ঈকায়বা পীরকপা অমসুং হকচাংগী শাওং, কায়হল্লকপসি উবদা রাবণ তিংঙক-মাইঙক্লখরে অমসুং লাউরদুনা হংলকই—'মসি কনাগী থবক্লো?' মরাল লৈববু হেন্না নুংশিরুবী শূর্পণখানা হায়রকই—'মখোয় মীনি, মখোয়না থাঙনা ঐগী হকচাং কায়াৎ থীহল্লিবা, অদুবু মখোয় কামদেবগুম ফজবনি। লোক অমতদা কামদেব অনি লৈবা য়াবরনে?' থাগৎপগী ৱাহৈশিং অসিনা মশাবু শকফম কায়হল্লকপা মীগী মফমদা চিংননিঙাই ওইবা মওংদা পেন্দবা মান্দবা মওংসিনা রাবণগী পুক্লিংদা চিংনবা পোকহনবা য়াই। অদুবু সীতাগী শুক্ষৎনিঙাই ওইবা শক্তমবু শীংথাদুনা শূর্পণখানা মাগী চিংনবদু নক্ষৎলি। মহাক্কী থৌরাংদি রাবণগী য়াম্না কা হেন্না নূপীদা পামশিনবগী খুদোং চাবা লৌদুনা সীতাবু হূহনবনি। মদুদগী রাম অমসুং লক্ষ্মণদা মনিং তম্না খুদোং চাবা লৌবা য়াগনি। শূর্পণখানা সীতাগী পুক্লিং হূনা ফজববু শৈথাবনা রাবণগী পুক্লিংদা ঈরাং হৌহল্লে। পুক্লিংদা ঈরাং হৌরকপনা রাবণ অহিং চুপ্পা তূম্বা য়াদ্রে, সীতাবু ফংনবগী থৌরাংগী ৱাখলদা। মানা মাগী মখুরা মারীচপু কৌরে, মানা মাগী অপাম্বগী মাইয়োক্তা রামবু সীতাদগী লাপহন্নবা তঙাইফদনা তৌনবা য়াহল্লে। অসুম্না লম্মল শিংনবা অমসুং সীতা হূবদা মাগী মতেং পাংনবা। মারীচনা সনাগী শজী অমগী শক্তম লৌরে, মাগী সনা মচুগী অরংবদুনা আকাশ অমসুং পৃথিবীদা পুমঙাল ঙালহল্লে অমসুং পঞ্চবটীগী মাইকৈরোমদা খোঙ শাল্লে। মহাক্না পঞ্চবটী য়ৌরকপদা সীতাসু খাঙপোকশংদগী থোক্লক্লম্মি।

মাগী নৌরবা মঙ্খাং তিংখৎনা
থোৎলবা খোঙ্না তপ্পা চৎ
হেক্লি লৈরাং মহাক্কী মখুৎনা
কেন্দ্রিবা লৈগা মান্নবা।

শৈরেং অসিনা উৎলিবদি কম্বননা সীতাগী ফজবা শাজৎতা পুক্লিং হকচাং লুপশিল্লি মদুনা নৌরবা ফজরবা শৈরেং অসি থোকহল্লি। মতাংসিদা সীতা কেথ-নৌথজে, সনাগী শজীসি রাম মক্লা ফাবীনবা অমসুং লক্ষ্মণদা শিন্নবীদনবা হায়জে। মতাংসিবু শৈথারিবা শৈরেংশিংগী খোম্লোক্তা নূপীগী মহৌশাগী ওইবা থোৎ-নৌবা অমসুং ফজবা য়াওরি, ৱাহৈশিংদা ব্যঞ্জন ময়েক্তুতগী স্বরনা হেন্না শিজিন্নদুনা ফজবা ঈশৈ ওইহল্লি। রামনা মতুং হেক ইনখিবগা শজীসি মনা চপ য়ুংখ্রে, মখোঙ্না মথবাক শোক্লা খুমাং লাম্না চোংনা চেনবা হৌরক্লে। মানা নুংশিৎতগী পুক্লিংদগীসু হেন্না যাঙনা খোঙজেলদা অহেনবা খোঙজেল হাপকৎপগুমখ্রে। মহাক চীংথকলোমদা চেনখৎখ্রে, লৈচিল মরক্তা চোংশিনখ্রে, রামনা চোকথদুনা লকক তৌবদা মানা তানবা ফংগদৌবা ঙমখৈগী মনুংদা চঙশিল্লকই, লেঙদনা লেপতুনা লৈবা শাশিন্ননা লাপ্পা, অমুকসু লাপ্পা চেল্লম্মি। মাগী শুক্ষৎনিঙাই ওইবা খোঙচৎসি লৈতনা লৈতেংলবী ওক্তবীশিংগী মতৌগুম্লম্মি, মখোয়গী নুংশি-মিৎয়েংদু সনাগী শেল ময়েক্তদা থম্বা। অপাবশিংনা শজীগী ফজবা খোঙচৎতা। পুক্লিং চঙলিঙৈদো কম্বননা ফজবা চাংদম্নবা অমনা অওইবগী লমদম অমদা পুদুনা চৎলি অমসুং ৱারবী শেন্না নেকপী নূপী মচা অমনা ঙাইহাক নুংঙাইবগী পুক্লিংগী মওংদু উৎলি। অশাংবা উনাগী মওং মানবা তেন অমনা রামনা শজীদা থারে। শজীনা বামগী খোঞ্জেল শারদুনা মতেং পীরনবা কৌরে অমসুং শিদুনা তারে। হৌজিক্তা রামনা শজীসি করিগুম্বা লৌতুনবা

অমগী শরুক্তি হায়বা খণ্ডলে, ৱাফম অসিগী মরীদা লক্ষ্মণনা হান্ননা চেকশিন্নবা হায়খ্রবনি।

**সীতা হুবা**

অৱাবনা থল্লবা মীনম্বা খোঞ্জেলনা নমথাক তৌদুনা রাম অৱাবদা তারে হায়না সীতানা খল্লে। মহাক্না চৎনিংদবা লক্ষ্মণদা নাতৈ চাদবা ৱা কয়া হায়দুনা লক্ষ্মণ তঙাইফদনা চৎপা তাখ্রে। রাম অমসুং লক্ষ্মণ লৈত্ৰিগৈসিদা রাবণনা অহল ওইরবা মীওই কায়রবা সন্ন্যাসী অমা শাদুনা লাক্লগা সীতানা লেপলিবা লৈমাই অদুফাও য়াওনা থাঙ্গৎতুনা মাগী দোলাইদা হাপ্লে অমসুং অতিয়াদা পাইদুনা চৎলে। সীতানা কপ-লাউবসি জটায়ুনা তারে। উচেক অমসুং রাবণ অনি অকন্নবা লাল থেংনরে, রাবণনা মাগী থাঙ্শাংনা উচেক্কী মশা অনিমক ককথৎলে, অমসুং জটায়ু জ্ঞান মাঙ্না তারে। রাবণনা থুনা য়াঙ্না সীতাবু লঙ্কাদা পুখ্রে অমসুং মাগী মশা শোকপা কিবনা মহাকপু অশোক বন কৌবা ফজরবা লৈকোল অমদা মুশুক মুরবী হিংচাবীশিংনা কোয়শিন্দুনা থল্লে। কবিনা হায়—

> মুরবী হিংচাবীশিংগী ময়াইদা ফল্লিবী
> সীতানা ঙাল্লম্মি
> তরং তরংলবী নোংথাংগী উরীগুম
> নোংজু থাগী অমংবা নোংগী মরক খায়বগুম।

মরকসিদা ফওবা-চিংনেবা ৱাখলনা থল্লবা রাম য়াম্না থুনা আশ্রমদা হল্লক্লে অমসুং মফমদুদা সীতাবু ফংদ্রদুনা য়াম্না থম্মোই শোক্লে। হকচাং কায়নরবা থৱাইনা মাগী কায়দোংফম পোল অমুক ফংদ্রবা মতৌগুম্লে। মহাক তৌফম খঙদনা চাউরবা লীরুং তেন্দোংগী অরুম্বা পুদুনা লেপতুনা লৈরে। লক্ষ্মণনা মঙোন্দা দোলাই অমা চৎখিবগী লিক্লম তাক্লনা লিক্লমদুগী মতুংইন্না তুরোই ঙাম্লোইননা চৎলে। মখোয়না ঈতনা চোৎলবা ৱাহুদুনা তারিবা জটায়ুবু উরে। রামগী মিৎতগী পি শিন্থরক্লনা লৈমাইদা তারে অমসুং জটায়ুগী শেংলবা হকচাংদা তারগা ৱাহুখরে। লক্ষ্মণনা মখুৎনা কোনখক্লনা অমসুং অনকপদা লৈবা লৈচিলগা শম্নরবা ঈশিংনা রামগী মাইখোংদা খিক্লে। রাম জ্ঞান তারক্লে অমসুং জটায়ুগী ফিবম অদুদা তেংথারে। উচেক নিংথৌ জ্ঞান লাক্লে অমসুং মমিৎ পাংথোক্লকপদা মশাদা পকপা দাগফম পূম্বা চামথোকখিবগুম খল্লে। মাগী ককখ্রবা মশা অনি অমসুং মরোল তরেৎপুসু অমুক ফংবগুম্না পুক্লিংদা খনখ্রে। রাবণগী লুহুপপু মচেৎ মচেৎ তাহনখিবা মচিন্দুনা রাম-লক্ষ্মণ অনিবু হন্না হন্না চুপলে।

রাবণনা মতৌ করম্না সীতাবু পুখিবগে হায়বসি জটায়ু হায়দোকপা হঙ্গোইরে। মওল মওল থল্লবা তুংদা মানা সীতা হুখিবগী ৱাসি নাকোইননা হায়রে অমসুং হিংচাবশিংগী মশক ওইরবা হূ পাম্বাসি মরু ফংনা মুখৎনবা হায়রম্মি। মানা মতৎ মতৎ ওইরবা ৱাহৈনা ৱাফম অসি হায়রবদা সীতা হিংচাবনা হুখ্রে, মাবু কন্নবা হোৎনবদা জটায়ুগী মশা অনিমক ককখ্রে হায়বসি খঙলে। রাম শাউবনা মৈ হৌরে, সংসার পূম্নমক অমসুং নিংঙাইদনা য়েংদুনা লৈথোকখিবা লাইশিংবুসু মাঙহল্লগে হায়না হায়রক্লে। রামগী লাকঙমদ্রবা অশাউবসি উবদা চমম্নববা জটায়ুনা অশাউবা নেমথনবা ৱা হায়বা হৌরকই। অকনবা ৱা হায়করগা রামগী থম্মোই শোকপা হেনগনি হায়বসি জটায়ুনা খঙলম্মি। মরম অসিনা মানা থবক পাংথোকপদা মতেং ওইগদবা ৱাহৈশিং নওনা অতোপ্পা লম্বী অমা লৈতে মরমদি পামগদবা ৱাহৈতনা মহৈ পীবা ঙম্মি। মানা অহানবদা সীতাবু মথন্নতা গুন্দোক্লম্লগা অরংবা মচী পানবা শজী অমা তান্নদুনা করিগী শাগৈগী মিংচৎ

থীহল্লিবনো হায়না রামদা মরাল শীরে। লাল্লিবসি নংলা নৎএগা সংসাররা হায়রে। অসিগুম্বা অকনবা ৱাহৈসিনা রামগী অশাউবা খরা হম্বরে। রামনা হায়রকই—'হে পুকচেল চাউবা! হিংচাবদু করম্বা মাইকৈদা চৎখিবগে?' রামনা ৱাসি হায়বা মক্তুদা উচেক নিংথৌ মকোক ঙাওরক্লে, ৱা ঙাঙবা ঙমদ্রে, জ্ঞান মাঙখ্রে অমসুং থৱাই থাখ্রে।

অদুমকপু বাল্মীকিগী জটায়ুনা রাবণনা সীতা হুখ্রে হায়বসি হায়হল্লি, কম্বনদি কুম্মৈগী মওংদা চিংনবা ৱাখলগী অনৌবা মচাক অমা হাপচিন্দুনা হুরানখিবা মীগী মিং হায়দ্রিঙৈদা জটায়ুগী পুন্সীগী অরোইবা শোর হোলহল্লি। বাল্মীকিগী রামনা ইঙাং পাক্তেনরবা জটায়ুবু উরগা শা চাবা লঙজাসিনা সীতাবুসু চাথোকখ্রে হায়না পুক্লিংদা চিংনৈ অমসুং জটায়ুবু হাৎননবা লীরুং-তেল পায়খৎলি। জটায়ুনা সীতাবু কন্নবা হোৎনবদা মতৌ করম্না রাবণনা মাগী মশা অনি কক থৎলম্বগে হায়বদু তমদুনা মাবু হাৎপীদনবা হায়জৈ। অমরোমদা কম্বনগী রামনা জটায়ুগী মফমদা ইকাই খুম্নবা নওনা ফওবা ৱাখল অমতা খনখিদে। মহাকপু মপাগী অনিশুবা শক্তম অমগুম্না খল্লি। মতৌ অসুম্না মখোয় অনিগী মরক্তা অচেৎপা নুংশিনবা পুক্লিং হুনিঙাই ওইরবা মরী অমা লৈবা অদুদা করিগুম্বা মখলগী চিংনবা পোকহন্দে বাল্মীকিগী রামদা থোকখিবগুম। মাগী অসিগুম্বা মীওইবগী কুম্মৈগী মওংগুম্নবা থৌরাংসিনা কম্বননা জটায়ুবু মতম কুইনা নিংশিংনিঙাই ওইবা মওংদা থনম্মি।

# কিষ্কিন্ধা কাণ্ড

দশরথ শিখিবগী অহাংবা মফমদু মেনশিল্লম্বা জটায়ুগী পোৎলোইবগী থৌরম লোইরল্লগা রাম-লক্ষ্মণনা সীতা থিনবগীদমক মাইকৈ মরীদা কোঈনা চৎপা হৌরক্লে। মমৈথংদা মখোয় অনি কিষ্কিন্ধাগী চীংগী লমদমদা থুংলরে মফম অদুদা হনুমাননা মখোয় অনিবু তরাম্না ওক্লে। মখোয়গী ফজবা শাজৎ-কায়দা উরগা হনুমাননা মখোয়বু স্বর্গদগী লাকপনি খল্লি। মখোয়গা থেংনবদগী হনুমানদসু য়াম্না অওনবা অমা লাক্লে, মাগী জ্ঞানদা য়াম্না তশেং-তশেংবা মওং লাক্লে অমসুং পুন্সীগী পোৎ পূম্বসি অনৌবা অর্থগা লোইননা ফজবগী শক্তম লৌরক্লে। মখোয়গী খোঙ্না শোক্লুবদা মৈ হৌরবা নুংদু পেশ্বরকই, লৈহী চেনবা লৈগী মওং লৌরকই। মখোয়না চৎখিবা মাইকৈদা নাপী, উপাল ফাউবা মরু লুকথৈ, য়েংবদা ফজবগা লোইননা খুরুম্বগুম্মি। হনুমাননা অঙকপগা লোইননা হায়রকই, মখোয় সিবু পুণ্যগী মশক ওইবা লাইরা?

হনুমানগী ৱাসি তাবদা রামনা মহাকসি অশেংবা জীবনি অমসুং মঙোন্দা পাঙ্গল, বুদ্ধিগী মপুং ফাবা, মহৈ, পুক্লিং চেৎপা অমসুং মশাগী ওইবা হৈ-শিংবা পুন্নমকসিনা তিল্লি হায়বসি খঙলে। কম্বনগী মতুং ইন্না হনুমানসি অশেংবা পুণ্যগা তিন্নরুনবা পৃথিবীদা লাকপনি। রামনা লক্ষ্মণদা হায়—ৱাহৈগী লাংনা কবিতাবু পুনবা ঙমদে, অথোইবা জ্ঞান অমসুং অথোইবা তত্ত্বনা মাবু ফংবা য়াদবা, অদুগুম্বা মপুং ফাবনা অসিগুম্বা য়োং অসিগী শক্তম লৌদুনা পৃথিবীদা লাকপনি।

হনুমান মাগী মবুঙো য়োং-নিংথৌ সুগ্রীবগী নাক্তা চৎখ্রে অমসুং মঙোন্দা রামগী অৱাংবা শাগৈ, মাগী ত্যাগকী ৱাখল অমসুং হৌজিক হৌজিকমক ওইরিবা অৱাবা ফিবমগী মরীদা তম্লুরে। হনুমানগী ৱা তারগা সুগ্রীব মপুক্লিং নুংঙাইত্রে অমসুং রামগা য়াম্না থুনা উন্ননিংবা ভাব ফোংদোক্লে। মখোয় অনি খোয়দ্রিং খোইদ্রাংবা চীং লম্বী অমদগী মখা পাংনা কুমথরক্লে। লম্বীগী খুনিংথেক অমা হেক লৈশিল্লকপা মক্তদা মখোয়না রামবু লাপ্পা ফম্বা উরে। রামগী শক্তমদু উবদা সুগ্রীব পুক্লিং শুম্মৎতুনা লেপতুনা লৈরে। রামবু মিৎকুপ্তুনা কুইনা য়েংলবা তুংদা মানা হায়—লাইশিংগী মবুঙোনা মীওইবগী শক্তম লৌরদুনা লাক্লবনি অমসুং মীওইবগী শক্লোল অসিনা লাইশিংগী মথক্তা মীওইবনা জয় তৌরে হায়বসি উৎলে।

রামনা সুগ্রীববু মরুপ অমসুং মাগী মতেং পাংবা ওইনা তরাম্না ওক্লে। সুগ্রীবগী ময়াম্বা বালিনা মাগী নূপী মুনবীখ্রে অমসুং মহাকপু ওৎপীরে হায়বসি খঙলবদা মানা বালিবু শোয়দনা হাৎপীগনি হায়না তাকপীরে।

**অনিগী লানফম**

সুগ্রীব অমসুং বালি মচিন-মনাও অনি লাল তৌনরে। মমৈদা বালিগী অকনবা খুৎফু অমনা সুগ্রীব লৈমাইদা তারে। তাঞ্জাসিদা মোংশোং মরুমদগী তেল অমা পাইরক্তুনা বালিগী মথবাক্তা পাল্লে। মহাক্কী মথবাক্তগী ঈনা ৱাৱা চেম্থরক্লে। মদু উবদা সুগ্রীব অৱা-নুংশী য়ান্ননা মমিৎতগী মপি শিন্থরক্লে অমসুং লৈমাইদা ৱাম্থদুনা তাখরে। ঈ য়াম্না থোকখিবা অমসুং তেনগী চৈনাখোলনা বালিসু লৈমাইদা তারে। অকনবা চৈনাখোলনা বালি শাউবনা মৈ হৌরে। মথবাক্তগী চাউরবা

তেনদু শৎলগা ঐনা মসি অনি থোক্লা থুদেক্কনি হায়দুনা হৌগৎলক্লে। মতমদুদা তেনদুদা রামগী মিং ইরম্বা উবদা বালি ঙকখিবনা মিৎকুপ্তুনা য়েংদুনা লৈরে। মসিদি রাম হায়বা অমাঙ-অতা লৈএবা মন্ত্রনি, মরোল অহুম্মকপু মুক্তি পীবা ঙম্বা, অমৃতনি যুগ কয়া কয়াদগী পুনশিল্লক্লবা কর্মফলদগী লাম্থোকপীবা ঙম্বা।

**বালিনা রামদা মরাল শীবা**

রাম মোংশোং মরুমদগী লেঙথোক্লক্লে অমসুং থম্মোই শোক্লিঙাই ওইবা দৃশ্যদু য়েংলে, মদুদা ঈখেঙ শিন্থরবা অশোকপগা লোইননা বালি তুরি, অমসুং মনাও সুগ্রীবনা অৱাবসি য়েংঙমদনা ৱাম্থদুনা তারি। য়াম্না ভক্ত ওইবা, কল্লবা বালিনা রামগী শক্তমদু উরে। মশাগী অশোকপগী চৈনাখোলদগী রামনা মাগী ফজবা গুণ থাদোকখ্রে হায়বসিনা হেন্না ৱারম্মি। রামবু কৌরদুনা হায়রকই—'নংদি অদুগুম্বা শেংলবা আত্মাদুগী মচানি মহাক্লা অচুম্বগীদমক থৱাই থাখিবা, নংদি ফৱবা ভরতকী ময়াম্বনি। নংগী পুন্সীসিমক মমা নিংবা অমসুং থৌজালগী খুদম্নি। কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পবু ফওবদগী কল্লগা মশামক্লা ফওবা তৌরবদি ফওববু ফওবনি হায়রোইদ্রা?' বালিগী রামদা মরাল শীবা ৱা অসি অমুক হেন্না কনখৎলক্লে, মহাক্লা অমুক্তদা করেম্নবা অমসুং অথীবা ৱাহৈশিং শিজিন্নখ্রে, মদু রামগী লৈবাক মচা তাদবা থবক অসিগীদমক মতিকসু চাবনি, মাগী ৱাহৈশিংনা তশেংবা, চক্রী তৌবা অমসুং লৌশিংনা হেন্না মথৌ শংলম্মি। মানা হংঙি 'হিংচাবনা নংগী নূপী হুখ্রগা মরী সুপলৈ লৈনদবা য়োংগী নিংথৌ হাৎলু হায়বসি মনু স্মৃতিদা ইরিব্রা?' নহাক নশানা অথীবা মিংচৎনা নশাবু কুপশিঞ্জরগা, মিংচৎনা অমুক কুপ্নবগী মতিক চাবদু কদায়দা লৈরি? ঈ য়াম্না শিন্থখিবগা লোয়ননা বালিনা মশাবু লাকশিনবা ঙম্বগী পাঙ্গল থুগায়খ্রে, কন্না কন্না ফৈ ফত্তে হায়বা হৌরক্লে, 'অমৃতগুম ফজবা শক্লোল পুরবী সীতা কায়নবনা নহাক ঙাওরদুনা অসিগুম্বা ওন্ন-তৈনবা থবকসি তৌরমাল্লে।' রামগী নিংথৌ শাগৈ পল্লদুনা অমসুং মহাকপু সূর্য্যবংশদা পোকপনি খল্লম্মি, বালিনা হায়রকই—'অতিয়াদা থোক্লিবা থাদা মাইহিং কায় মরম অসিনা নহাক্লা নুমিৎকী শাগৈদসু মাইহিং কাহল্লে, মদু মতম চুপ্পদা লৈরগনি। হে অথৌবা নহাক্লা বালিবু মাঙহনবা নগুে নশাগী সন্মানগী পংখৈদুবু মাঙহঞ্জরবনি, মদু লৈবাক্কী তৌফম থোকপা থবক্কী পন্নুংদা লৈরিবা অমসুং মদুবু কল্লিবা।' বালিগী অশাউবগী পন্দোল লোম্বদু মখাগী শৈরেংসিদা ফোংদোক্লি—

লীরুং তেনগী বিদ্যাসি মরম অসিগীদমক পুথোক্লম্বরা
নংনা তেল কাপ্পদু মাইয়োক্লবা নওবদা
কবিগুম্বা মফমদা থুপলগা
খুৎলাই পায়দবা মীগী থবাক তম!
ইকাই ইকাই নংগী নূপীগীদমক অতোপ্পনা লৌখ্রবী!
ইকাইবী নংগী লংলবা লীরুংগীদমক
নংগী থবক সিনা মকশিলহল্লবা।

**মক্তবা জ্ঞান**

অসুন্না খঙ্গবগী থোইদোকপা মরম লৈ মদুদি মথক্কী শৈরেং সিগী তুংদা লাকপা শৈরেংশিংদা ভাব তাদবা ভক্তশিংনা কম্ব রামায়ণদা বালিনা চপ চাবা মরাল শীরকপসিদগী রামবু কন্ননবা

কোন্না হাপচিনখিবনি। কম্বনগীনি হায়বা চপচাবা প্রমাণ ফংদ্রবা রাম কন্নবা শৈরেংশিং রামবু হায়হল্লিবসি ফজবসু য়াওদে, থাজনিংঙাইসু ওইদে। নোঙ্গাখ্রবা য়াম্না রসিক ওইবা টী, কে, চিদম্বরনাথ মুদালিয়র, মঙোন্দা কাব্যসিবু খঙবগী মতিক মগুণসু লৈবনি, মাগী ফজরবা ব্যাখ্যাশিংনা লাইরিক মচাসি ইরিবা লেখকপু নিংথিনা শুম্লখলি, মহাক্লা শৈরেং শিং অসি শেমজিনবনি হায়না লৌই, অমসুং অসুম্না মাগী মত ফোংদোক্লি— কম্বনগী রামনা মাগী মরাল মপুং ফানা য়াজরমগনি অমসুং মোংশোং মরুমদা থুপ্লগা তেন কাপ্লগীদমক থৌনা ফনা ঙাকপীনবা হায়জরমগনি। মানা তৌখিবা মরাল য়াজনবা তৌখিবা রামগী থৌনাসিনা রামগী মক্ত্রবা গুণগী মরীদা বালিবু থাজহল্লি অমসুং বালিগী মিথয়েংদা য়াম্না ৱাংনা কাখৎলি। বালিনা খঙলে মানা লান্না লৌদুনা সুগ্রীববু ওৎখ্রে। মানা সুগ্রীবদা রামগী মক্ত্রবা গুণবু খঙনবা অমসুং মাগী লমতাকপা অমা ওইনা লৌনবা হায়রম্মি। মানা রামদা সুগ্রীববু চঙজফম পীবিনবসু হায়জরে।

মতম অসিদা বালিগী মচা নূপা অঙ্গদনা চীংগী অঙম্বদগী মমিৎতা মপি শিস্থনা চেষ্টরক্লে অমসুং মাগী শিরমদাই ওইরবা মপাগী মথক্তা তাররে। কবিনা হায়— লৈমায়দা থাজনা তাগুম তাদুনা লৈরিবা বালিগী মথক্তা অতিয়াগী নোংথাংনা তাগুল্লি।

মচানা য়াম্না ৱাবা মতৌসি উবদা বালি থম্মোই পুবা ঙমদ্রে অমসুং হায়রকই অঙাংগী ওইবা অৱাবগী শোর মপীদু থাদোকউ অমদি মসিমসু নং খঙজু অচূম্বা অমসুং অনি শুদ্রবা ঈশ্বরগী শক্তম্না খুৎতা লীরুং তেন পায়না পৃথিবীদা খোঙলেঙবীরক্লবনি মিৎনা উঙম্বা শক্তম লৌ। মানা অমুকসু হায়—'রামদি অমৃতগী মশক্তি, ইপাগী ইবুঙো! মহাক্লা ঐখোয়বু পোকপা শিবগী মশক ওইবা লাইনাদগী লাম্ব্লোকপীগনি। মানা আত্মাগী মমুন ফাবদা ৱাখল তৌবী, খুদিংমক্কী মগুণদুগী মতুং ইন্না সন্মান পীবি। মাগী শেংলবা খুয়া থম্বালবু কোক্তা হাপচরগা নহাক মাঙদা চঙশিনবা ঙমগনি। মতমদুদা রামগী মাইকৈদা য়েংলগা মানা হায়রকই—'অঙ্গ দ হিংচাবগী মশক ওইবা লশিংবু চাকথেক্কদৌরিবা মৈদুনি। ঐনা মহাকপু নংগী ঙাক-শেনবীনবা ওইনা পীববনি।' অঙ্গদ রামগী খোঙদা তুরে অমসুং রামনা মাগী সনাগুম লংলবা থাংশাংদু মঙোন্দা পীবীরে, তাকপীরক্লে 'মসি পায়রো।' রামনা অসুম্না হায়বমক্তদা বালিনা তাইবংপালগী ওইবা হকচাং থাদোকখ্রে অমসুং সংসার ৱাংমগী ওইবা শক্তম অমা লৌখ্রে।

ৱারবী তারাবু থেমজিনবদা অরুবা ওইরে। মাগী অৱাবা ফোংদোক্লবা কম্বননা চেকশিন্না অমসুং লুনা ৱাহৈশিং শিজিন্নখি। তারানা তেংথাবদা বালি অমসুং মহাক অমনা অমগী থম্মোইদা লৈ হায়বা অকাউবসি কোকহন্নবা য়াম্না ফজবা প্রমাণগী মতেং লৌই—

হে লাল পাম্বা স্কন্ধশিংগী মপু,
করিগুম্বা ঐনা নংগী থম্মোইদা লৈরম্লবা
অদু ওইরবদি মদুবু তেননা থিনগায়বদা
ঐগী পুন্সীসু খম্লমগদবনি,
করিগুম্বা নংনা ঐগী থম্মোইদা লৈরম্লবা
মতম সিদা নহাক হিংনা লৈগদবনি।
অওইবমক্তি ঐখোয় কন্নানা কন্নাগী থম্মোইদা লৈতে।

# সুন্দর কাণ্ড

কম্বননা ফজরবা সর্গসি সীতা থিবনা হৌই। মাইকৈ মরিদা থিনবা য়োংয়াম থায়। হনুমাননা সমুদ্র লাল্লি অমসুং সন্ধ্যা মতমদা লঙ্কাদা য়ৌই। লঙ্কা নগরগী দৃশ্য অঙকপা ফংনা ফজরম্মি অমসুং হনুমাননা মফমদুগী দলালশিংগী ফজবা উবদা ঙক্লেম্মি।

মখোয় অসি নুংশা মঙালনা শাবরা
অমসুং নোংথাংতনা থনবরা,
নৎএগা মহী চেনবা সনানা শাবরা
অমসুং মণি-মুক্তানা থামবরা,
মসি করিনা শাবগে হায়ঙমদে
য়ুম্বীশিংনা লৈচিল মপৈবু খায়দোক্লি
নোংদোন থক্কী থাজগা থেঙ্গাইনরি।

### সতী ওইবীগী থাউমৈ

হনুমাননা সীতাবু থিবদা দলাল অমদগী অমদা চৎলম্মি। থোঙনাউ অমসুং থোঙগী অহোবদা য়েংলম্মি অদুবু করিগুম্বদসু সীতা উবা ফংদ্রে। নিংবা কায়রদুনা শহরগী মপান্দা অশোক বনদা চৎলে, উ পাম্বী অমগী মথক্তা কাখৎতুনা ফম্লে। উপাল অদুদগী খরা লাপ্পা তরু তরু শেংদোক্লবা মফম অমা লৈরম্মি মদুদা সীতা ফম্লম্মি অমসুং মখল মখলগী নিঙবা কায়রবা ৱাখলনা মওল মওল খল্লম্মি। করিগুম্বা শংবানবা পোৎ, অমুবা লৈচিল, নৎএগা নূপী মচাশিংগী মিৎপালদা তৈবা কাজল পূন্নমকসিনা মাবু ৱাহল্লম্মি মরমদি অসিগুম্বা পোৎশিংসিনা মঙোন্দা রামবু নিংশিংহল্লম্মি। রামগী মাইকৈ য়েংদুনা মানা মাইকৈ মরীমক্তা য়েংলম্মি, আশাগা লোইননা মিৎতু কোইরৈ লৈদুনা। আশাগী মহুৎতা নিংবা কায়বনা লৌরম্মি, মরমদি রাবণনা মাবু হূদুনা পুরকপসি রামনা খঙলমগদ্রা মসি খনবদা। মানা মপুক্লিংদা রামগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণশিংদু অমদি মাগা লোইনবদা মানা খঙজবশিং নিংশিংলম্মি। গঙ্গাগী ঈচেলদা হি হোনবা লাইরবা নিষাদদা মানা হায়খি ঐগী ইনাওদি নংগীসু ননাওনি, ঐদি নংগী মকপ্নি, নূপীসে নংগী নতৈমানি। অসিগুম্বা কনবী হৈবা মরুপকী মতৌ নিংশিংলুরগা সীতা অৱাবনা খাঙঙমদে।

অসুম্না সীতানা য়ুম নিংশিংবদা নিংবা কায়রবা পুক্লিংগী ফিবমদা লৈবসি হনুমাননা উরে।

হনুমাননা সীতাবু য়াম্না ৱারবা ফিবমসিদা লৈবসি উবদা সীতাগী লেঙদ্রবা সতী ওইবীগী ৱাখল, নিংথিবা শাজৎ অমদি অৱাংবা শাগৈদা পোকপা পূন্নমকসি খল্লুবদা পুক্লিং শুমহৎলম্মি। নুংঙাইবগী মতমদা রামনা সীতাগী ফজবা উখি। অদুবু মাগী সতী ওইবা মতৌবু ঙাক্লনবা অকন্নবা তপস্যা তৌরিবী ৱারবী সীতা মহৌশাদগী শরুক লিশিং হেন্না ফজখ্রে। হনুমাননা খল্লি অসিগুম্বা সীতাগী চীং লেম্নবা শক্তমসি রামনা উদ্রে।

মতমসিদা রাবণ সীতাগী মাঙদা লাকই, মসি উবদা ইপা পাখৎপগা লোইননা হনুমান কোক ঙাওই। রাবণনা সীতাদগী খরা লাপ্তক্লা নোল্লুক্লা হঙ্গোইনা লেপ্পি। মহাক মৈনাক্তা চঙবা কি হায়বসি হনুমাননা খঙলে।

রাবণগী অনিঙবা ৱাখল চেৎলি, পূক্লিং লৈতায়, অদুবু সীতাগী মাঙদদি মাগী অচেৎপা থৌনানা করিসু তৌবা ঙমদে। মানা সীতাদা হায়—

মরোল অহুম্মক্কী মীশিংনা
ঐগী মাঙদা মকোক নোল্লি,
ঐনা নংগী নখোঙদা কোক নোল্লি
নংগী ননাইগী মতৌগুম।
পুকচেল চাউথোকপীয়ু ঐবু য়াবীয়ু।

ৱাহৈশিংসি তাবদা সীতা শাউবনা মমিৎতা ঈ কারকই, রাবণগী মাইকৈদা য়েংলুদনা অশাউবনা থল্লবা ৱাসি হায়রকই—

সনজীং চীংজাউবু থুগায়বা,
অতিয়াবু মচেৎ মচেৎ খায়দোকপা,
মরোল তরামরিসু মাঙহনবা,
মসি পূম্বা ঐগী ইবুঙোগী তেন্না তৌবা ঙম্মি।
হে লাইরিক হৈবা অপঙবা!
নকোক তরাদু কক্তুনা কেলহল্লগেরা
হৌনদবা ৱাশিংদু হায়দুনা?
নংগী নকোক তরা মশীং য়াম্লবা লেংজুম
পুক্লিংনা পাম্বা পান্দমফম ওইগনি
ঐগী হৈ-শিংলবা লীরুং পায়বগী তেন্দমফম
নুংঙাইরবা লালগী মশান্নদা।
বরদান পূম্বা অমসুং অশাংবা পুক্ষী
নংনা তানশিঞ্জরকপা লাইনিং পরৈ চেৎনা,
মদু পূম্বনা নংবু যমদগীদি কনবা য়াই
অদুবু ঐগী অকনবগী তেন্দগীদি ওইথোক্লোই।

বাবণনা ৱাহৈশিংসি তাবদা মাগী অশাউবগী শাফূনা অপাম্বগী ইথিনদগী হেনখ্রে। অশাউকনা ঙাওদুনা মহাক অশোক বন থাদোক্লল্লগা মাগী কোনুংদা চৎখ্রে। হনুমাননা উ পাম্বীগী ঋাইদগী বাংবা মশা অমদা ফল্লগা পুক্লিং তুজুংনিংঙাই ওইরবা দৃশ্যসি য়ৌংলম্মি অমসুং সতী ওইবীগী থাউমৈ মৈরী হৌজিকসু তৎতনা চাক্লি খনবদা মহাক নুংঙাইরম্মি।

হৌজিক অহিং নোংয়াই মতম য়ৌরে অমসুং মতমসি সীতাগা উন্ননবা তাঞ্জানি হায়না খল্লে। মানা উথক্তগী কুমথরক্লবদা সীতাগী মাইকৈ মরিদা হিংচাবীশিংনা কোয়শিন্দুনা লৈ হায়বা উরে। মখোয় অসুক য়াম্না চেকশিল্লম্মি অমসুং মিৎ-নাকোং শিংলম্মি মদুদি চেকশিনবগী লাইরেম্বী ফাউবা চেকশিলহল্লম্মি। হনুমাননা মাগী জাদুগী শক্তিনা মখোয় পূম্বা তুমথহল্লে। অমুক্তসু তুমদবী হিংচাবীশিংদুনা তুমথখিবদা সীতানা মথন্নত লৈবগুম খল্লক্লে অমসুং অকিবা অৱাবনা মাবু নম্মাৎখ্রে। রামনা মাবু থিরক্কনি অমসুং কনবা ঙমগনি হায়বসিদা চিংনবা পোক্লে। নৎএগা করিগুম্বা রামনা মাবু থাদোক্লগে লেপ্লব্রা? চপ য়ুংনা লেপ্লে। অসিগুম্বা ফিবমসিদা মহাক মালতী উরীনা কোইশিল্লবা কুঞ্জ অমদা চঙখ্রে। মতমসিদা হনুমাননা মহাক কবি তৌবা পাল্লিবনো হায়বা খঙলে, মাগী মনাক

তান্না চেনশিনখ্রে অমসুং মহাক রামগী দূতনি হায়না মশক তাক্লে। থাজদবতনা থল্লবী সীতাদা হনুমাননা রাম অমসুং সীতাদনা খঙগদৌবা ৱাফম হায়দুনা থাজহল্লে। অসিগুম্বা ৱাশিং অসিনা সীতানা মাগী মফমদা রামগী অফবা অমসুং অথোৎপা ৱাখলশিংদু শেংনা খঙলে, হনুমাননা রামগী মিংহ কপা খুদোপসু পীরে অমসুং হায়রে 'রামনা মসি ঐঙোন্দা চেকশিন্না পুনবা অমসুং নঙোন্দা পীনবা হায়রকই।

খুদোপ উবগা সীতাগী পুক্নিংদা ৱাখলগী ঈথক হৌরক্লে। মদু মনম নম্লগা থম্মোইদা চেৎনা কোনখ্রে। 'হে অফবা নংনা ঐঙোন্দা অনৌবা পুন্সী পীরে' অসুন্না সীতানা হায়রকই। করিগুম্বা ঐগী পুক্নিংনা মক্রুবদি মহাক মতম চূপ্লদা হিংদুনা লৈরগনি। নংগী পাঙ্গল পূম্বগা লোয়ননা মরোল তরামরিবু মাঙহনবা ঙম্বা প্রলয়দগী নশাবু কঞ্জবা ঙমগনি অমসুং যুগ খুদিংবু নোংমত গী মতৌগুম মতম চূপ্লদা হিংদুনা লৈরগনি।' অসুক পীকপা জীবনা মতৌ করম্না সমুদ্র লাল্লক্লিবনো হায়বসি খনবদা সীতা ঙক্লেম্মি। মসিগী পাউখুম ওইনা হনুমাননা মাগী বিশ্বরূপ (জগৎপূম্বগী ওইবা শক্তম) পুথোক্লে। মিৎকুপ অমগী মনুংদা খংৱাং ৱাংখৎখ্রে, মাগী মরেংজুম অদু অসুম অসুম ফন্দোকখ্রে, মহাক অতিয়া পক্লা ৱাংখৎখ্রে, অতিয়াগা থেঙ্গায়নদুনা মকোকতু কোন্থুরক্লে। মানা উহল্লিবা অঙকপা শক্তমসিনা সীতাগী চিংনবা কোকলে অমসুং মহাকপু নিংথিনা ঙাক-শেন্না লৈননবা ৱাখল ফোংদোক্লে। সীতাগী য়াথং মতুং ইন্না হনুমাননা মাগী হান্নগী শকফমদা হন্জিল্লে। সীতানা হনুমানদা থাগৎতুনা হায়—'মসি নুংগী থৌনাবু করেন্নবা ওইরোইদ্রা, য়েক্লবা লঙ্কাসে সমুদ্র তরেৎকী বাংমদা লৈবা নওে মদুদা নংগী নপাঙ্গল ফুদোকপা ঙম্বা।' অসিগী তুংদা য়াম্না নিংথিনা ৱারী শানৈ, মদুদা সীতাগী পুক্নিংগী মথং মথং ওল্লক্লিবা ৱাখল কম্বননা ফজনা য়েক্লি। অরোইবদা মানা হনুমানদা হায়রকই—'ঐগী ইবুঙোদা হায়বীয়ু ঐনা থা অমগী মতম ঙাইগনি, মদু ফাওবদা মহাক্লা ঐবু কল্লবা ঙমদ্রবদি গঙ্গা মপান্দা ঐহাকপু পোৎলোইবগী থৌরম পাঙথোকপীয়ু।' অদুগা মসিমসু নিংশিংহল্লু সীতানা মখা তানা হায়রকই—লুহোংবা মতমগী ৱাশক 'ঐনা পুন্সীদা পুক্নিংনা ফাওবা অতোপ্পা নূপী অমা শোক্লোই হায়বা মসিমসু নিংশিংউ।' সীতাবু অমুক হন্না থেমজিনবা ৱাহৈ হায়রগা হনুমাননা মঙোন্দগী বিদায় নিরে। তাঞ্জাসিদা সীতানা মাগী কোক্কী মণি হনুমানদা পী, মদু য়াম্না নিংথিনা রামগী নাক য়ৌনা পুদুনা চৎনবনি। সীতাগী আশীর্বাদ ফংলদুনা হনুমান অশোক বনদগী মপান্দা থোরক্লে, লঙ্কা মৈ থারে, সমুদ্র লাল্লগা রামগী নাক্তা অমুক চৎখ্রে।

**হনুমান হল্লকপা**

হৌজিক্তি কবিনা মৈঙাল অসি রামগী মাইকৈ রোমদা অমুক পুশিল্লি। সীতা থিনবগীদমক য়োংগী কাঙলুপশিং থাখ্রগা সুগ্রীব রামগী নাক্তা লৈরম্মি, মানা আশা পীরম্মি। মহাক্লা নিংবা কায়না চিংনবা ফোংদোক্লকপা মতমদু মক্তন্দা খা থংবা মাইকৈরোমদা মঙাল অমা উরক্লম্মি। খারোমদগী নুমিৎ থোক্লকপগুম হনুমান উবা ফংলক্লে। লাকপগা মানা রামগী খুয়াদা খুরুমখিদে, সীতাগী মাইকৈরোমদা মাই ওনশিল্লগা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমখি, সীতাবু লৈশি লৈথোনখি। 'ঐনা উরক্লে।' মানা লাউথোকই 'ঐগী ইমিৎ মক্লা সমুদ্রনা চামথোক্লবা লঙ্কা দ্বীপতা। হে জগৎকী মপু! নুশাগী চিংনবা অমসুং অৱাবা লাপথোকহনখ্রো।'

সীতাগী মপুবোইবা নিংবগী মরীদা হনুমাননা তৌখিবা ফজবা শৈথারোল তাবদা রামগী পুক্নিংদা অরাংবা ৱাখলনা থল্লকই। হৌজিক্তি সীতাবু কনবা নওনা মাগী মাঙদা অ... অমতা লৈরমদে।

# যুদ্ধ কাণ্ড

হৌজিক্তি যুদ্ধ কাণ্ড হৌরে লঙ্কাগী দৃশ্য অমনা। হনুমাননা মৈ থারম্বনা লঙ্কা উৎ ওনখ্রবনি অদুবু রাবণনা অমুক শাগৎনবা য়াথং পীরে। জগৎপু শেম্লিবা ব্রহ্মা মক্লা শাগদৌবা মওং শেম্লে অমসুং লাইশিংগী য়ুম-কৈ শাবা ময় মক্লা দানব লঙ্কা নগর অমুক হন্না শারে। য়োং অমনা মাগী নগর অসিবু পুম্নাং মাঙহল্লম্বা মিংচৎ মাঙলবা রাবণনা নগরগী মাইকৈ মরিদা কোইচৎ চৎতুনা য়েংলে, হান্নগী মৈ চাকখিবদুদগী নৌনা অমুক শাবসিনা হেন্না ফজরে হায়না হরাউরে অমসুং অশাউবা কোকখ্রে। অনৌবা দরবার শংদা মানা লালগী মীফম কৌরে।

**লালগী সমিতি**

য়োং অমগী চোং-ফমবনা নিংথৌগী ওইবা সন্মান মাঙখিবগী মরীদা রাবণনা সিংহাসনদা ফম্না ফম্না হায়রক্লবদা সভা পুম্বা তুমিন্না লৈখ্রে। সেনাপতি অমগী মথংদা অমা হৌগৎলকই অমসুং রাবণদা য়েক্লবা মাঙহন্নবা লান্দানবা য়াথং পীবিনবা হায়জরম্মি। মতম অসিদা রাবণগী মনাও কুম্ভকর্ণ লেপখৎলদুনা রাবণনা সীতাবু হুরুদুনা অরানবা তৌরুরে হায়রম্মি। বাল্মীকিগী কুম্ভকর্ণদি সীতাবু লুখ্রা ওইহল্লগা রাবণগা লোইননা লুহোংবা অরায়বা ওইগনি হায়, অমরোমদা কম্বনগী কুম্ভকর্ণদি অফ-ফও ৱাখল লৈ অদুমকপু ময়ামববু নুংশিবনা মরম ওইদুনা অরানবা তৌরুরবা ময়াম্বগীদমক মথরাই থানবা শেম শাই।

রাবণগী ৱাইদগী তোনবা মনাওদি তোপ তোপ্পা মওংগীনি। মহাক মচিন মনাও অহুমগী মনুংদা খাইদগী শিংবদা নওে তৌইগুম্বসুং অফবা গুণনা করিগুম্বদসু লুকথদ্রবা অকনবনি। মহাক অসিগুম্বা মীওইনি অফবা গুণগী মাইকৈদা জাতি, ইমুং-মনুং অমসুং নাপলগী অপুনবসু থদৎপা ঙম্লম্মি। মহাক হৌগৎলক্লে অমসুং রাবণদা অকনবা ৱা হায়রম্মি। নগর অমসুং নশাগী মিংচৎ জগৎকী মমাগী সতীগী ওইবা গুণনা চাকথেকখ্রে। নংনা মসি য়োং অমনা চাকহনবনি হায়গনু। মানা রাবণদা সীতাবু অমুক হন্না থিনখিনবা হায়রম্মি। মাগী ৱাসি তাবদা রাবণ শাউরে অমসুং ফাক ফাক নোক্লকই। অকনবা ৱাঙাংনা বিভীষণসু চৈহৎলে, অদুবু অচুম্বদা মরা চেৎনা তাখ্রবা বিভীষণনা মমাংঙৈগী হিরণ্যগী ৱারী লীবা হৌরক্লে, মহাক অদু রামনা নরসিংহ ওইনা অবতার তৌবা মতমদা হাৎখিবনি। বিভীষণগী ৱাখল চঙবা ৱাশিং অসি তারবদা রাবণনা বিভীষণবু রামগা তিন্নবা মীনি হায়না লেপ্লে অমসুং মাবু থুনমক লঙ্কাদগী তাম্থোক্লে। মসিসু হায়রম্মি মদুদি মহাক মিৎকুপ অমতং ফাওবা লঙ্কাদা লৈরবদি হাৎকনি হায়না। নিংবা কায়রবা বিভীষণনা লঙ্কা থাদোক্লে, রাবণদা মসিসু হায়রম্মি 'য়াম্বুং মহারাজ! ঐনা নংগী ফননবা হায়বনি অদুবু ঐগী ৱাদু তাবীদ্রে, ঐগী ইরালগীদমক ঐবু ঙাকপীয়ু।

**বিভীষণগী কংথোকপা**

মপুকচেল চাউবা হিংচাবা মরিগা লোইননা বিভীষণনা সমুদ্র লাল্লক্লে অমসুং রামগী য়োং তেঙ্গোল লৈরিবা লাম্বল অদুদা লাক্লে। য়োং খরনদি হিংচাবশিংগী অরোনবা দূত খরা মখোয়গী মরক্তা লাক্লে খল্লম্মি। রামনা মরুপশিংগা ৱা তানরে। হনুমান নওনা অতৈ পুম্নমক্লা মাগী কাঙলুপ থাদোরক্লবা বিভীষণবু যারমদে। হনুমাননা বিভীষণগী অচুম্বা ৱাখল, থৌজাল য়াম্না

লৈবা অমসুং মশাগী অফবা গুণশিংগীদমক থাগৎলম্মি। সুগ্রীব অমসুং চিংনগল্লবা য়োংশিংদা রামনা হায়রম্মি 'হনুমানগী ৱাঙাং, মাগী অখন্নবা ৱাহৈ অমসুং ময়েক শেংবা অসি অঙকপনি ঐখোয় জয় ওইবা য়াই নৎএগা মাইথিবা, শিব নৎএগা হিংবা, ঐখোয়দা চংজরক্লবশিংবুদি তরাম্না ওকফম থোকই। অৱাবদা চংজরকপা মীবু ঐনা তরাম্না ওক্লবা মতমদুদা ঐগী শিবগী মতম ওইগনি, চংজরকপা মীগী লৌনম ওইবা থাক্তা ঐ শিন্নবসু মতমদুদা ঐ অমর ওইরগনি। রামনা হায়দোরকপা কৎথোকপগী অরাংবা ৱাখল অসিবু ময়েক শেংহন্নবগী তাঞ্জা কম্বননা লেপ্পা খক থাদোক্তে, মদুগী মতুং ইন্না ভগবাননা মাগী ঙমখৈ নাইদ্রবা থৌজালনা নমহৎতুনা কৎথোক্লিবশিংগী পাপশিংবু মপুং ফানা চামথোকপী অমসুং মাগী নুংঙাইবা মশক্তা লুপশিলহল্লি।

রামগী য়াথং মতুং ইন্না সুগ্রীবনা বিভীষণবু লৌশিল্লি। মখোয় অনিগী অশেংবা থম্মোই অমনা অমবু উবা মক্তদা অমগা অমগা তিনশিন্নখি, অমসুং কুচু ভৌবা সুগ্রীব অমসুং অমুবা বিভীষণ অনি কোন্নরবদা কবিনা মাগী থৌনা অমসুং কৃপ্পা য়েংশিনবা হৈবনা হায়রকই— নুংথিলগা অহিংগা অমত ওইনা তিন্নবগুম।

থোইদোক্লা ভক্তিনা তিল্লবা বিভীষণনা রামগী নাক্তা চৎলি অমসুং রামবু উবমক্তদা মাগী নিংথিবা শক্তমদা পুক্লিং শুম্মখি। হৌজিক ফাওবদি বিভীষণনা অফবা গুণগী উঙমদবা মশক্তা পুক্লিং হাপচরম্বনি অদুবু হৌজিক্তি রামবু উরবদা পুক্লিংদা খল্লি অফবা গুণ হায়বসিগী শক্তমবু শংবানব্রা? রামনা বিভীষণগী ঙমখৈ নাইদবা ভক্তিগী পম্থদনা পাউখুম পী অমসুং মাবু মনাওনি হায়না য়াখি। মানা হায়—'গুহগা লোইননা ঐখোয় ইচিন-ইনাও মঙা শুখ্রবনি তুংদা সুগ্রীবগা লোইননা তরুকা। ঐগী নুংশিরবা মরুপ হৌজিক্তি নংগা থানা ঐখোয় ইচিন-ইনাও তবেৎ শুরে। ঐঙোন্দা মমল নাইদ্রবা বন পীনবীরম্বনা নখোয়গী নপাবুং দশরথ চায়াম পোকপা হায়বদু ওইবে। অসিগুম্বা পীবকপদা লৌশিলহৈবা অসিদা য়োং লান্মী পুম্বা য়াম্না হরাউনরে।

খুৎহৈবা নলদা সমুদ্রগী মথক্তা থোং শাননবা থবক শিন্নরে। সুগ্রীবগী য়াথংনা য়োং-লান্মীশিংনা মাইকৈ পুম্বদা চৎলে অমসুং মাইল কয়া লাপ্পা মফমদগী চীংদুম, নুংপাক অমসুং নূং পুরক্লে।

ভাবতকা লঙ্কাগা শম্নবা থোং শারে অমসুং রামনা মাগী লান্মীগা লোইননা থোং অসি লান্দুনা লঙ্কাদা থুংলে। রামনা অরোইবা ওইনা অঙ্গদবু রাবণগী মনাক্তা থারে! মহাক হল্লক্লগা রামদা হায়ররে—'মহাক্লা লুহুপ উপ্পা কোক কক্তুনা লৈমাইদা তাদ্রিবা ফাওবা সীতাদা লৈবা মাগী অপাম্বদু থাদোক্লোই হায়রি।'

**লাল হৌবা**

তঙাইফদ্রবা লাল হৌবে। হিংচাবশিংগী কাঙলুপ লানফমদা পুনশিল্লক্লে, লোইননা য়োংগী লান্মীশিংসু। অমগা অমগা ফুজিন্নবা থৌরাং তৌরে, মতমদুদা রাবণ মাঙদা লাক্লে। রাবণগী দোলাইগী মাইকৈ মরিদা চাউব চাউরবা হিংচাবশিং লৈবম্মি, মখোযদু অরং অরংবা খুৎশু-খুৎলাই পায়রম্মি অমসুং হৌনা হৌনা লালগী লাল্লাউ লাউবম্মি।

রাবণ মশামক মাইয়োক্লবা লানফমদা লাক্লবদা রাম হরাউরে অমসুং মাগা মাঈগ-মাঈগা ওনশিন্নবগী তাঞ্জা ফংলে খনবদা সীতা কায়নবনা ময়েং তাকববা মগী লেংপাক হৌজিক্তি নোয়খৎলক্লে।

লাল হৌরে। রাবণনা মাগী দোলাই থক্তা তোংলগা লান থেংনৈ অদুগা রামনা হনুমানগী লেংজুমদা তোংলগা। রাবণগী তেনশিংদু রামগী তেন্না মতেক মতেক থুদেকই। রামগী অকিবা ফংলবা তেনগী চৈনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা হিংচাবশিংগী লাম্মী মাইকৈ মরীদা শমজী খায়না চেন্নরে। রাবণবু মথন্নত মাগী দোলাই মথক্তা থনম্লে। রামনা অৰূম্বা থাঙ মানবা তেন কাপশিল্লক্লুনা রাবণগী দোলাই মচেৎ মচেৎ তানা থুগায়রে। অহাঙবা লৈমাইদা লেপতুনা রাবণ থৌনা ফনা লাল থেংনদুনা লৈরে। তেন অমনা মাগী লীরুং ককথৎখ্রে, অমনা মাগী থাঙশাং। অষ্টমশুবা তেন্না রাবণগী লুহুপ মখাদা তাহনখ্রে। মতমসি রাবণগী পুক্সীদা ৰাইদগী হেন্না ইকাইনিঙাই ওইবা তাঞ্জানি। মহাক মকোক লুকথদুনা মমিৎনা লৈমাইদা য়েংদুনা খোঙবীনা লৈমাইদা তক্লুনা মহাক্কী হাঙলবা খুৎনা মথৰাই পান্দবা খোংনাং পাম্বীগী মরানা লৈমাইদা মপাঙ্গল য়াওদনা য়াম্বদুনা লৈবগুম লৈখ্রে।

রামনা রাবণগী খুদোংচাবা লৌদে। থৌজানবীদুনা মপুকচেল চাউনা রাবণগী মথৰায় কনবী। মথংগী নুমিৎতা অমুক লালগীদমক লাক্লবা হায়। রাবণ লঙ্কাদা হঞ্জিল্লকই অমসুং ফমুংদা তাদুনা মাগী খুদোং থীরবা ফিবম অদুগী মবীদা ৰাখল তৌই। মহাক মাগী য়েক্লবনা নোক্কনি হায়বগী থোইনা থৌশাদে তৌইগুম্বসুং মানা মাইথিবদা চিনবান তঙাং তঙাংবী সীতানা নোক্লখিগনি হায়বা ৰাখলদা ইকাইবনা মমাই মকশিল্লম্মি।

রাবণনা কুম্ভকর্ণবু কৌরগা মাগী মাইথিরকপগী মরীদা তম্মি অমসুং মহাক লানফমদা চৎলগা য়েক্লবশিং মাঙহন্নবা মাগী অপাম্বদু ফোংদোকই। কুম্ভকর্ণনা সীতাবু থিন্দোকখিনবা অমসুং রামদা মশামকপু মাইথিরে য়াজরুনবা হায়রম্মি। মসিদা রাবণ শাউনা হৌগৎলকই অমসুং দোলাইগী কাঙলুপ কৌরক্লবা য়াথং পী মদুদগী মশামক চৎলগা লানফমদা অরোইবা মতম ফাওবা লাল থেংনবা ঙম্নবা। মসি উবদা কুম্ভকর্ণ মাগী মখুৎ য়েৎতা মাগী চাউরবা ত্রিশূল পায়খৎলি অমসুং হায়রকই—'ৰাহে অমনা ঐগী হায়গদৌবা ৰা লোইগনি লাইবক্তা ঐবু ঙকশম পায়না মাঙলোমদা ইনশিল্লে, ঐ শিরগনি অমসুং ঐনা শিরবদি ঐগী ইবুঙো মতমদুদা সীতাবু অমুক হন্না থিনবীরু। মসিনা জয় হায়বদু ওইগনি।' মাগী বিদায় অসি য়াম্না অৰাবনা থনবনি। মানা হায়—'ঐগী ইনিংথৌ ঐবু ঐগী পাপকীদমক ঙাকপীয়ু। নংগী মাইথোং অমুক হন্না উবা হায়বসি ঐগী লাইবক্তা তমদ্রবনি। বিদায়।'

## নিংজবা ৰাখলগী চিংখায়নবা

ৰারী লীবদা মপা লৈতনা হৈরবা কম্বননা ঐখোয়বু রামগী লালগী লাম্বন লোমদা পুদুনা চৎলি অমসুং রামগী মিৎয়েংনা পাম্বে ওইদুনা বিভীষণগী লমচৎ-শাজৎ অমসুং থবক উহল্লি।

কুম্ভকর্ণগী দোলাই লানফমদা য়ৌরক্লবদা রামনা বিভীষণদা হংই—'মাগী মাইথোংদি নংগী নয়াম্বুংদগীসু হেন্না ফজৈ। মহাক অসি কনানো?' রামনা করিস্ চিংনদনা মাগী য়েক্লবদুগী মগুণবু অদুম থাগৎলে। মানা মখা তানা হায়রকই মিৎনা মাগী লেংজুম অমদগী অমা য়ৌনা য়েংবদা নুমিৎ কযানি মরুম চঙগদবা অমসুং মরক্তা হুকচাং! মসিবু মখোঙ পানবা চীংলা? মহাকসি লালগীদমক তহা তহাবা মীদি মান্দে, মহাক অসি কনানো? বিভীষণনা রামদা কুম্ভকর্ণগী অফবা ৰাগী মরীদা হায়, কুম্ভকর্ণনা সীতা হুরুবগীদমক রাবণ-ু চৈহৎখি। মানা মসিস্ হায়খি কুম্ভকর্ণনা বাবণ অমসুং বিভীষণ অনিবু চপ মান্নৰা নুংশি। রামনা ৰাসি তারগা নুংঙাই, বিভীষণদা

কুম্ভকর্ণগী নাক্ত চৎলগা ঐখোয়গী মীচংদা য়াওবীয়ু হায়বা য়াহন্নবা হায়। হায়রিবসিগী মতুং ইন্না বিভীষণ কুম্ভকর্ণগী নাক্তা চৎলগা মাবু খুরুম্মি। কুম্ভকর্ণনা মাবু কোনবী অমসুং হায়রকই— নংনো রামগী মাইকৈদা য়াওদুনা ঐগী ইনাও অমদি পুম্মাঙ মাঙবদগী কলহৌরবনি হায়না ঐনা হরাওজরম্বনি। হায়য়ু নংনো করিগী ঐগী আশা থুগায়রিবা অমসুং মকোক ঙাওরবা মী অমগী মতৌগুম ঐখোয়গী মীচঙদা অমুক হল্লক্লিবা। নংগী অচৌবা লাইনিং পরে চেৎপনা অচুম্বগী ৱাখল, অফবা গুণগী লৌশিং অমসুং মাঙনাইদ্রবা পুন্সী ফংজরবনি। অমুকসু নিংবা কায়রবা থম্মোই, নংনো হিংচাবা জাতিগী অতোনবা ৱাখলদগী নশাবু কঞ্জবা ঙমদ্রবা? কুম্ভকর্ণনা ৱাফম অসি বিভীষণনা রামদা নমথাক তৌরে অমসুং রাবণগী মীচংদা অমুক হল্লক্লে হায়বা ওন্ন তৈনবা ৱাখল অসিগী মতুং ইন্না হায়রুবনি। মানা মখা তানা হায়রকই পুন্নমক্কী মপূনা মফম অদুদা লেপ্লি মখুৎতা লালগী লীরুং পায়রদুনা, ময়াম্না মাগী তুংদা লেপ্লি ;অশিবা অমসুং লাইবক্লা ঐখোয়বু হাৎনবগীদমক চপ য়ুংনো লেপখ্রে ;নংনো রামবু করিগী থাদোক্লম্লিবা অমসুং হান্ননা মাইথিগ্রবশিং অদুগী মাইকৈদা করিগী অমুক লাক্লিবা? বিভীষণনা পাউখুম পীরকই— 'লাইশিংগী মপূনা প্রেমগা লোইননা করিগুম্বা অমা নঙোন্দা হায়জনবা থারকপনি। হে ইয়াম্বা নহাক্লা করিগুম্বদসু অফবা গুণগী মাইয়োক্তা লৈখিদে মরম অসিনা নহাক ঐগা লোইননা লাকও অমসুং রামগা তিন্নররো।' মসি হায়রদুনা বিভীষণ কুম্ভকর্ণগী মখোঙদা তুখ্রে অমসুং মাগী মীচং ওম্থোক্লনবা হায়জরে।

কুম্ভকর্ণনা খঙঙি বিভীষণগা য়েংনবদা মাগী পুন্সী অনেম্বা থাক্ত লৈরে হায়বা অদুবু ফিবমসিদা রাবণবু থাদোকপদা মহাক পাঙদবা কিগনবা তাগনি। রাবণগী অফবা গুণগী মরমদা খল্লুরগসু মহাক থাগৎতনা লৈবা ঙম্লমদে। মাগী অফবা গুণশিং নিংশিংলগা মানা হায়—

মহাক অকনবা অমনি, চাংদম্নিঙাই লৈতবা, লাম্বা লৈতবা
মাগী চাউরবা লেংজুম্না শিবগী চীংজাও থাঙ্গৎপা।
মসিবু হৌনব্রনে অদুগুম্বা লেংজুম্না
মাইথীনা পুল্লবদা যমগী থৌরীনা,
মহাক্লা যমগী লৈবাক চৎপদা
মথন্নতা থৌগল কনা য়াওদনা?

কুম্ভকর্ণ নিংজবা ৱাখলগী চিংখায়নবসিনা অনি থোক্লা তারে। হৌজিক্তি মহাক বিভীষণগী য়াইফ-ৱাখলদা পুক্লিং চঙঙি। মহাক্লা রাবণবু নুংশিজবগুম চপ মান্ননা নুংশিবনি। মানা মঙোন্দা হায়—'মফমসিদা মিৎকুপ অমফাও পম্থরনু, হন্না চৎলো বামগা মরুপ শান্নৌ। ওইরিবা পুম্বসে লাইবক্লা মতম চানা লেপ্পমক তৌরক্লগনি। মাঙঙু হায়না তম্লক্লবদুদি ফনা চেকশিন্না ঙাক-শেন্দুনসু অরোঈবদা অদুম মাঙগনি। নঙোন্দগী হেন্না পুক্লিং শেংবা অমসুং জ্ঞান লৈবা কনা লৈরিবগে? করিসু নিংঙমদবা তৌদনা হল্লো। ঐখোয়বু নুংশিবা তৌরুরনু, হে শিনাইদ্রবা বিভীষণ।' অসি হায়দুনা মহাক্লা মপাম্বোম্না থম্মোইদা চেজেৎ কোনসিনবীরে। মহাক চপ য়ুংনো লেপতুনা অদুম লৈরে, নুংশামপী ফৃঙ্গৈহোন্ননা কুইন. মাবু য়েংদুনা লৈরে অমসুং হায়রকই— 'ঙসিদি ইচিন-ইনাও ওইবগী নুংশি-মরী তৎলবনি। ৱাহৈশিংসি তাবদা বিভীষণ কুম্ভকর্ণগী খোঙদা তুথখি, মাগী মশাগা লোইননা থরাইসু তাশিল্লকপগুম তৌখি। মখা তানা অমুক হায়নরুবনা থোইনা কান্নবরোই খন্না, মহাক হৌগৎলে, অমসুং চৎপা হৌরে, মাগী অকোয়বদা

লেপলীবা হিংচাবশিংনা খুৎলোন্নবা খুরুম্মি। চৎনা চৎনা ঐখোয়না মসিমসু খণ্ডসি, বাল্মীকি রামায়ণদদি মচিন-মনাও অনিসি করিগুম্বদা মায়য়োক্লদে, অসুন্না অনি মায়য়োক্লবসি কম্বনগী বুদ্ধিগী হৈ-শিংবনা থোকহনবনি।

বিভীষণ রামগী লাম্বনদা হল্লক্লগা কুম্ভকর্ণগা শানখিবা ৱারী পুম্বা তম্মি। রামনা তঙাইফদবদুদি অদুম য়াখি। কুম্ভকর্ণগা লাল থেংননবা লক্ষ্মণদা য়াথং পী।

## কুম্ভকর্ণগী অরোইবা অনিংবা

ফাওরবা অকনবা অনিগী মাইয়োক্লবা লানফমসি য়েংননবা মী লিশিং কয়া পুনশিনখ্রে। কুম্ভকর্ণগী মাঙদা লাম্থেংনবগী পান্দম করিসু লৈরমদে মাগী পান্দমদি সুগ্রীবগী লাল থেংনবা অমসুং শিব অসিতনি। অদুবু লক্ষ্মণদি অচৌবা পান্দম অমনা ইনশিল্লম্মি অমসুং মানা থৌনাগা লোইননা লাল থেংনরম্মি। অহানবদা ৱাহৈগী লাল হৌরম্মি, মদুদা করেম কথাইনবা হৈ-শিংনা অৱাই-অখুম তৌনরম্মি, মতুংদা অকিবা ফংলবা লাল মতম শাংনা থেংনরে। অমনা অমদগী মাইথিরে খন্নরমদে অমসুং অনিমক চোকথনরক্লে। মমৈ থংদা রাম মরক্তা চোংশিল্লক্লে। মাগী তেননা কুম্ভকর্ণগী লাম্মী পূম্বা চাইখায়রে অমসুং কুম্ভকর্ণবু শোকহল্লে। লানফমদা অঙাংবা ঈগী ঈচেল চেল্লক্লে, কুম্ভকর্ণগী দোলাই, শগোল, শামু অমসুং লাম্মীশিংবু তাউথহন্না। হৌজিক্তি চাউরবা পাম্বোম অমসুং লীরুং লোইননা ফজবা শক্তম পুরবা রাম মশা পূম্বা অশোক-অপন্না থল্লবা, লৈমাইদা তারিবা কুম্ভকর্ণগী মাঙদা লাক্লে। রামবু কৌরদুনা কুম্ভকর্ণনা বিভীষণগীদমক থম্মোই শোক্লা হায়রকই 'ঐগী ইনাওদি লেঙদ্রবা ধর্ম্মদগী থোক্লকপা অচুম্বা লম্বীদা লৈবনি। মহাক্তি ঐখোযগী জাতিগী ওইবা অপীকপা ৱাখলবু খণ্ডদে। হে মীগী শক্তম লৌবা ঈশ্বর! মানা নঙোন্দা চঙজরবনি, ঐনা নঙোন্দা চঙজফম পীবিনবা হায়জরি। মাগী মনাও ওইরবসু নুংশি হৈএবা রাবণনা মাগী মফম অমতা পীরোই। মানা বিভীষণবু উবমক্তদা হাৎপীগনি। ঐগী ইবুঙো চানবীদুনা লানফমদা মতম চুপ্পদা মহাকসি নংগী ননাও ইবুঙোগী অমসুং হনুমানগী ঙাক-শেন মখাদা থম্বীয়ু মসিদং ঐনা বর ওইনা নিজরি। প্রার্থনা অসি রামনা য়াবীবগা লোইননা কুম্ভকর্ণ অরোয়বা নুংশা শোর হোন্দোকখ্রে। অসুম্বা কম্বনগী খুৎশেম্নি মসিদা অৱাংবা থৌনা, অচুম্বগী ফজবা ৱাখল অমসুং থম্মোইগী থোৎ-নৌবনা থল্লবা, বাল্মীকিগী কুম্ভকর্ণদগী পুমওন ওন্নবা। ঐখোয়না বিভীষণবু থাগৎলি অমরোমদা কুম্ভকর্ণগীদমক পি শিংহে।

## ৱাবণগী অৱাবা

কুম্ভকর্ণ শিবগী পাউ অসিনা বাবণবু অৱাবদা লুপহল্লে। রাবণগী মচানূপা শাউরবা অতিকায়না কুম্ভকর্ণ হাৎখিবগী লম্মল শিংননবা লানফমদা চৎলি, মাগী তুংইন্নবা চাউরবা লাম্মী মপৈসু য়াওরি। লক্ষ্মণগা লাম্থেংনবদা অতিকায় মকোক কক্তুলা তাই।

অসিগুম্বা ইকাইবনা থল্লবা পাউ অসি পাউমীনা রাবণগী নাক্ত পুরক্লে। অতিকায় শিবসিনা রাবণগী পুক্লিংদা অমগা অমগা য়ানদবা ৱাখলসি পোক্লকই—

নুংশা মপী ফূইহোন্না হাইগৎলি মকোক মহাক্কী,
ইকাইবনা লুকথৈ অমুক হন,
অশিবগী মীনুংশিনা য়াকাইহল্লি থৌনাবু,
অশাউবা অমসুং অৱাবনা লাকশিল্লকই পুক্লিং রাবণগী,

লেপ্লি মিৎতা পিরাং ঈরা চেল,
ঈথক অমগা অমগা থেঙ্গাইনরিবা সমুদ্রগুম,
মাঙদা অসুম অসুম চঙশিল্লি মপাল তম,
হল্লকই অমুক তুংইন্না ঈরোন্নুং তমদুনা।
খল্লকই লংখৎকে পৃথিবীসি নোংদোন তম,
খল্লি চিংথগে স্বর্গসি লৈমাইদা
নিংই কাওখায়গে কন্না অমুকসু
তাইবংপালগী থৱাই পানবা পুন্নমক,
খল্লি মানা অনি থোক্লা থুগায়গে
মখোয় পূম্বদো নূপী হায়না মিঙ্গৌবা।

**হেন্না ৱাবা**

রাবণগী য়ান্না হেন্না ৱামনবসিদা মনাক্তা লৈরিবা মী পুন্নমক কিনরে। কুম্মৈ থৌওং খঙঙম্বা, পুক্লিং লৌশিং উঙম্বা কম্বননা তাঞ্জাসিদা অৱা মৈশা লাংলবী রানীবু মফমসিদা পুশিল্লকই, মহাক অসি লানফমদা শিখ্রবা অতিকায়গী মমানি। মচা শিখিবদগী খাঙঙমদ্রবা অৱাবা অমসুং অশাউবনা মহাক্লা রাবণদা মরাল শীরি। মহাক অৱাংবা শাগৈগী নূপীনি, নিংথৌ কোন্দা চাউরকপীনি। রাবণনসু মহাকপু ইকাই খুম্নে। মহাক্লা হন্না হন্না থবাক খুৎতুম শুদুনা লাকই। মহাক রাবণগী খোঙ্দা তুথৈ অমসুং তেংথাই—

পুক্লিং চঙবীয়ু, পুক্লিং চঙবা ঙমগদ্রা তারিবসিদা?
তাও, তাবীবা ঙমগদ্রা ঐনা হায়গদৌরিবসিদা?
উহল্লু, নংনা ঐঙোন্দা উহনগদ্রা
ঐগী নুংশিরবা ঐচা
মহাক্তো ঐগী মিৎকী থৱানমিচাক ওইবা।

রানীগী খাঙঙমদ্রবা অৱাবসিগী মমাঙ্দা রাবণগী অশাউবা ঈংথখ্রে অমসুং তুমিন্না লৈখ্রে। রানীনা রাবণগী সীতাবু মিহৌরুবগী অঙাওবা ৱাখলগীদমক মরাল শীরম্মি অমসুং হায়রম্মি 'সীতাগীদমক ফংলিবা অৱাবসি খজিক নত্তে।' রানীনা অসুন্না তেংথা নাওইরবদা রাবণগী মনাই নূপীশিং স্বর্গগী জগোঈশাবী উর্বশী অমসুং মেনকানা রানীবু মখুৎনা থাংদুনা কোনুং মনুংদা পুসিনখ্রে।

রাবণনা মাগী খ্বাইদগী কনথৌরবা মচা ইন্দ্রজিৎপু লানফমদা থারে। মহাক্লা অঙকপা খুৎলাই ব্রহ্মাস্ত্র শিজিন্নৈ মসিনা হু চেল্লবা নুংশিৎ চাইথোক্লম্লগা মপুদুগী মনাক্ত অমুক হল্লকপা ঙম্মি। মহাক্লা খুৎলাইসি অহিং নোংয়াইদা রাম অমসুং লক্ষ্মণ, মখোয়গী লান্মীশিংনা তূমলিঙৈদা থারম্মি। হু চেল্লবা নুংশিৎনা পুন্নমক জ্ঞান মাঙহল্লে অমসুং অশিবগুম তাদুনা লৈহল্লে। ইন্দ্রজিৎ হরাও হরাওনা ময়ুমদা হল্লক্লে অমসুং তূমখ্রে। জাম্বৱানগী পাউতাক্লা হনুমান সঞ্জীবনী পর্বততা চৎখ্রে, মদু ফুত্তুনা পুদুনা লাক্লে। চীংগী হিদাক পাম্বীশিংগী মনম নম্বদা রাম-লক্ষ্মণ অমসুং মাগী লান্মী পূম্বা জ্ঞান লাক্লে। রামনা জ্ঞান লাক্লবদা বিভীষণগী চিন্তাগা লোয়নরবা মাইথোং উরে অমসুং মঙোন্দা হংঙি। বিভীষণনা হনুমাননা হোৎনখিবা অমসুং

মদুনা ময়াম জ্ঞান লাকপগী ৱাদু তল্লে। রামনা থুনা তৌবীমল খঙবা উৎতুনা হনুমানবু কোনবীরে।

### অফবা গুণগী জয়

মথংগী নুমিৎতা ইন্দ্রজিৎনা মাগী হৈ-শিংবসি অরেম্বা ওইরে হায়বা খঙলে। রাবণনা হায়বা মতুং ইন্না মানা অকনবা লাল থেংনরে, মদুদা লক্ষ্মণনা থা মচেৎ শাবা তেল অমনা ইন্দ্রজিৎকী মকোক ককখ্রে। মা শিবগী পাউসিনা রাবণবু য়াম্না হেন্না খোয়শাউনহল্লে।

রাবণনা মাগী অৱাবা পূম্বগী মরম সীতানি খল্লে, মরম অসিনা সীতাবু হাৎলগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লে অমসুং অশোক বন তান্না চৎলে। মন্দোদরীনা মাবু খাম্মি অমসুং হায়— করিগুম্বা মানা সীতাবু হাৎলবদি মতম চুপ্পগী ওইনা মাগী মিংচৎ থীহৌরনি। মন্দোদরীনা মাগী মতিক-মথৌনা অমসুং মিংচৎপু নিংশিংহন্দুনা অসিগুম্বা অঙাওবা থবক অসিদগী হন্দোকহল্লি।

রাবণগী অৱাবগী ককঙাওনবা ৱাখল লালগী ৱাখলদা ওনখ্রে। রামগা মাইয়োক্নরবদা মানা অঙকপা থৌনাগা লোইননা লাম্থেংনৈ। অদুবু রামগী তেন্না মাগী ঙকশম ককথৎলি অমসুং মকোকতু লৈমাইদা তাহল্লি। রামগী থৌনা অমসুং অফবা গুণনা জয় ওই। বন্দী ওইরুবী সীতা থাদোকই। বিভীষণনা শিখ্রবা হিংচাবশিংগী অরোইবা সংস্কারগী থৌরম পাঙথোকই।

জয় ওইরবা লান্মীশিংনা অযোধ্যা রোমদা বিভীষণ, সুগ্রীব অমসুং হনুমানগা লোইননা খোঙ শাল্লি।

### শত্রুঘ্নগী মথন্নতগী ওইবা ৱাহৈ

মরক অসিদা চহী তরামরি চুপ্পা লাংতক্নমা মীহুৎ ওইনা লৈবাক্কী থৌরম পুরকপা ভরতনা রাম লাকপ্রা হায়না খা মাইকৈরোমদা য়েংদুনা লৈ। ঙসি তরামরী শুবা চহী লোইরে। ভরতনা অৱাংবদা কারগা খা মাইকৈরোমদা য়েংঙি অদুবু রাম লাকপগী করিগুম্বা খুদম অমতা উবা ফংদ্রে। নিংবা কায়রদুনা মানা মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিগনি হায়বা ৱাশক্কু মপুং ফাহল্লগে চপ য়ুংনা লেপ্পি। মাগী য়াথংনা মাগী মনাইনা চাউরবা মৈজাও অমা থাগৎলি। ভরতনা ঋষিশিং অমসুং প্রজাশিংবু কৌহল্লি অমসুং মখোযদা অকক্নবা মতমগী তুংদা মিৎকুপ অমাফাও হিংনা লৈরোই হায়না হায়। মাবু থেমজিনবগী ৱা পূন্নমক অরেম্বদা তায়। মতমসিদা ভরতকী মনাও নূপা শত্রুঘ্ন মফমদুদা লাকই। ভবতনা মঙোন্দা হায়—ঙসি লেপ্নখিবা নুমিৎনি, অদুবু অমুক হন্না লাক্ত্রে। থৱাই থাদ্রিঙৈগী মমাঙদা নঙোন্দা ৱা অমতং হায়জরি। রাম লাকপা ফাওবা নং লৈবাক ঙাকউ অমসুং মহাক লাক্লগা মঙোন্দা শিন্নৌ।

শত্রুঘ্নগা থম্মোই শোক্লবা ৱা অসি তাবদা মশাগী নিংঙমদবা ৱাখলনা থম্মোই পুঙমদে। মাদি ৱা ঙাঙদবনি রামায়ণ পূম্বসিদা মহাক অমুক্তুং ৱা ঙাঙই, মানা ঙাঙথোক্লকপদা কম্বননা মাগী তালগা লোইনরবা অথুম্বা ফজবা পূম্বা মাগী ৱাহৈশিংদা হাপচিল্লি। মাগী ৱাহৈশিংগী অর্থ মখৈদা হন্দোক্লি, ফজবা-তাল-লয় অদুদি য়াওদনা—

মনাও অমনা মাগী ঙাক-শেনবা ওইনা চৎলি
মনাই ওইবী পৃথিবীবু থাদোক্লম বনদা চৎলগা ৱায়েল্লি
মনাও অমনা নুংশিববা মথৱাই থাগে থৌরাংলি

চৎখ্রগা হায়নখিবা মতমদা হল্লক্রবদা।
অমনা পুক্লিং চঙদনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈগুম্না
ঐনা ইকায় খঙদবশা ৱায়েল থৌদা তৌগদ্রা
তশেংনমক খোইথুন্নবনি ৱায়েল মপু হায়বসে।

শৈরেং অসিগী মশাগী খুৎইদা সুর ছন্দদা য়াম্না চেকশিল্লি, শৈরেংগী পল্লেপফম অমসুং খোম্থোক্কী ফজবা অসিগা লোইননা ভাবকী ফজবগসু চান-চুনহল্লি, ঐখোয়না লৈই অনিখক চিংলবা অমদনা শত্রুঘ্নগী ভাবকী চিং-লেম্বা য়েক্লবা অমদনা ৱাহৈ-ৱাতাগী ফজবা, অদু ওইরবদি অনি অদুদা অসুক য়াম্না চুশিন্নগনি, লূবদগী লূরবা ৱাংবদগী ৱাংলবা অনি তিন্নবগুম, তমিলগী মশাগী শৈরেং অদুদা লৈরিবা কাব্যগী ওইবা ফজবসি অঙকপনি লৌনৈ।

**রাজ্যাভিষেক**

অযোধ্যাগী প্রজাশিং শত্রুঘ্নগী অৱাবনা থল্লবা ফিৱম অমসুং ভরতকী অচেৎপা লেঙদ্রবা ফিরেপ অসিনা কোক ঙাওনরে। মতম অসিদা হনুমান লাউরদুনা চেল্লক্লে 'রাম লেঙলক্লে' মাগী মখুৎনা চাউরবা মৈরীদু মুৎথৎলি, মাগী মখুৎনা খুবাক খুই, অমসুং হরাউনা জগোঈ শাই।

রাম হল্লকপগী অফবা পাউ অসিনা ভরত ঙমখৈ নৈতনা হরাউই অমসুং অঙাওবগুম্লকই। মানা অকোয়বদা লৈরিবা মীশিংবু খুরুম্মি, মহাক মাগী মীনাঈ-মীশনশিংদফাও খুরুম্মি, মশানা মশাবু ফাও খুরুম্মি। মাগী হরাউবসিনা মাবু অসুক য়াম্না ময়াই কাহনখ্রে, কবিনা ফিৱমসিদা অসুম্না ফোংদোকই—

প্রেম হায়বসি অসিগুম্বা পোৎশক্নি
তশেংনমক
ময়াই কাবা থক্লবগুম।

ঙাইহাক্কী তুংদা বিভীষণ সুগ্রীব অমসুং য়োং-লান্মী শিংগা লোইননা রাম-লক্ষ্মণ অমসুং সীতা লাক্লে। প্রজা পূম্বা নুংঙাইবদা লুপ্লে। পূং-শেল ঈশৈগা লোইননা রামবু নিংথৌ ওইনা অভিষেক তৌরে।

**ৱারোই**

লিশিং তরাদগী হেনবা পদ্য য়াওবা কম্বনগী চাউরবা কাব্যসিগী মরীদা পীক্লবা লাইরিক মচাসিদা য়াম্না নিংথিনা ইবা ৱানা থোকই। মহাকাব্য পূম্বদা মানা মী অদুগী মশাবু থাজবা অমসুং কখোকপগা লোইননা হায়রি মদুনা পুন্সীবু শেন্নরিবা মফমদু ফংলি। খুদম ওইনা হায়রবদা হিরণ্য হাৎপগী ৱাফম য়েংসি মসিদা মানা য়াম্না কুম্মৈগী মওংদা শেমগৎলি। মতাং সিদা জগৎপু শেল্লিবা মশক ওইবা ব্রহ্মানা অশেঙবা অচুম্বগী মশক ওইবা বিষ্ণুগী মফমদা লাকই অমসুং ব্রহ্মাগা ৱারী শানৈ। (হিরণ্যগী মচানূপা) প্রহ্লাদনা কৌজবদগী ঈশ্বরনা ব্রহ্মাণ্ড ফাওগায়দুনা অমসুং আকাশ ফিজং শেগায়দুনা থাজগন্দ্রবা হিরণ্যগী মাঙদা নোংশাগী কোক পানবা মশানা মীগী শক্তম পুবা নৃসিংহ ভগবাননা পৃথিবীদা লেংঙকই অমদি অঙাংবা খুজিলশিং অমসুং য়ানা হিরণ্য হাৎলি। নরসিংহ ভগবাননা শাউনা ঙংই মদুবু কম্বননা নিংথিরবা কলাগী মওংদা অমুকসু নোক্লিংবা মওংগা লোইননা ভগবান নরসিংহবু থেমজিন্নবা ব্রহ্মা লাকই। প্রেমগা লোইনবা নোক্লিংবা মওংদা অচেৎপা ভক্তি ভাবনা ব্রহ্মানা হায়জে—

নহাক্না অসিগুম্বা শক্তমসি লৌদুনা,
হে লাইগী লাই ওইবা,
নংনা মসি চুমহল্লে
নশানা নশাবু শেমজবনি হায়বা
অদুবু নশানা নশাবু শেমজরগা,
হে ভগবান
নংনা ননাইগী থবক্তা খুৎ থিংজিন্দ্রিবরা
কান্নহন্দ্রে ননাইবু শেম্বীবগী
মশীং লাকঙমদ্রবা শক্তমশিং শেম্বগী।

ব্রহ্মাগী অসিগুম্বা ৱাকৎসিদা শক্তি পুম্বনা তিনবা ভগবানবু মহাক্না তোঙান তোঙানবা অধিকার য়েম্ণোকপা ঙম্বা মানা অতোপ্পগী থবক্তা খুৎ থিংজিনফম থোক্তে, ৱাফম অসিদা মরৈদগী ভক্তিনা হেল্লি। অদুবু ব্রহ্মানা মখাদা শীরিবা মরাল অসিদা অচুম্বসু য়াওরি—

মশীং থীঙমদ্রবা থরান্মীচাক অমসুং গ্রহশিং
তুংদুনা লৈরি নংগী অহৌবা অওইবদা
সমুদ্র ঈমায়দা তাউরিবা চীক মাঙনবা কোঙ্গোলগুম;
নংগী শকতম্নি মশীং লাকঙমদবা
অৱাবদি অমত ঙাইবা শক্তমসি পুদুনা
কান্নদবদা শারি শক্তমসে
অখুবা ঙমখৈ অমদা
নংগী লোইনাইদবা শক্তম ময়ামগী।

ঈশ্বরগী ঙমখৈ লৈতবা অমসুং মাগী অবতারগী ঙমখৈগী মরক্তা চুনদবা হায়দুনা ব্রহ্মানা ঈশ্বরগী নুংগী ওইবা ভাব অমসুং ঈশ্বরগী পুন্নমক্তা শীনবা থুংবা মতৌগী মরক্কী ৱাফম ফোংদোক্লি।

নঙোন্দগী তোঙানবা ঐগী অওইবা অমত লৈতে,
নংগী নতিক নগুণ নওনা ঐনা জীবসু শেম্বা ঙমদে পোৎসু,
মাঙ্গদা অমসুং তুংদসু ঐ লৈবা ঙমদে,
ঐদি সনা শাবা অমগুম্বনি
নংগী সনাগী ওইবা অশেংবা শক্তমদুদা পোকপা
অদুগুম্বা অওইবদা শক্তম পীরি
নংগী থৌজান্তনা।

মতৌ অসুম্না কম্বননা জগৎকী খুৎশেম মপুগা লোয়ননা আধ্যাত্মিকক্কী ওইবা ৱাফম নৈনৈ য়েৎনৈ শৈরেংগী ওইবা শাংলবা পরিং অমদা মহাক্কী দর্শন শাস্ত্রগী মপুং ফাবা হৈ-শিংবদা সন্মানগা লোয়ননা করেম্নবা অমসুং থৌজালগী মবীক চুম্বদা মাগী কাব্যগী ওইবা থাজবদা সংসাবগী অথোইবা সাহিত্যগ মান্নরা লৈরি। মাগী অদ্বৈত দর্শনগা য়াওরকপদা সংসারদা পকশিন্নদুনা লৈরিবা মীশিংবু মকোক ঙাওহল্লি, অদুবু কবিগী মশাগী ওইবা ৱারী পরিং সিনা অসিগুম্বা চমন্নহনবসিদা অশেংবা শক্তম অমা পীদুনা অদ্বৈতগী অচুম্বগী অরেপ্পা প্রমাণ অমা

ওইনা পুখৎলি।

কম্বনগী মহৈ য়ানবসি হায়রিবা ৱাফমদুদা অদুক য়াম্না নওে তৌইগুম্বসুং মাগী ৱাহৈশিংগী মহায়দোক্তনি। মাগী ৱাহৈ খুদিংমক য়ানিং হন্নবগী তুংফম মফন্নি মদুদা লৈরিবা মাগী ফজবদু মীওইবগী খোম্থোক্কী শক্তম লৌহনবা ঙম্বনি। হায়রিবা ৱাখলসি ফংনিংবা মীনা কম্বনগী মশাগী থাঙ্গৈশেংবা শৈরোলদু তাবীয়ু, অনুবাদকশিংগী হন্থরবা মঙাল ফাওদ্রবা খোম্থোকতু নওে।

কম্বনগীদমক্তদি পুন্সীসি অর্থ চেন্নি, নিয়ম অমসুং চীং-লেম্বনা থল্লি। থৱাই পানবা অমসুং পান্দবা পোৎশিংগী মফমদা মিনুংশি থম্বা অসিমক কম্বনগী কলাগী ঈচেল অমনি। মাগী মিৎয়েংদা পুন্সীসি সংসারগী খোঙচৎকী ঙাইহাক্কী ওইবা পোথাফম অমনি অমসুং মীওইবগী হকচাংসি পুন্সীগী থৌদোকশিংবু হৌখিবা মপোক্কী মরমশিংগী থবক অমদি শিরবা তুংগী পুন্সীগী মরম্নি হায়না লৌই। মরম অসিনা মানা পুন্সীদা য়াম্না লুপথনা চঙশিল্লি হৌখ্রবা মপাল নাইদ্রবা মতৌবু লুনা লুনা খোৎতোকই অমসুং তুংদা লাক্লিবা লোইনাইদবা শরুকপুসু য়াম্না লুনা লুনা য়েংই। মীওইবসি মতম নাইদবা লোইনাইদবা অমগী শরুক্কি হায়না খঙঙি। ৱাফম অসিমক্তা মহাক্তা পুন্সীগী মমি পরেংসিবু মিৎকুপ্তনা য়েংঙি, পুন্সীগী শরুক খুদিংবু চুশিন্ননা পুরক্লবা অমদি অচেৎপা আশা অমসুং নুংগী মিৎয়েংগী মঙান্না পূন্নমকসি খঙননবা পাঙ্গল পী। মিৎযেং অসিমক্তা কম্বনবু লৈতাহল্লি অমসুং ঈমরসননা প্লেটোগী মরীদা হায়খিবা অদুম্না ঐখোয়না কম্বনগী মরীদসু হায়বা য়াই ;মাগী নুমিৎকী মতৌগুম তুংফম ওইবা মতৌসিনা মঙোন্দা মক্ত্রবা থাজবা অমা ফংখি।

হায়বিবসিগী অর্থ কম্বনসি অরুবা আধ্যাত্মিক কবি নৎএগা ধর্ম্মগী প্রচার তৌবা কোয়না চৎপা মীনি হাযবদি নওে। মাগী মরূদি মীশক অমসুং ফিবমগী অওইবা সংসার অমদনি অমসুং মাগী মহা কাব্যসিগী মনুংদা পুন্সী অমসুং প্রকৃতিগী অওইবা মশক উৎলি। শারবা মরুভূমিগী অকংবা মশক শৈথাবদা মাগী চাংদম্নবসি ঈরাং য়াওদবা মতৌগা তৌই, মদুদি করিসু লৈএবা ওক্ত্রবী অমসুং মুক্তিগীদমক হোৎনরিবা তপস্বীগী থোইদোকপা মতৌগুম। সমুদ্র মথক্তা থোং শাহনবা মতমগী বর্ণন তৌবদা য়োং অমনা মথক্তনা নূংজাও অহুম পুরকপবু অমনা মখোঙ্গনা ওন্দুনা অমনা মখুৎনা মথক্তা থাঙ্গৎতুনা অমসুং অমনা মমৈনা কোৎতুনা পুরকই হায়না ফজনা বর্ণন তৌরি। মহাক্তা খুদক্কী ওইবা লানফম চামা মশামক হেক য়াওবগুম হৱাওবা তুজুংবনচিংবা তোঙান তোঙানবা মওংদা ফজনা শৈথাবা ঙম্মি। মীওইবগী থম্মোইবু কৃপ্না যেংবা ঙম্বা মী অমা ওইনা মানা মীওইবগী তোঙান তোঙানবা থবক গৌবম কযা ফজনা বর্ণন তৌই। মহাকাব্যগী চুগন্নবা মতৌদা নাটকক্কী ওইবা মওং পুশিল্লভুম্না মদুদা ঈশৈগী শক্লোলসু হাপচিল্লি।

মানা তৌরিবা খুদিংদা পারিবা মীশিংগী পুক্লিংদা মরু ওইবা ৱাফম পূন্নমক ভাব নিংথিনা নকশিন্না চঙশিলহনবা ঙম্মি। মানা মাগী রামায়ণগী শেংলবা ঈচেলদা লুপহন্নবা অপাবশিংগী পুক্লিংদা ঈথিন পীবা ঙম্মি, অরাংবা ফিদম অফবা গুণশিংবু পামশিন্না লৌশিন্নবা ভাবকা লোয়ননা সত্যম্ শিবম্ সুন্দরম্‌গী অরাংবা ভাবকা লোয়ননা অকবা বাহং হংবা অমসুং মদুগী পাউখুমদা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা।

মাগী শৈরেংগী অচৌবা খুদোল অসিনা মানা পূন্নমকসি ফংবা ঙম্মি। মাগী শৈরেংগী ছন্দদা যাম্না মপূং ফাবা, মখল-মথেল অমসুং মবাং কাযবা লৈ। মাগী কবিতাগী স্বর অমসুং খোম্থোক্তা য়াম্না হৈ-শিংনা ঙাদু যাওবগুম তৌই, মদুনা মানা করিগুম্বা ফিবমদা অমসুং ভাবতা ফজনা

ৱাংনা পুখৎপা ঙস্মি। মাগী ছন্দগী মহায়দোক অসিনা ঙাঙগন-উগল্লবা মীওইবগী বুদ্ধিবু ৱা ঙাঙহন্দে অমসুং কবিনা মানা তম্নিংলিবা পাউদমদু নমদুনা লৌহল্লি অমসুং মশাগী লন্নাই ওইবা ৱাখলবু নম্বাৎতুনা থম্মি। মাগী হৈ-শিংবা পূম্বসিদা মশাগী ৱারুদনা মথন্নত ফোঙদোকচরকপনি, মসিদা কবিগী ৱানিঙাই ওইবা খুৎশেম উবা ফংদে। জগৎ অসিগী করিগুম্বা পান্দম অমা শৈথাবদা লৈরিবা পোৎকী নুংগী ওইবা শরুকপু ঙাম্নোকহনবদা মাগী ছন্দনা ইথিন পীদুনা খনবগী মিৎকুপতু শাংদোকহল্লি। কম্বন, অৱাংবা কাব্যগী ফজবসিনা তমিল মচাশিংনা মত অমত ওইনা মহাকপু কবিশিংগী মকোক থোংবনি হায়বসি য়াননি।

## মরী লৈনবা লাইরিকশিং

## কম্বনগা মরী লৈনবা লাইরিকশিং—তমিলদা

১। অশোক বনম্— প্রো. এ. মুথু শিবম্।

২। উংগল কম্বন—সংগোষ্ঠী।

৩। কম্বর্ থারুম্ রামায়ণম্—রসিক মণি টী. কে. চিদম্বরনাথ মুদলিয়র।

৪। কম্বর্ য়র ?—রসিক মণি টী. কে. চিদম্বরনাথ মুদলিয়র।

৫। কম্ব চিত্রম্—পী. শ্রী আচার্য্য।

৬। কম্ব-রামায়ণম্—বী. এম. গোপাল কৃষ্ণমাচার্য।

৭। কম্বন-রামায়ণ-সারম্—বী. পী. সুব্রমণীয় মুদলিয়র।

৮। কম্বন কাব্য নিলয়—মুরুগপ্পা।

৯। কম্বিথিল্ পেরিয়বর্ কম্বর্—এ. বী. সুব্রমণীয় অয়্যর।

১০। রাবণন্ মৎচিয়ুম বীষচিয়ুম— প্রো. এ. এস. জ্ঞানসংবংদম্।

১১। বীর মানগর্—ডা. আর. পী. সেতু পিল্লৈ।

১২। সীতা-কল্যাণম্ ব পাদুকা-পট্টাভিষেকম্—টী. এম. ভাস্কর।

## ইংরেজীদা

১। ষ্টডীজ ইন কম্ব রামায়ণ—বী. বী. এস. অয়্যর।

২। সিলেক্ট ট্রান্সলেশংস ফ্রোম কম্বন্—বী. এম. মুদলিয়র।



কম্বন, ঢাউবাক্লা তমিল লোলগী খ্বাইদগী অথোইবা কবিনি হায়না লৌনৈ, মাগী মতমসি খৃষ্টগী মাপল শুবা চহী চাদনি হায়নস্ খঙনৈ। মাগী মহাকাব্যসিনা চহী চা কয়া চুপ্পা মীওইবগী পুক্নিংবু শুম্মাংতুনা লাক্লি, মরমদি মহাক্লা মতম কইনগী ওইবা সমস্যাশিংবু কাব্যগী মশক্তা ফোংদোক্লি মদ যুগ থুদিংদা ওইদুনা লৌরিবনি। মসিগী পাউখুম্না চহী কয়া কয়া চুপ্পা মীওইবগী পুক্নিংব শুম্মাংতুনা লৈখিগনি। মহাকপ্ কবি চক্রবর্তী অশৈপুরেল কৌফম্মক থোকপনি।

আমেরিকাগী ফাওরবা কবি এজবর্ড লূডর্স না কম্বনগী ইংরাজী অনবাদ পারগা হায়খি---"লৌখৎলক্লিবশিংসি য়াঙনা পাবদস্ অনবাদকসি অনা বা থাক্কী কবি অমসুং মহাকাব্যগী শক্তম লৌরি হায়না ঐনা লৌই। হাইবপালগী মীওবশিংগীদমক কবি কম্বননা লৌরিবা অনাবা ভাবকী শাফমশি অসিনা মীওইবগী কল্পবা পুক্নীগা চেংনা মরী থল্লি।"

লেখক, এস. মহারাজন অসি মদ্রাজ উচ্চ ন্যায়ালয় (হাইকোর্ট) কী বিচারপতিনি অমসুং মহাকসি কম্বন অমসুং মাগী কবিতাদা যাম্না পাম্বা মীনি হায়বসি লাইরিক অসিনা সাক্ষী ওইরগনি।

শ্রী এম. নীলবীর শাস্ত্রী, মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লাইরবা লেখক অমনি, সাহিত্য অকাদেমি এবার্দ, রাষ্ট্রপতি সম্মান, সাহিত্য রত্ন, সাহিত্য শিরোমণিনচিংবা পুন্না মনা অমসুং উপাধি তরা হম্দোই ফংখ্রে।

ISBN 81-260-1324-9

মমল ঃ লুপা ২৫